দেবচান্দ : নোংথাঙনা মূৎপ্রবদা

ফিকৃশন ক্লব, মণিপুর




লাইশ্রম [illegible]মেশ মীতৈ, সনাশাবী, বি পি ও য়াইঙংপোকপী,
[illegible] পি ও পোরোম্পাৎ-৭৯৫ ০১০
অমদি
[illegible]কচম নন্দলাল, উমাথেল, ককচিং খুনৌ,
বি পি ও ককচিং খুনৌ-৭৯৫ ১০৩ না
ফিক্‌শন ক্লব, মণিপুরগীদমক পুথোকপা।





মখুম: বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

কোপি মশীং: ১০০০

মমল: লুপা ৯০/-



নম্ফম: কংলা প্রিন্টর্স,
গভর্নর রোড, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১, মণিপুর।

মীকুপ অমত্তং ঙাল্লব্বা

নোংথাঙনা মূৎখ্রবদা

থিরুনি নঙবু কদাইদা

য়াওরিদ্রা মশীং থীঙমদ্রবা

থব্রানমিচাকশিংগী মরক্তা...

# য়াওরিবশিং

# লখী

"নওগী হেলোয়দুসু য়াওখ্রেদনা।"

"কনা...!? ইচে...!?"

"হোয়নে নওগী নচেদো?"

"কদায়দগী?"

"হোটেল ডিয়ু-দগী। ঐ ইশামক উহৌরবনি।"

করিসু খুন্নুনিংঙাই লৈতে। মখা তানদে। অসুম মমশিনখি। অঙাওবা নুংশিৎতু কন্না কন্না হুন্নকই।

"কৈদৌরবা...?" ইমাগুদা লেপ্পুনা হায়রকপনি।

"ঐ ওসাই অয়ূক লাক্লন্নবনি থোঙ লোন্দুনা লৈহৌই।"

"ঙসিদি খরা থেঙগ্নে।"

ইনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হংলকই, "হকচাঙ ঙমদব্রা?"

ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মাগী মীৎয়েংদু ঐ হৈনদে।

"কৈসু তৌদেদা।"

মহাক্না উখোঙদা ঙারদুনা হংলকই, "ঙরাং নঙ য়ু থক্লকপ্রা?"

ঙসাইনা মাগী মীৎয়েংদা অসিগুম্বা ৱাহং অমা শোয়দনা হংলক্কনি হায়বা উখ্রবনি। ঐগী ইমাঙদা লেপ্লরবা মীকুপ্পুদা মঙোন্দা হৈনদবা মনম অমা ফাওখিবদু ঐ খঙই।

"ঙরাং থেঙনা হল্লক্লমগনি? চাকসু চারিরোই?"

তৃমিন্না ফম্মী। লুম্বু-লুম্বু শাবা নুংশা মঙালদা মীৎ অনীসে চোকথবা ফাওরকই। মহাক্না হায়রকই, "ঐ নঙগী চাগা চানবগা লৌরক্কে।"

হায়বগা খোঙথাং কন্না থাংদুনা উগী কৈরাক্তা মখা কুমথখি। ঐ মাবু খামগে খনবনি। মহাক্তি মখা য়ৌখ্রে।

অয়ূক্তা চা অশাবা অমা থকপা ঐগী হৈনবীনি। তোয়না অসুম হোটেলদা ফম্বদগী হৌজিক্তি ঐগী মরূপ অমা ফংজরবনি। অঙাং মচামক ওইরবসু মহাক ঐগী অফবা মরূপ অমনি। মরক মরক্তা মখোয়গী হোটেলদা ফম্বদা মাগা ৱারী শানৈ। ঐগী কাসিদা লাকপা মঙোন্দদি অনৌবা নত্তে। ঙসিসু অয়ূকসিদা শৎ ফাওজিল্লক্তুনা লেপ্লরিবনি।

ফনা কুইখ্রে। অদুবু মহাক হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি। করি তৌখ্রবা খঙদে। থোইনা লাপ্পা মফম নত্তে। খোঙকাপ খরদগী লমনি। মহাক হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি। ওইরম্বসু য়াই হোটেল থাদোকপা য়াদদুনা হেক লাকপা নৎত্রগা অতোপ্পা মরম অমগী হেক্তা, কনানা খঙবা? ঐগীদমক্তা করিগীসু অদুক য়াম্না ৱারুনিংঙাই লৈবগে? করিনো ঐগুম্বা অমগী মফমদগী ফংগদৌরিবা? হোয় মরক মরক্তা ঐনা মঙোন্দা লুপা ৫/১০ হেক হেক পী। মসিখক্তনি ঐনা ঙম্বা মাগী মতেং ?ায়ববু। ঐ খঙই। করিগুম্বা মানা ঐগী নাক্তা কুইনা লৈথোক্লবদি মাগী কয়া য়াম্না মাঙজবনো? শোয়দনা মহাক মীচৈ তাগনি। মাগী পূকচাক হোটেলসিনা পুরিবনি। অদুদসু নত্তনা মাগী মরুমদা থৱায় কয়াগী হিংনবগী লম্বীনি। পূম্নমকসি ঐনা ঙম্লুবা নত্তে। ঐদি শূপ্নগী ইশা ইথন্তা হিংনবা হোৎনবসিফাওবা ওস্থোক্না নাতে চাখিদ্রপোৎনি।

উপাক্কী সিড়িদা খোঙথাং মখোল তারকই। খোঙথাং মখোলদু নকশিল্লক্তুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লরে। চা য়াওবা গ্লাসতু ঐঙোন্দা পীরকই। সামোসা অমগা। ঐনা হায়, "য়াম্না

কুইরকই। হোটেল থাদোকপা য়ারিরোইনে।"

"নত্তে, ঙসিদি থোঙ হাংদে।"

"করিগী, করি তৌরবা?"

"তাদ্রিব্রা ঙসি বন্দনি।"

"ঐদি করিমত্তা তাদেনা।"

"গাড়ী অমত্তা চেন্দে। দুকানসু থোঙ অমত্তা হাংদে। ঐখোয়সু ঙসিদি ছুটিনি।"

মহাক মকা লাম্না নোক্লকই। নহানমখৈ উবা ফংদ্রবা মহাক্কী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা ঐগী ইমাগুদা লেপ্লিবোই নীংলকই। ঙসি বন্দ ওইরবনিনা থবক অমত্তা শূররোই হায়বসিদা হরাওরোইদবা কনাবু লৈরমগনি। নোক্লি। মহাক অসুম নোক্লি। ঐদি খজীক্তা ফাওবা নোকপা ঙমদে।

নুমিৎ তাশিল্লকপা, কৈথেল মীসু খরা খরা তাক্লকপা মতমদা মাগী দুকান মচাদু লোইশিন্দুনা মাগী লৈফমদা হেক হেক থিনবদু নুমিৎ নীনি হুম্নি শুরে। নুমিৎ তাশিল্লকপদুদা মাগী দুকান মনাক্তা চৎলি। নহানমখৈগা মান্নদনা ঙসিদি দুকান লোইশিল্লগা মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মোমোন নোক্তুনা লৈবা মায়থোঙদু ঙসিদি ইশুক শূকথনা উই। ঐগী মীৎয়েংনরা খঙদে।

"কৈদৌরে ইচে? ঐনা খরা থেঙখ্রবরা?"

ঐনা মাবু ইচে কৌই। মমিং খঙদে। ঐঙোন্দগী খরা হল্লমগদবা মানবদুদা ঐনা হেক্তা কৌবনি। মাসু মমিং হায়দে।

"থেঙদেদা। ঐনা ঙসিদি খরা ঙন্না থোঙ লোনবনি।"

হায়নবা তৌদনা ঐ থৌবা হৌই। মহাক্না হায়রকই, "নঙবু নথন্তা লৈব্রা?"

"হোয়।"

"করি লমদগী?"

"য়াম্না থাম্নীদা।" অশেঙবা লমদু হায়দোক্লিংদে। কনাদসু খঙহন্নিংদে।

"ইম্ফালদা...। ইম্ফালসিদা ভাড়াদা... ।" মানা মখা তারকপনি।

"হোয়। ফনা কুইরে। গাড়ীসু য়ূম্নুগীনি।" মখা তারক্তনবা শমজিল্লি।

"য়ূমদকাদি চৎত্রব্রা?" মখা তাবা ব্রাহং লাকই। কয়া হৈননা থোক্তে। পাউখুম

পীদে। মহাক্না নোক্লগা হায়রকই, "নঙগী মরমদা ৱারী শানবা হৈনদে নৎত্রা?"

মহাক্কী মরমদা ঐ করিমত্তা খঙদে। য়াম্না নকশিন্নবা মীওইসু নত্তে। ঙক্লিবনা মাগী ইকোই কোইদবা ৱাহংসিনি।

"করিগী ঐখক্তগী মরমদা ৱারী শাগনি। ঐখোয় অনীগী ওইনা শাসি। মদুনা হেন্না নুংঙাইগনি।" ইতপ তপ্না ঐনা হায়। মহাক নোকখিদ্রে।

"নঙগী ৱাহৈ ইচম চমদে।"

"ইচেগী ৱাহৈসু মরৌ লৈ।" নোক্লদুনা হায়।

"নঙবু পুন্সিগী মরমদা করি খঙলবগে?" হংলকই।

"খঙদে। খঙলুবসু পামদে।"

"করিগী?"

"অদুক লুবা ৱাহং খুম্নবগী থৌনা ঐগী লৈতে।"

"নুপানবু?"

ইশাগী অশোনববু হেক পন্দুনা ঙাঙলকপদুদা ঐ খুন্দম লৈতে। তশেঙনা ঐসে পাঙদবা হায়বদুনি। ঐনা করি তৌবা ঙম্লুগদগে? করিসু ঙমদে। অদুবু থৌনা ফনা ঙাঙলিবী নঙদি কয়ামুক য়াম্না থৌনা লৈবীনো? হংনিংবনি। হংবদি ঙমদে। ঙাইহাক্তি পূমচীক চীকই।

"নঙসে নুপা ওম্থোক্না মাঞ্জখিদ্রে।"

"ইশাগী ফীভম ইশানা খঙজে," মহাক্না নোক্লগা খুম্লকই।

"নহা ইওই ওইনা অদুক শোন্থবা?"

"উচেক অচৌবনা মহুম চাউনা শাবনি। অপীকপনা পীক্লা। ঐনা ঐগী অসিগুম্বা ফীভমসিদা আশা তৌরুনিংঙাই করিসু লৈতে।"

"হায়বিগে নঙ পুন্সিদা করিমত্তা থেংনখিদ্রি। অপীকপা লাইবক থীবা থৌদোক মচা খরনা নঙগী পূক্নিংবু য়াম্না শোন্থহল্লে। নৎত্রনে?"

ঐ ৱাফমদু ভাব তাদে। নুংশিবা মীনোক অমা নোক্লগা হায়রকই।

"য়াম্না পঙলি নঙ। নুংঙাইনা লেনগদবনি পুন্সিদি। নুংঙাইথোকউ।"

অখূবা গলিদুগী মপাদা রিক্সাদু খাম্মী। নুমিৎ খরনি মফমসি ফাওবনি ঐনা মহাকপু থিনবা।

"পুন্সিদা লানফম কয়ানি। মায়থীবা কয়া। মায়পাকপা কয়া। মায়থীবশিংদু কাউথোকখো। মায়পাকপা মীকৃপ্তুদমক নীংশিংউ।"

ব্রাহৈদুগী লোইশিল্লকপদা নুংশিবা মীনোক্তু অমুক হন্না তাহল্লকই। অদুগা অমল্বা গলিদুদা চঙখিদুনা মশক উখিদ্রে।

শাথীনা করেম্নবা মাল্লবা মাগী ব্রাহৈশিংদু ঐগী কোক মনুং অসিদা অদুম নিন্দুনা লৈহৌই। ইশাগী অশোনবা ইতৌসিদা মানা ঐবু করেম্নদনা কনানবু ইকাই খুম্নবীগনি। মানদি হায়রম্মী নুংঙাইথোকউ। অদুবু নুংঙাইবা ব্রাখলদি অমত্তসু খনবা ওমদে ঐগী কোকসিদা। ওস্থোক্লা হঙ্গোইরবা তৃক্কচরবা ব্রাখলমক্তনি খল্লিবা। কয়া কুইরবনো ঐনা অসুম্নতা খন্দুনা লাক্লিবা। মতম অমদি লৈরম্বনি মঙলান মচা মচা শাগৎখিবা মেমতোম্বীগী ব্রাখলদা।

ও! মেমতোম্বী, ইঙাও ঙাওজবী মেমতোম্বী!

ঙসিদি অমুক উখিদ্রেদনা মহাকসু। কন্যা কৎপগী নুমিদাংদুদা থৌরী য়াল্লম্মী হায়ব্রা, হূ থরুম্মী হায়ব্রা শিখ্রেদনা। য়ৃম্বাল থীবীদো, মরাল লৈজদবীদো, ঐনা মাবু কৈদৌনুংদা মরাল লৈবীনি হায়বা ঙমখিদে। য়াম্না কপচেৎপীনি, পিনৌবীনি মহাক্তি। মহাক্কী লুহোংলমদাইদুদা মানা কপখিবদু ঙসিসু ঐগী নাকোংসিদা অদুম নিন্দুনা লৈরিবোই নীংই। অদুবু কন্যা কৎপগী নুমিৎতুমদি মমীৎতগী পিগী মরীক অমা ফাওবা তাখিদবনি। ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙখিদবনি। মহাকপু অদুক থম্মোয় কনব্রনে? করিগীনো মানা ব্রা অমা ফাওবা ঙাঙখিদ্রিবদুবু? করিগী হায়দ্রিবনো?

"ঐগী করি ঈরালনো? ঐনা করি লানখ্রবগে?"

অদুবু মহাক করিমত্তা হায়খিদ্রেদনা। কৃম্মে য়েংলিবা মীরক্তগী কনা কনানো খরা ব্রারী শানখি।

"চহী য়াম্না নৌরি।"

"হনুবীনা অসুম্না তৌবা য়াবা নত্তে।"

"নুপাদু মতু মচা লৈরমগদবা মান্দ্রা?"

"ওকমনখিদ্রবা হায়দুনি। নহারোল থেংনদুনা মখোঙদরা কদায়দনো নোংমৈনা কাপ্লবদি জ্ঞান তাগদবনি। কৈকান্দবা হনুথংদা।"

নুপী খরসু ব্রারী শাদুনা চৎখি।

"মখোয় খরনা মৈতে নুপী লোইনা মাংথোক্লবনি।"

"লৈবাকসে লোইবা তারে। ওক্তবসে য়াম্না হেনগৎলক্রে।"

"কনানা ঙম্লুগনো? হূরানবনা বিচার তৌরগবো? নঙগী ইবেতোম্বী হায়সিবু কয়াম ফরমগেনে। হৌজিক্তা মচীন তোংবগী পঙতৌ তৌবনি।"

"হায় কন্না ঙাঙগনুনে নঙবু। মী তানি।"

তূমিন তূমিন চৎনখি।

করিগীনো ঐনা মাবু মরাল লৈবী অমা ওইনা উবা ঙমখিদবা? মহৌশা মহৌশাগুম মহাক ঐগী মেমতোম্বী ওইনা অদুম উদুনা লৈরিবা।

নুমিদাংবাইরম মাগী দুকান মমাঙদা লেপ্লুদে। ওক্তবী, লমচৎ-নাইদবী, মশক্তু উনিংলক্তে। উনিংলক্তবা নত্তে, মফম অদু ফাওবা চৎপদা হঙ্গোইবা পোকই। হোটেল ডিয়্যু অদুগা মাগী দুকান মচাদু অদুক য়াম্না তমথীবা শক্লোন লৌরক্লিবা করিগীনো, মীবু ফা-ফাদুনা চাথোক্লিবা?

মমশিল্লকপদুদা লেপ্লুবা মফমদু তমথীবা মফমদু নত্তে। স্বর্গনি। অব্বাবা পূম্বা কাউথোকপা ঙম্বা অতোপ্পা সংসার অমা। ঙসাই অয়ূক্তগী হূমাং মরীক্কা খূৎশিন্নদুনা ফংলকপা লুপা ১৩৫ খক্ ফূরিংখাউদা য়াওরম্মী। হিসাব অমা হোৎলগা লুপা ১০ দং কাইথোক্কুনা য়ূমদুদা খোঙ থাংজিনখিবনি।

"নঙনা করি খনবগে ঐ খঙই।"

"মীয়াম্না করি ঙাঙনৈ হায়বদি খঙদব্রা?"

"নঙনা খল্লিবদুগা করিসু খেন্নরিরোই।"

"অদুক য়াম্না লৈখা তাবা তূক্কচবা থবক ঐ... ঐ খল্লুবা ঙমদে।"

"অসিবু ঐনা ওইনিংদুনা ওইব্রা? নঙগী মীয়াম্না, নঙগী সমাজনা নমদুনা ওইহনবা নৎত্রা? মখোয়না ঐগী করি তৌবীবগে? ঐগী পূক থাকপীব্রা? শূপ্নগী মিংচৎ থীবা, অথীবা অদুখক্তা নৎত্রা মখোয়না উরিবা।"

অশাওবা নত্তে মাগী ব্রাহৈশিংদু। য়াওদে নুংশিবা মীনোক্তু। শকখঙদবা তমথীবা অকনবা নোংলৈ অমদি মনা মনীল নাইদনা, লোইনাইদবা খোঙচৎ অমগীদমক হৌরক্লি হায়বা খঙই।

ইতপ তপ্পা হায়, "অচোপ অরেম খরসু য়েংউ। ইজ্জৎ হায়বা অমসু লৈ।"

"ঐগী পুন্সিদা লৈখা তাবা তাদবা ঐ খঙদে। ঐ ইচা অনীগীদমক হিংখিগনি।"

"মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোয়নবা ফজবা নত্তে।"

"ইচম চম্না চৎলিবা ঐবু নখোয় কনানা কয়াম চুম্না য়েংবা ঙম্নগে?"

"সমাজনা য়াদবা থবক্তি তৌহন্নিংদবনি।"

"সমাজনদি ঐবু মাঙহনবীরেদনা।"

মীরবা মীনোক অমা তপ্পা শন্দোক্লকই।

মহাক, মহাক মেমতোম্বী... নৎত্রা? ব্রাকৎ কয়া পুরদুনা ইমাঙদা হেক হেক লেপ্লবদু...।

"ঐ হিংজনিংদ্রে। ঐ য়াম্না ব্রারে।"

"মেমতোম্বী। নঙ মেমতোম্বী।"

"ঐবু থীনা ঙাঙবীয়ু, থীনসু চৈবীয়ু। অদুবু লমচৎ নাইদবীদি হায়বীগনু।"

"নঙ লমচৎ নাইদবী নত্তে। নঙবু করিগী পাউথোক্কদৌরিবনো?"

"ঐ খাঙবা য়াম্না ব্রায়। তাবা ঙমদে। ঐ করি তৌগদবনো খঙদ্রে।"

"মেমতোম্বী।"

অসুম অসুম লাপথোকখি। মমি শামি ওইনা লৈচীল্লক্তা তিনখিবগুম তৌখি। হুমদুনা পুখি লৈচীলদু অঙাওবা নুংশিৎতুনা। পল্লেপফম লৈতনা অহাঙবা মালঙদা, কোইপাই পাইদুনা।

নিশা হেন্না পানখৎলকই। করিমত্তা উরক্তে। অমম্বা মরক্তুদা শক্তম খরদি মাঙদা জগোই শাবগুম ফাওগৎলকই। মশক লাকশিনবা ঙমদবা কয়াসু য়াওই। শক্তমশিংদু ইয়ান য়ানশিন্নবগুমসু তৌই। ইচে... মেমতোম্বী...। মেমতোম্বী... ইচে...। কনানো খঙলক্তে। অমত্তা ওইবগুম তৌই। নোক্লা নোক্লা জগোই শাবগুম তৌই।

নুমিৎ চূপ্পা চৎপমখৈ চৎলুরগা লেপ্লুবা মফমদু অখূবা গলিদুগী মচীন্দনি। কয়ারক মফমসিদা লেপখ্রে। নোংমতা মনুং চঙশিল্লুদ্রি। কয়া চেকশিন্দনা লোনবা থোঙদুগী মপামক্তদা লেপ্পদা শেংফাত্তনা খোঞ্জেলদু তায়।

"হয়েংদগী স্কুল চৎলরোই।" অঙাং অমগী খোঞ্জেলনি।

"করিগী?"

"ফীসু থীদনা? পরীক্ষা হৌগদৌরবনি।"

"থীরগদবনি। পরীক্ষা নংনবা।"

"য়ুনিফোর্মসু লৈদবা য়াররোই। তু য়েংঙুসে।"

থোঙদু থেংলুবমক্তদা মথন্তা হাংদোকচখি। মখা তারকখিদ্রে। ইঙক ঙক্লা য়েংলকই। অঙাং অনীদু মনাক্তা নপশিন্দুনা লৈ। অমদি স্কুল হল্লকপগী য়ুনিফোর্ম অদুম্মক শেৎলল্লি। মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "ইথা থাজদনা। চঙলকউ।" করিমত্তা খুমদনা ঐ তপ্না চঙশিল্লি।

"বেম চৎলু। মোরাসি পুরকউ।"

অঙাং খরা চাউবীদুনা মোরাদু পুরক্লুনা ইনাক্তা থাই।

"কয়া মথোং চাবা য়ূম্লে নত্তেদা তৌরিসে," মহাক্লা হায়রকই। কয়া হৈনা লোৎপ্রবনো মোমোন নোকপা মীনোক্লুগী মরুমদা পিরোয়নবা ৱাঙাঙশিংদু। হৌজিক্তা পি খরা তাখিবগী খূদমদি লৈহৌরি। মদুমদি মহাক লোৎপা ঙমহৌদ্রমাল্লে।

"দুকান্দা চৎত্রব্রা?"

"চৎত্রে।"

"করিগী?"

"অকনবা নোংলৈদুনা হুমদুনা পুখ্রেদনা," পিদু তারক্তনবা ৱানা খাঙলদুনা হায়রকই।

"নোংলৈ নুংশিৎনবু মিনুংশি খঙব্রা? লম্বীগী নাকন্দা চোইনা তারিবা উনা-শিংনাশিংদু কদায় কদায়দনো খঙদনা কোয়হুম হুমদুনা শান্নবা অঙাওবা নোংলৈ মাগীদি নুংঙাইবা কূম্মে নৎত্রা?" খজীক্তমক নোক্লগা হায়রকই।

"ঐগী আশা মচা মচাশিংদুসু মচোই মচোই হুমদোকপিখ্রেদনা।"

ঐ করিমত্তা হায়বা ঙমদে। ফুরিৎখাউদা য়াওবা পৈশা খরদু মশীং থীদে।

"সি লৌশিল্লু।"

মঙোন্দা পী। ইঙক ঙক্লা য়েংলকই।

"নখোয়না উরিবদু নমাঙদা লেপ্লিবা ঐসি নত্তে।"

"কনানা করম্বা মীৎয়েং ঐ করিমত্তা খঙদে। ঙমজবা খরা ইচেদা মতেং

পাংজবনি।”

হন্না য়েংলমদনা থোক্লক্লে। ফনা য়াম্না মমশিল্লম্লে। মৈ চুখৎতুনা রিক্সা থৌবা হৌই। কদোমদগীনো অঙাওবা নোংলৈদু অমুক হৌরক্তুনা মৈদুসু মৃৎখ্রে।

## লোইনাইদবা খোঙচৎ অমগী

"পিগী মরীকশিংদুনদি কারাম চাউবা মৈরীদু মূখৎপা ঙমখিদে। লোইনা তুমা চাকখি। মৈশালক্তা পিরাংসু মথস্তা কংশিনখি।"

"মদুনা ফরবনি। করিগী পি তারুনি?"

"থম্মোয়সিনদি য়ানিংদে। কংখ্রবসু পিদো মৈশাদি ফাওরি থম্মোয়সিদা।"

"ঙসিদি নঙসু থম্মোয় মৈশা লাংলেদো?"

"নঙগীদমক ঐনা করি তৌবা ঙমখ্রবগে? নঙগীদমক শিবা ঙমদবা ঐসে কয়াদা লাইবক থীরিবনো?

"করিগীনো নঙনা অদুম্না খল্লিবা? করিগীদমক নঙনা খন্দ্রিবনো ঐগীদমক্তা হিংগে হায়না?"

"নোংমতা নঙদি ঐগী ইপাউ হংলখিদ্রেদনা? কমদৌরিগে নঙবু হায়দুনা নোংমতসু কৌরখিদ্রেদনা?"

"কমদৌরিগে নঙবু?"

'কমদৌরিবগে নঙবু?' ব্রাখলগী পরীং অদু ব্রাহংসিনা অপনবা পীরকই। নাপীথক্তা লোংখ্রাক লোংনা হীপথরগা খল্লকই— কুইনা উনখিদ্রবা মরূপকা ঙসি থেংনবস্নিদা হংফম থোকপা চৎনা ব্রাহংসি ফাওবা হংবা কাউরুরেদনা? মহাক্না করি খল্লমগদগে?

ইফিং ফিংনা হৌগত্তুনা হান্নগুম ফল্লগা হংলকই, "কমদৌরিবগে নঙবু?"

থাজদবা ব্রাহংদু হংলকপদা মহাক্কী মরূপতু ইঙক ঙকই। থংনবা মীকৃপ্তুদি খোঞ্জেল হৌনা নোক্লকই। ইনক নক্না হৌবা মনা নীংথিনা পান্দ্রবা উ পাম্বীদা তোংলম্বা উচেক্তু মহাক্কী মীনোক তাবদা খংপ্রেক খংবগুম মীকৃপ অমত্তা পন্থদনা কদায়দনো মীৎয়েং ব্রাংমা লান্না পাইখ্রি।

নোকই। মহাক অদুম নোকই। নোকপগী মরম খঙদে। ইহাঙ হাঙলবা লম্পাক্তুগী নাকল কয়াদগী মহাক্কী খোঞ্জেল অদু খোম্থাং ওইনা হল্লক্লুনা নাকোংদা হঞ্জিন হঞ্জিন য়েরকই।

মহাক্কী মীনোক ইচম চমদে। নুংঙাইবগী মীনোক নত্তে। মীকপ মীরাওখোল, অকি-তুজুংবগী খোঞ্জেল নৎত্রা? ওম্থোক্না কিনা থব্রায়বু পাম্মুজনা লাউবা পাঙ্গল থোকখিদ্রবা মীকপ খোঞ্জেল? মহাক জ্ঞান তারক্তে।

"করিনো... কৈদৌরগে?" মাগী মতৌদা মরূপ্না হংলকই।

"হ্া করিসু তৌদেদা...।"

"নঙবু নারুরব্রা? য়াঙসু য়াম্না কংনা উরে। কুচু কুমেন ইথোক থোক্লে।"

"করিসু তৌদেনা।"

"নঙগী হান্নগী কুচুদু লৈত্রে? ফীভম য়াম্না শোকচিল্লে।"

মহাক মশা মথন্তা মশাগী হকচাঙদা য়েংই।

"খঙদে ঐসে কৈদৌরবনো!" মহাক্কী পাউখুমদা মরূপ্তু অমুক্না হেন্না জ্ঞান তাহন্দ্রে।

"নহানখৈ কদায়দা লৈরুই?"

খুমদে। মীৎয়েংদু মাগী মরূপকী মায়থোঙদা থম্মী। নোক্তে। চীং-লেম্বসু নত্তে।

"ঐ কনামত্তা থাজবা ঙম্লক্তে।"

"করি... করিবো...?" ইঙক ঙক্না মরূপ্না হংলকই।

"নঙসিবু ঐগী মরূপ্না?"

"করিনো নঙনা হায়রিদুবো?"

"মদুনি ঐনা খল্লিবা। ঐ খনফম খঙদ্রে। মিনুংশিগী মীৎয়েং অমত্তংদি পাম্মী। অদুবু খঙদে মখোয়গী মীৎয়েংদুনা কমদৌবা? কনানো ঐগী মরূপসিবু? য়েক্লবনা কনা? ঐ তশেঙনা ভাব অমত্তা তাদ্রে। ঐসে করিনো অমা তৌরমাল্লে।"

"য়ারে নঙগী ভাষণদু তানিংদ্রে," মরূপ্না শাউনা হায়রকই। মখোয় অনী ঙাইহাক ব্রা অমত্তা ঙাঙনদে। মফমদু পূমচীক চীকই।

"অঙাং কয়াম চাউরগে?" ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী মরূপ্তা ওনশিন্দুনা হংই। অদুবু পাউখুম লাক্তে। মহাক ব্রাখল খজীক্তুং খনবগুম তৌই। অমুক্কা নোক্লদুনা হংলকই, "নত্তে। নঙবু লুহোংলব্রা?"

মখোয় অনী মীৎচান্নে। তপ্না খুন্নকই, "কয়া মথোঙ চাখিদ্রে...। দশাসু কয়া পাঙদবা হায়বদুনি। অশেঙবদি ঐদি লান্দবনি...। ঐগী ব্রাবু কনানা তাবীগনি।" তপ্না নোক্লগা মখা তারকই, "নঙগীদি... ফনা চাউরন্ননি। মতমসি হৌখিবা খঙহৌদবনি।"

মতম হৌখিবা খঙহৌদে। লুহোংবগী অহীংদু ঙরাংতা ওইরিবোই খল্লি। পূর্ণিমাগী থাজনা নোংচুপ চীংয়া নপ্পকপা, ময়ায় কারবা অহীং। অহীংদুগী ব্রারী, ঙসিসু নাকোং মনূংদা নিন্দুনা লৈরি।

চহী অনীমুক্কী অঙাং অমা মীৎমাঙদা চৎলি। কাফৈ-কাফৈ। অদুবু মনীংতম্না চৎপদি ঙমদে। নীংথিনা খোঙ থাংবা ঙমদে। নাউশুম হাইরিবা খূৎতুনসু মহাকপু ঙাকপীবা ঙমদে। চৎনিংবনা হেল্লবা অঙাংদু চৎপা ঙমদবগী নীংঙমদবা, মাগী মায়থোঙদা ময়েক লানা তাররি।

"হায়য়ুনে, কয়াম চাউরবগে? নুংশিদ্রা?"

"চহী অনীমুক্কী অঙাংসি কয়ামদি চাউরনি?" পাউখুমগী মহুত্তা ব্রাহং অমা।

"অসুক্কাদি ব্রাংলনিবু...।" মখূৎ তস্মী।

"নুংশিরমগদ্রা?"

হন্দক্তি পাউখুম পীরক্তে। মীৎতগী পি খরা তারকই। মহাকসু ব্রা ঙাঙদে। অহাঙবা অতিয়াদা অনীমক মীৎয়েং থন্নকই। মায়কৈ পূন্নমক মমশিনখি। অমম্বদুদা

মখোয় অনী লাপথোক্লখি। মথন্তা নাইতোম তাহৌই।

নুংশিবা মচাগী মশক উবা ফংখিদ্রে। কয়াম চাউরক্লদগে খঙদ্রে। মহাক্লা করিগী মাগী মরূপ্তা অঙাংগী মরমদা হংলুবা? হংলুফম থোকপ্রা? নৎত্রগা তশেঙনা হংলুফম থোক্কব্রা? মহাক খনফম খঙলক্তে। তশেঙনমক মরূপকী মীৎতগী তাখিবা পি মহাক উখি। পিগী অর্থ খঙদে। পিগী অর্থবু করি ওইগদগে? ঈচেলনুংদা ফুমদুনা পুরক্লোইদ্রা অবাবা বারী অমা।

মথোঙ চাখিদ্রবা মরূপগী যূম্বাল পুন্সিগী দায়িত্বদু মহাক মশামক ওইরবোই খল্লকই। হকথেংনবা থৌদোক্কুদা চেন্নখিদ্রবসু থৌদোক্কুগী মরীদি মহাক্না শোয়দনা শম্লফম থোকই হায়বসি মহাক খল্লকই। মসি মহাক্কী মরূপল্লদি খঙলিরোই। নুপা ওইরবসু মাগী মরূপকী মীৎতগী তাখিবা পিদু মহাক উখি। মহাক্তি কৈদৌনুংদা মীৎতগী পি তাখিদ্রি। অদুমকপু নুমিত্তুমদি মহাক পি তাখিবনি।

তশেঙনা নুমিত্তুমদি মহাক কপখি। পাউদু য়াম্লমক থাজখিদবনি।

মমানা ইতৎ তত্তনা হায়, "মীরোল লৈবসু নত্তে। ঐ করি তৌগদবনো খঙদ্রে।"

মহাক খুমদে। তূমিন্না তায়।

"য়ূমসে ইহাঙ হাঙই, ইচীক চীকই," মমানা মখা তারকই।

য়ূমগী ৱা পল্লকপদদি ৱাখলগী অতপ্পা ইপোম মচা অমা শন্দোক্লকই। মপা লৈরিঙৈদা মহাক্কীদমক্তনি হায়দুনা শাবিরম্বা পীক্তকপা য়ূম মচাদু, কুইখিদ্রি অমুক হন্না কেবীরদুনা ইনৌ নৌথোকহনখিবা। অনৌবা ফীজোল হোংবিখিবা। ইখঙ খঙহৌদনা লুহোংবগী চেৎলবা মরীনা মাবু ফাজিন্দুনা পূনশিনখি। শকখঙদবী মাগা চেৎলবা মরী অমা শাগৎখি। মদুনা মাবু অদুক লায়নদি পূনশিনবা ঙমখিদ্রবসু ইরায় লায়নসু থদত্তুনা লাপথোকখিবসু ঙমখিদে।

"খরা ফগদ্রা হায়দুনা তৌরুবনি। হৌজিক্তি মীগী মচাসিগী মমাঙদসু ইকায়বনা লোইরে," মমানা মখা তারকই। অদুবু পাউখুমদি অচীকপতমক ওইখি।

"পারী হায়বা মহাগী মীওৎপা অঙাংদুনা সি পূম্নমকসি থোকহল্লিবনি," ময়াক কল্লবা হূনা মমাগী খৌনাওদা থনগৎলকই।

পারী ফাপ্রে হায়বা পাউদু নোংদম্বনা নুমিদাংৱাইরম অমা পীরম্বনি। চেকশিন

ব্রাহৈসু হায়বম্মী, "য়ূমদা লৈগনু। কদায়দনো মতম খবদি লৈয়ু। কোইপু পুদুনা চৎলি হায়বনি।"

তৌফম খঙদদুনা মতম খবদি লোৎপোই কৈদৌবোই কোয়চৎ চৎলি। ময়ূমদা হঞ্জিন্দে। নোংমা মখোযগী লৈকাযদু ফাওদুনা চৎপদা সিফাযশিংনা অচৎ অওকশিং চেক তৌবা উকবদগী অমুক হন্না চৎলুদ্রে।

লুনা তিন্নবম্বা পাবী ফাখিবসিনা মঙোন্দা যাম্না লাঙতক্লবা অমা ফাওহল্লি। মবীল ফনা লৈদুনসু চৈফ্ অদু খাঙবা ঙমদবা য়াই। কনা কনোনো খবগী মিংশিং শোয়দনা পল্লম্বা যাই। কবিগুম্বা মাগী মমিংসু হাযদোক্লমগদ্রা হায়বা ঙমদে।

নোংমা অহীং অমা। থাশিবমদাইগী মুশি-মুশিবা থাবল মঙালদুদা তূমিন্না মহাক্কী কাগী থোঙজীন্দা নাশোন পীক্লা থীল্লুই। পাউখুম অমত্তা লাক্কে। অহীংগী অচীকপদা খোঞ্জেলদু শুক শুক নৈশিন্দুনা মাঙখি। নাশোন পীক্লা অমুক কৌই, "ভানু... ঐনি...।"

পাউখুমগী মহুত্তা থোঙগী পুনা মখোন। মাগী ব্রাহৈশিংদু খাঙতপ্লা অদুম লেপখ্রে। হাংদোক্লবা থোঙদা মাগী নুপী লেপ্লি। মীৎতা পিগী ঈচেল মচা অমা।

ইমুংদা চঙবগা থুনমক থোঙ থিংজিল্লি।

"অসুক থেঙলবসি ফাওবা তূল্লমদ্রিব্রা?" মহাক্লা হংই, "কবিগীনো...?"

"অথেঙবা অহীংসিদা নঙসু তূমদনা কোযচৎ চৎলিবা নৎত্রা?"

ব্রাহংসিগী পাউখুম ইচম চমদে। চম্নসু পীনিংদে। থব্রাযবু পাম্মুজবনা হিংনবগী কোযচৎ চৎলিবনি হাযবসু হাযমনবা থোক্কনি। নুমিদাং চাক্তাবা জীবমকসু নত্তে। অতোপ্পা ব্রাহং অমা হংই, "ইমাদি তূমখ্রব্রা?"

"হৌদোক্লুগদ্রা?"

"হৌদোক্লনু। চুম্না সুম হংবনি।"

অমুক্কা অচীকপনা খূদুম চনশিনখি মফমদু।

মহাক্লা মহাক্কী নুপীদা হংনিংবা ব্রাহং কযা হংবা ঙমদে। য়ূমগী পাউ কযাসু তানিংই। মাগী পাউসু তম্নিংই। হংনিংলকই— সিফাইশিংনা য়ূমদা ঐবু থিবা লাক্তব্রা? ঐবু হংলদ্রা? অথেঙবা অহীংদা ঐগী মিং পন্দুনা থোঙ থীল্লদ্রা?

মহাক্কী নুপীসু ব্রা ঙাঙদে। মঙোন্দা যেংবা ফাওবা ঙমদবগুম তৌই। য়াম্না শোন্না

মাগী নুপীনা হায়বকই, "কৈদৌঙৈ অমুক লাক্কনি?"

"তম্বা ঙমদে।"

"য়ূমদা লৈনবা তৌসি।"

ইথা থাজদনা য়াম্না তপ্না মহাক্কী নুপীনা হায়বকই। মহাক খুমদে। অদুম্না হায়বক্কনি হায়বগী থাজবসু লৈকদে।

"অদুম্না কয়াম কুইনা কোয়লোৎ লোত্তুনা লৈখিদৌবিনো?"

কনানা খঙনি। কয়াম কুইনা অসুম্না লেনগদৌবিবা? শিদ্রিফাওবা অসুম্না মীবোৎ ওইনা লৈবসু য়াই। পাউখুমসিমক্তি চীন থোক্লা হায়বা ঙমখিদ্রে।

"যাওবা নত্তে। লুনা তিন্নকবগী থবক খবা চৎমিন্নকবনি হায়না শেংনা অদুম হাযবা যাইনা।"

"ইচম চম্না হেক্তা লোইশিল্লু য়াগদবা নত্তে।"

মখা খবসু হাযনিংবনি। হাযবা ঙমদে। তূমিন্না তোকথোক্লে।

পাবীনা শিন্নবম্বা নোংমৈদু নীংশিংলকই। মব্দ য়াওদ্রবসু, নোংমৈদু পুবগা চৎপদা মঙোন্দা নুংঙাইজবা অমদি পোক্লম্মী। ঙসিদি য়াম্না হৈনবক্তে। মশাদা ব্রাই ইচীন চিনহল্লি। শীজিন্নফম খঙদ্রবা পোত্তুনা অহীং কযা তূম্বা যাহন্দ্রে। ঙসিদি নোংমৈদু যাম্না থাপ্না লংথোক্লিংলক্লে।

শ্রীশ্রী গৌবচন্দ্রায নমঃ... মদুগী মখাদনা ফোটোদু... মিংদুদি অদুম পাকদ্রে।

খববদা ইবিবা মযেক খবা অদুনদি মাগী মীত্তগী পি তাহনখি। সুকথা থাজখিদে। তমথীবা পাউ অদুনা থম্মোযদদি অকনবা শাফ্ অমগা লোয়ননা যৈবখি। নুংশিববা মমাগী সংস্কাবগী মৈ চূবা ফংখিদ্রে। নাকোংদদি নিন্দুনা লৈবি ঙসিসু ব্রাহৈশিং অদুদি।

"মৌগী কনানো অমসু এস আই ওই হায। মাগা অমুক্তা তান্নগে হাযবনি।" মহাক্কী মমানা হায, "কবিমত্তা ফূবা চৈবা তৌবোই হায়। যূমদা লেঙদনা লৈবা যাবনি হায।"

যূমদা লৈনবগী ব্রা ইতৎ তত্তনা হায। মমানসু, ভানুনসু। হৌখিবা থৌদোকশিং লোইনমক কাউথোক্কুনা অনৌবা চেনা অমমুক হৌবা অবায়বা নত্তে। কৈদৌনুংদা দাগতু কোক্কদবা নত্তে। চৎখ্রেদনা মাদি থাদোক্কুনা নুংশিববা য়ূম, ঙাকপীবা ঙমদ্রবা নুংশিববা

### নোংথাঙনা মূৎখ্রবদা

মচাগী মরাল পূম্বা কোকথক্তা থোনগৎলগা তূমিন্না।

"অসুক য়াম্বসিদি নঙদি কদায়দা থাগদৌরিবা?" এস আইদুনা হংলকপনি।

মহাক করিমত্তা খুমদে। মীৎতদি উরকখি নুমিত্তুগী থৌদোক্তু।

"অরুম্বা পোৎসু নত্তে। মসিমত্তং পুবিগ্রো? ইম্ফালদা ঐ হয়েং লাক্কে।"

নোংদম্বনা মাবু হেক উবগা চেনশিল্লক্কুনা হায়রবনি। ইপা পাখৎলুরবনি। মরাং-মরাংবা ফিজোল শেৎলদুনা মঙোন্দা চঙশিল্লকপদুদা। মচীন খুন্নিবা ফিদু লৌথোক্লমদ্রবদি শক খঙবা য়াম্না ব্বারমগনি। ইথা থাজদনা থেংনবদুদা হায়রুই, "করিনো নঙনা তৌরম্লিবসিনা?"

"নঙ ঐগী পাউ তাদ্রা?"

"ঐদি তাদেনা।"

"লোন্না শেৎপা ফিজোলসে ঙসিদি ফোংনা শেৎনিংলক্কুনা শেৎলবনি।"

মহাক নোকপা ঙমদে নোংদম্বগী ব্বাহৈদুদা। নোংদম্বনা নোক্লদুনা মখা তারকখি।

"চেক য়াম্না কনবনি। চেকশিন্না চৎলু।"

মখূত্তা নোট খরা মশীং থীদনা পীরকই। মহাক করিসু খুমখিদে। বেগতুদা করি য়াওরিবগে হায়বা ফাওবা হংলুদে।

ইম্ফালদা নোং ঙানবগা লাক্কে হায়বনি। অদুবু নোংদম্বা লাকখিদে। মহাকসু ইম্ফাল য়ৌরকপা ঙমখিদ্রে।

"অফবা কারবারনি। পৈশাদি য়াম্না পায়রিনে?"

করেম্ননা নোকশিল্লকই। প্রেসমেনশিং ওইরমাল্লে কেমেরা পায়বা মখোয় খরা মাগী মমাঙদা চঙশিল্লকই। এস আইদুনা চেখাওদু মঙোন্দা পায়হল্লগা ফোটো লৌই।

"নঙ করিমত্তা খল্লনু ঐনা ফনবা শীনগনি," নোংদম্বনা হায়।

"অতৈ লায়রি, য়ূমদা পৈশা খরদি পীনিংই। ভানুদুবু করম তৌরিদনো?"

"ঐ লোইনা য়েংলমগে। কৈসু কুইনা লৈহল্লোইদা। থুনা লৌথোক্কে। ঐগীসু মী য়াম্না লৈ," নোকফোৎ তৌরগা হায়রকই , "নঙনা ঐগী মরমদা পুলিসতা রিপোর্ট পীরমদবদু য়াম্না ফরবনি।"

নুংশিরবা মাগী খোঞ্জেলদুনা মৈরী থোক্তনা চাক্লিবা মাগী থম্মোয়দা ঈরীক খরদি খীক্লম্মী। অদুবু মৃৎলু হায়বদি য়াখিদে। নোংদম্বা লাকখিদ্রে। জেলগী চেকপন্নুংদুদা নুমিৎ মশীং থীওমদনা লেনখি। য়োৎচৈদু পায়দুনা লেপখি। মপাউ অমত্তং তানিংখি। ঈখৌ লাংনা ঙাইখি। ভানুগীসু তানিংখি। করম তৌরিদগে? অদুবু তাবা ফংখিদে। থম্মোয়দা মৈচাক হাপকৎলকখি। মৈরী থোক্তনা মশা পূম্বা মৈশা ফাওরকই।

ইচীক চীকপা মুৎশি মুৎশিবা থাবল মঙালদা মুশিন মুবা অচৌবা মপৈ অমা ইম্মোলনুংদা মচী লেঙদনা লৈরি। খঙহৌদনা পি তারকখি।

নোংমা মহাক্না খবরদা উখি মৈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা চাক্লবা য়ূম অমগী ফোটো। মহাক করিসু তৌবা ঙমখিদে। কল্লবা য়োৎচৈদু পায়দুনা তামথ্রবা লমদমদুদা মীৎয়েং থমজবা নত্তনা। ঙসিনা মুৎশি মুৎশিবা থাবল মঙালসিদা অমোৎপগী মপৈ অমগুম তাদুনা লৈরি। ফোটো নত্তে। তাঙ্গোয় ওনথ্রবা য়ূমগী লেমহৌখাক্লি। মানি তাঙ্গোয় তাথ্রবা মহাক্কী য়ূমগী লেমহৌখাক্লি। ঙসিসু মহাক করিমত্তা তৌবা ঙমদে।

ঈচীক চীকই। কনাসু লৈতে। শুমাঙ মতোন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বীদু মচী লেঙলমদে। মতম হেন্দোক্লবা ফাওবা মপাল শাদে। চহী খূদিংগীদি মপাল ঙন্না শাৎকনবনি। কুমসিদি কৈদৌরবনো খঙদে। শুমাঙদুসু নাপীনা ইশোঙ শোঙলে। শীৎ নাল্লদনা লৈকায় অঙাং ময়ামগী শান্নফম ওইরম্বা শুমাঙদুসু নাপীতনা কূপশিনখ্রে। শুমাঙ মতোন্দগী হৈনৌ পাম্বী মখোঙদু ফাওবা চঙশিল্লি। ময়েক শেংফাত্তবা থাবল মঙালদা, মৈনা চাকপা লোইখিদ্রবা, মচেৎ মচেৎ কীম্থরবা ফক্লাংদু তূমিন্না লেপ্লি। শংবান্নবা মচুনা নীংথিনা শঙলবা ফক্লাংদু মুশিন মুশিনখ্রে ঙসিদি।

"য়ূম থাদোক্লুনা অমুক চৎলরোই হায়য়ু।"

মহাক্কী নুপীগী খোঞ্জেলনা ব্রাহং অদু মঙোন্দা হংলকখিবগুম তারকই। মুৎশি মুৎশিরবা অতেক অকায় মরক অদুদা মহাক্কী নুপীনা লেপ্লিবগুম উরকই। অমুকসু হংলিবগুম তারকই।

"য়েংউ নুংশিদ্রা? য়ূম অসে নঙগীনি ? পীক্লিবা অঙাং অসি নুংশিদ্রা?"

"নুংশি, লোইনা নুংশি...?" খোঞ্জেল হৌনা খুমদোকখি। পাউখুম অদু অচীকপা অহীংদুদা অদুম লূপশিন্দুনা মাঙখি। কনামত্তদগী পাউখুম অমুক লাকখিদ্রে।

চরাঙনবা খোঞ্জেল অমা মায়কৈ খঙদনা তারকখি। অমম্বা অহীংদা মশীং থীঙমদ্রবা মৈরীদুনা পূমঙান ঙাম্থোকহল্লি।

"য়ূমসে শীদোক্কদবনি...।"

ময়াম মরক্তগী কনানা হায়রকখিবা খঙহৌদে। ময়াম লাওবা হেঞ্জিল্লকই।

"শীদোক্কদবনি করিগীনো মহাক্না অদুক ফত্তবা কারবার তৌরিবা?"

"অসিগুম্বা মী লৈকায়দা লৈহল্লোইদবনি।"

"মরমচৎকী হায়রবদি মৈ থাগদবনি।"

"মৈ থাগদবনি, মৈ থাগদবনি।"

অমুক্কা চরাঙনবা হেনগৎলকই।

অচৌবা মৈরীদুনা অকিবা লৈতনা মশা খীংনা মৈৱায়রক্লি।

নুপী অমগী অশিবা হকচাঙ অমা তুরেলদা তাউথরকপগী পাউদু মহাক অয়ূক্তগী তারবনি। মরী মখোঙ খঙদবা নুপী অমা শিনা তাউথবকপদু মহৈ-মহৈ পংঙাঙদা ঙাঙনৈ। কনানা মিনুংশি পোক্লহৌই লাইবক থীবীদুগী; কনানা থীনা চৈহৌই নুপীগী লমচৎ পন্দুনা। নুপা নহা য়াম্না লোয়নবী নুপী ওইবমগনি, মরমচৎকীনি চৈহৌই। মহাক করিসু তারমদনা খোঙথাং কন্না থাংদুনা অদুমক লাকখি। হৌজিক্তদা খল্লকই– ভানু! ভানুদু কদায়দা লৈবমগনি? মৈ থাদোকপীখ্রবা তুংদা, কদায়দনো মানা য়ূমদু থাদোক্লুনা চৎলমগদবা? কনানো ঈশিংদা তাউথরক্লিবা নুপীদু...? নুপী! লমচৎ নাইদবী নুপী...! ভানু... ভানুদি...?

ফূক হৌগৎলি। অদুবু কদায়দা চৎকদগে? মহাক খঙদে।

"নুপীদু য়েংলুগদ্রা? করিগী য়েংলুগদৌরিবা? য়েংলুফম থোকপ্রা? করি মরী থোক্লে। ভানু? নোংমা হায়খি য়ূম থাদোক্লুনা চত্তনবা। অদুবু মহাক্লু ঙসিদি কদায়দা লৈখ্রবা?"

চৎফম খঙদে। অমোৎ অকায় মরক্লুদা তুশিল্লি।

# হৌদোং মচা

"ঙ্যাও! ঙ্যাও!..."

অহীং নোংয়াই অসিদা খোঞ্জেলদুনা ইনিন নিনহল্লকই। তূম্বা য়াদ্রমাল্লে হায়রকই, "অমুক হৌরক্লেদো হৌদোং মপীসে। ...নুংঙাইখিদ্রেদা।"

অথেঙবা অহীংদা নৎত্রগা সন্ধ্যা য়াচঙলকপা, মতম অমদা হেক্তা ওইবা য়াই, অসুম্না হৌদোং মপীদুনা খোংলিবা। মাগী খোঞ্জেলদু হরাওবগী, নুংঙাইবগী নুংশিরবা খোঞ্জেলদি নত্তে। নুংহীক্লবা সুর অমা শাগোন্নরি। অসুম্না কয়াম কুইনা খোংখিগনি খঙদে। মমাদি হেক তারুবগা মমীৎতগী মপী তারক্কনি। ঙসিসু অথেঙবা অহীং অসিদা হৌদোং মপীদুগী খোঞ্জেল তাগদৌবগী ঙাইরম্লিমাল্লে।

অহীং কয়া অমা ঐসু অসুম্না তূম্বা য়াদনা নোংঙানখিবা য়াওখ্রবনি। মীৎ উইশিল্লু হায়বা সুকয়া য়াদবা। হৌদোং মপীদুগী খনবদসু থম্মোয়সে পুবা ঙমদবনি। মী হায়বা লৈতে শা হায়বা লৈতে মচাবু নুংশিবা খঙবা থম্মোয় অমমমদি পাল্লি। হৌদোং মপীদুগী খোঞ্জেলদু তারুবগা কদোমদগীনো খঙদে ইচানুপাগী ৱাখলসে হেক্তা লাকপা। কয়াদি

## নোংথাঙনা মূৎখ্রবদা

কুইরে মশক উখিদবা। মপাউ অমত্তা তাখিদবা।

"ঙ্যাও! ঙ্যাও!..."

অমুক্কা হৌদোং মপীদুনা খোংলকপদু তারকই। কাদু শীন্থুংনা কোয়চৎ চৎলি। য়ূমগী অকোয়বদা, মনীংদা, মমাঙদা অমদি ইমুংদা। অদুগা খোংলক্কনি।

"ঙ্যও! ঙ্যাও!..."

"অসিবু কম্মায় তৌদোইনো? 'সুম খোংদুনা লৈরে।" মহাক্কী খোঞ্জেলনি।

"কৈদৌরুনি হায়গে? 'সুম খোংজবা তারেদনা।"

"নুংশি খঙমন্দে হায়বনি।"

"কান্নদেসে তূমথনবা তৌরো। পঙখনসু খল্লুনু।"

ফনা হায়দুনসু অহীংসে তূমথবা য়াররোই হায়বদি খঙলবনি। অদুবু হায়বদি হাযরি তূমথনবা তৌরো। মহাক তূমিন্না লৈখ্রে। হৌদোং মপীদুসু তূমিন্না লৈখ্রে। হান্নগুম অহীংসে পূমচীক চীক্লে। চীক্লবদি ঐবু তূমথবা য়ারগদ্রা? মহাকপু তূমথখ্রব্রা?

চহী অমমুক্কী মমাঙদনি। মশা লূপ্লবী হৌদোং মপীদুনা ঐগী খূযাদা নোংমা অহীং অমা য়ারেক্লবদু। মচুদু য়াম্না ফজে। অঙৌবদা অমুবা মচুনা মচেৎ মচেৎ খরা খরা লাংই। য়াম্নসু নুংশি। ঐদি হৌদোংসে কয়া হৈনদে। অদুনা হৌদোং মপীদো তাম্থোকখি। মমানদি কয়া লুনা তৌরিবা।

"অদুম কৃঞ্জসনু কৈদৌগে?"

"য়াম্না হৈনদে কদায়দনো পুথোকখ্রোসে।"

মহাক্না হৌদোং মপীদু মহাক্কী খূয়াদা কূনফম পীবী। চাকসু পীজে। ইচানুপীসু মমাগী মতূং ইন্দুনা লুনা তৌজে।

নোংমতং লেক্লম্লগা চৎখিগদবোই খল্লুই। অদুবু নুমিৎ খরনি অদু অদুম ঐখোয়দা লৈরে। ইচানুপীনদি কয়াদ' হবাওনা তৌরিবা। মখোয়গী মতৌ উরগা অসুম নুংশিরকই। নোংমা ইচানুপীনা হায়, "বাবা, ঐখোয়গী হৌদোং মপীসে মচা কোক্কদৌরে।"

"অদু কৈদৌরগে?"

"মচাসে কনামত্তা পীথোকপা য়ারোইকো। ঐখোয়না লোইনা লোইদৌনি।"

অমখক লৈবসিদা অসুক য়াম্না হৈনদ্রবমকসিদা, মচা অমা অনীগা য়াওশিল্লক্লবদি

করি ওইগদগে খনবদা হায়ফম খণ্ডদ্রে। নুংশিরবসু করিগীনো খণ্ডদে হৌদোংসে সুকহে হেক হৈনদবা।

হায়না হায়না মতম লাক্লমাল্লে। ইচানুপীনা ইনাক্তা চেল্লক্লুনা নুংঙাইবা পাউদো তৌল্লে, "বাবা অমখক্তা কোকই। কয়াম নুংশি খণ্ডব্রা? মপীগা মচু চপ মান্নে।"

ঐদি য়েংলুদে। মমা মচাদি য়াম্না হরাওনৈ। মখোয় অনীগী মথৌ হায়ববু হৌদোং মপী-মচাদো পীজ পীথকপনি। য়াম্না লুনা হোৎনৈ। শঙ্গোম লোন্দুনা পীথকই। শঙ্গোম অমুক্তা লৌদবা মমানা শঙ্গোম অনৌবা পুরকপা নুমিৎতুমদি ঐ ঙকখি। ঐগী হকচাঙ ফত্তবসে উবদা লৌরুবোই খনখি। অদুবু মানা হায়রকই, "হৌদোং মপী-মচাসে ময়াং য়াম্না কংলে। শঙ্গোম খরা পীথক্তবা য়াদ্রে।"

মপী মচুগা চপ মান্নবা, অঙৌবা, লশিংনা শাবা অঙাংগী শান্নপোৎ মানবা হৌদোং মচাদো, মপীগী মতুং ইন্দুনা কাফে কাফে ইমুং শীনবা থুংনা কোয়চৎ চৎপা হৌরকই। প্লেটতা লৈরিবা শঙ্গোমদু অমুক থক্কনি; মপীগী মতুং ইন্দুনা অমুক শান্নগনি। মসিনি মাগী মথৌ। মচা নীংবা মপীদুনা উচি মচাগা ফাবীরগা পুরকই। ঐদি কয়া হৈননদি থোক্ত্রে। চাক চারিঙৈদগা হেক্তা কারন তারগনি। তৌগে মতাগুম হেক্তা চোংশিল্লক্কনি। মপীদি অদুম য়েংদুনা লৈথোক্কনি।

"নরেন্দু হেক হেক চরা ঝানগে হায়বনিনে।"

অচীকপদু থুগাইরদুনা খোঞ্জেলদু তারকপদা ঐ খংপ্রেক খংই। তুমথখ্রবোই খল্লুরবনি। তুল্লমদ্রি।

"ঙাইহাক্তং তুমথনবা তৌনে নঙবু। নোংঙানগদবসু কুইদ্রবনি।"

"মহাকপু কনাদা চাক চারমগদগে?"

"তোক্লো হায়বনি।"

"ঐদনবু ইচা নুংশিবগী পঙখন খনবনি। নহাক্তি করিমত্তা খল্লিরোইনে। মচা নুংশিবা খণ্ডদবা...।"

তুমিন্না লৈখি। ঐসু মখা তাদ্রে। ঐ খণ্ডই– মহাক তুমিন্না লৈবা নত্তে। লোন্না তুমিন্না কপ্পমগনি। তুমিন্না কপ্পসি মহাক্কী হৈনবীনি।

ঐবু তশেঙনা ইচা নুংশিবা মশক খণ্ডদবা মী হায়বদু ওইরব্রা? সংসারসিদা

ইচাদগী হেনবা কনা লৈরিবগে? খন্দবা নত্তে। মাবু করম তৌরমগদগে? কদায়দা লৈরিদগে? করম্না কাউথোকপা ঙমগনি তমথীরবা অহীং অদো।

য়াম্না থেঙলে অহীং অদো। মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রবা অহীং অদুদা তারকখিবা খোঞ্জেলদু। থোঙদা কোক... কোক...। অমুক অনীরক্তা নৎত্রে। মশীং ফনা য়াম্লন্নগনি। মমানা খোঞ্জেল নেম্না হংখি, "কনানো?"

"ঐখোয়নি। থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।"

মপান্দগী শক খঙদবা খোঞ্জেলনি। মমানা অমুক হংই, "নখোয়বু কনানো? অহীংসিদা করি থবক্কীনো?"

"ইমা নরেন্দ্রবু লৈতব্রা?"

"মহাক্তি তূমখ্রে। হয়েং নোংঙাল্লগা লাকওদনা।"

"অথুবনি। ব্রাবী অমত্তা শানজগে।"

ঙাওনরিবদু নবেন্দ্র তারমাল্লে। থোক্লক্তুনা লেপ্লে। মমানা খাম্মী।

"নঙ অদুম ইমুংদা লৈয়ু য়াদ্রা? ঐ ঙাওনগে, নঙ থোকখিগনু।"

নবেন্দ্রনা তপ্না হায়রকই, "ইমা মীনা অথেঙবসিদা লাক্লগা উনদনা হলহনখিবা নুংঙাইগদ্রা?"

"মতম্নগা ফত্তবসিদা নুমিদাংসিদা ব্রারী হেক্তা শানবা যাব্রা? নোংঙাল্লগা লাকসনু।"

নরেন্দ্রনা মমাগী ব্রাদু তারমদনা থোঙ হাংদোকই। নুপা অমা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

"করিগী ওইরবনো?"

"মপান্দা অমুক্তা থোকপীরকউ। ব্রারী খবা শানগদবনি।"

শক খঙনবা মাল্লি মখোয় অনী। নরেন্দু মপান্দা থোকখি। মমা ঐখোয অনীসু মতুং ইনগে খন্দুনা থোক্কে তৌবদা নুপাদুনা খাম্লকই।

করি করি ঙাওন-শক্লথ্রবনো তারুদ্রে। খোঞ্জেলদু তাবদা হৌনরুবা নাইদনা মাঙ্গোলদা চেঙ্খোক্লুই। শুমাঙদা লেপ্লন্নিবশিং অদু মুৎশি-মুৎশিবা থাবল মঙালদুদা মযেক শেংফাত্তনা উই।

“কবিনো নখোয়না তৌবিবদু?”

নবেনগী মনাক্তা চৎকে খন্দুনা মখাদা কূমথখি। অদুবু তুংলোমদগী শাফূ কন্না থাবকখিবা চৈনাদুনা শুমাঙদা তুশিল্লম্মী। অদুদগীদি কবি তৌখ্রবা অদুম খঙবা ঙমখিদ্রে।

“ঙ্যাও! ঙ্যাও!...”

অমুক্তা অচীকপদু থুগায়বদুনা হৌদোং মপীদুগী খোঞ্জেলদু তাবকই। হান্নদগী হেন্না কন্না কন্না খোংগৎলকই। লৈতানা ঙাইহাক্তা লৈতে। কোয়চৎ চৎলদুনা খোংলি।

“ঙ্যাও! ঙ্যাও!...”

অদুগা লোযননা তাবকই মীকপ অদু। লোন্না কপ্লম্বা মীকপ অদু মকা ফোংলকই। শুৎ-শুৎ কপখৎলকই। হৌদোং মপীদুগী খোঞ্জেল অদুগা মহাক্কী খোঞ্জেল ঐগী নাকোংসিদা অমত্তা ওইনা চঙশিল্লক্লি। মচা কায়নববা মমা ওইবীশিংগী নুংহীক্লববা থম্মোযগী খোঞ্জেল অদু অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রমাল্লে। মহাক্কী থম্মোয় অদুগা হৌদোং মপীদুগী থম্মোয় কবিদা খেন্নবিবগে ঐ হায়ফম খঙদ্রে। হৌদোং মপীদুসু হেন্না কন্না কন্না খোংলি।

নোংমা নুমিদাংব্রাইবম অমা ইচানুপীনা ইশূক শূকথনা লৈবম্বা নুমিৎ অদু ঙক্লা থোকখি। মবম খঙখিদে। নোংমতা অদুম্না তৌদবা ইচানা, কবিগীনো মবম অমদি লৈবম্বা য়াই খনখিবনি। ঐনা চঙশিন্দুনা হংখি।

“কৈদৌবে ইবেম্মা? কনানা কবি হায়ববগে?”

“বাবা ঐখোয়গী হৌদোংমচাদু...?”

শুৎ-শুৎ কপখৎলকই।

“কৈদৌবে হায়বনো ঐঙোন্দা তম্মুসে।”

“হৌদোং মচাদু... হঞ্জিল্লক্রে...।”

অমুক্তা শুৎ-শুৎ কপখৎলকই। ঐনা থেমজিল্লদুনা হায়, “হল্লক্কনিদা ঙল্লি তৌবিনি।”

“হল্লক্কদবা মান্দ্রে... ঙসায়দগী থিবা ফংদ্রিবনি।”

"মপীদি?"

"মপীদি ঙসায়দগী খোংলম্বনি।"

ইশূক শূকথনা তৃমিন্না লৈরিবা মপীদো উরকই। নহান মখৈদি মপী-মচা হরাও হরাও শান্নমিন্নদুনা হেক হেক লৈরম্বনি। লশিংনা শাবা মানবা, ঙৌরোক ঙৌবা হৌদোং মচাদো ফন-ফন চোংলদুনা ঐগী খোঙ ময়াদগা হেক্তা চোংশিল্লবনি। ঙসিদি অমুক চোংশিল্লদ্রে। ঐবু উরকপদগী মপীদু অমুক খোংবা হৌরকই।

"ঙ্যাও! ঙ্যাও!..."

ইচানুপীনা ঐগী তম্পাক্তা ফন্নগা হায়রকই, "বাবা, ঐখোয়গী হৌদোং মচাদো মীনা ফারগা হাৎতোকপীরম্লনিকো?"

"হল্লকখিনিদা, কদায়দনো অমা লৈরমগনি।"

অদুবু নুমিৎতো ফনা থেঙজিল্লক্লবা ফাওবা হৌদোং মচাদো অদুম হঞ্জিল্লকখিদে। ঐনা চাক চারিঙৈদা হেক হেক চোংশিন্দুনা অপনবা পীরবদো অমুক পীরখিদ্রে। মপীদো ঐনা চাক থাবীবদো চাও হায়বা য়াখিদে। খোংদুনা অদুম লৈখি।

"ঙ্যাও! ঙ্যাও!..."

নোংমা ইচানুপীনা হায়, "বাবা ঐখোয়গী হৌদোংমচাদো তামোদৌনা চেল্লমগদ্রা?"

করিমত্তা খুন্বা ঙমখিদে। মমাদি মমায় লৈথোক্লুনা তৃমিন্না কপ্পা খাঙখি। তশেঙনমক মহাক্কুবু নাম্থোক্লুনা চেনখ্রবজাৎলা? কদায়দা লৈরমগদগে মহাক্কুবু। করিগীনো মহাক্তা অদুক য়াম্না পঙলিবদুবু? অমুক্তং হল্লক্লবদি শোয়দনা হায়গনি– খূৎলায় মতীক চানা পায়বা মখোয়গী খূৎতগী নাম্থোক্লুনা চেল্লিবা করিগীনো? নঙনা নপাঙ্গল কয়াম ফরদনা? অদুবু কৈদৌঙৈ ঋাহৈশিংসি হায়বা ঙমগনি। থা কয়া হৌখি। চহী কয়া চৎখি। লেপ্পা লৈতনা অসুম চৎখিবা মতমদি কনানসু থিংলুবা ঙমখিদে। নাকেম্থা লোইখিদুনা য়েন্নীংথা লাকখ্রে। অদুবু কদায় ঐগী নরেন্দি য়াওরকখিদ্রেনা? কনাদনো মানা লৈবমগদবা?

লোইশিল্লক্কদৌরবা অচীকপা অহীং অসি চীক্লা পোখাগে খনবনি। অদুবু কদায়দনো অচীকপা! মচা কায়নরবা মমাশিংগী মীকপ, শেৎন-খায়নবনা থল্লবা

ঝারীশিংনা অমুক্কা হেন্না ওৎলরি। হৌদোং মপীদুসু পোত্থাবা নাইদনা কোয়চৎ চৎলদুনা মচাবু থিরি। অহীং অসিদা কন্না কন্না অমুক্কসু খোংলক্লি।

"ঙ্যাও! ঙ্যাও!..."

# অথেঙবগী থাবল মঙাল

অরোনবা পূক্লিংগী ব্রা কনানসু খঙবা ঙমদে। মহাক্না করি খল্লিবা ঐ খঙলুবা ঙমদে। লুহোংখিবদু চহী অনী ফারক্লন্নি। অদুবু থম্মোয়সিদদি চিংনবা অমদি অদুম ইরৈদা লৈরে। মহাক্কী মতৌসিনসু ঐগী চিংনবসি অমুক্তা হেনগৎহল্লিবনি। মহাক্না ময়ূমদা লৈরিঙৈদা মহাক্কী নুংশিনবা নুপাগকা লৈরম্লোই হায়বসি ঐ থাজবা শুকঙম ঙমদে। লৌন-লৈনসি হায়দুনা ব্রাশক্লবমক নৎত্রবসু মতম খরতগী ওইবা নুংশিনবা নুপা মশীং খঙদনা লৈরমগনি। মসিদনি ঐনা অমুক্তা হেন্না খোয়দৌ শীক্লিবা। ফরসু ফৎত্রসু মানা অশেঙবদুদি ঐঙোন্দা হায়বা করি কায়বগে?

"চা লৈরে। ...সিদা থল্লোরা?"

"হা...।" খংগ্রেক খংই। মহাক্না ইনাক্তা চা গ্লাসতু পায়রগা লেপ্লম্বদুদদি। ঐনা ঙসাই চা লোল্লকউ হায়রম্বনি।

"করি তৌরগে?" ঙক্লা হংলকই।

"হা! করিসু তৌদেদা। ...য়ানি থল্লম্মু।"

থুনা চৎশ্ৰবদি ফগনি খনবনি। অদুবু মহাক কোক হেক চৎতে। অদুম লেপ্তুনা লৈ। চৎলোইদবগী মওঙনি। ঙাইহাক্তুং ব্ৰাখল মচা অমত্তং ঈংনা খনগে তৌবসিদা মহাক্না হেক্তা য়েৎলবা।

"করিনো য়ারে।"

মহাক্না খরা ব্ৰারৌবগী মওঙদা হায়রকই, "অদুগী নত্তেয়ে।"

"কৈদৌরবা? হায়দৌ লৈরগা হায়রো নৎত্ৰদি চৎখি য়াৰনি।"

"তামোসে করিনো হন্দকসি মওঙ অমা ইতৌ তৌই। করি তৌবা য়াওরগে?"

"ঐবু? ঐ কৈসু তৌদেনা।"

"নহানমখৈগা ইমান মান্নদে ঐনা সুম উজবদা...।"

"নহাক্না সুম উজবনা য়ারোইনে। ঐ হকচাঙ ঙম্মী হায়রেদনা।"

হন্দক্তি ঐগী খোল খরা কনখি হায়বসি কাদুনা খোঙ্থাং ওইনা তাহল্লকই। মহাক্না অমুক্না তপ্না হায়রকই, "ব্ৰাঙাঙ খূদিংগী কোচি অমা য়াওরি।"

"ঐনা করিদা কোচি থাংশ্ৰদনা?"

"করি ব্ৰানো ঐঙোন্দা শেংনা হেক্তা হায়য়ু? ঐসে অতোপ্পা নত্তে।"

হৌরক্লদৌনি মাগী অনম কনবীসে। অতোপ্পা কনা নত্তে হায়জবসু শারি। মসিদনি ঐনা খংশাউ হেক্তা শাউনিংলক্লিবা। অতোপ্পা কনা নত্তে খল্লদি অশেঙবা খরদি হায়বা য়াদ্ৰা হায়বা? খঙনি ঙসিদি হৌরগে। শাউহল্লগা লোইনা হেক্তা হায়দোকহল্লগে।

"নঙবু নুংশিনজবা নুপা লৈরক্লো?"

মহাক খরা ইকায়বগুম তৌই। মমায়দো লূকথখ্রে। ইকায়সনু মানবু করিগী ইকায়গদৌরিনো?

"অসিবু ব্ৰানেনা...?" তপ্না খুল্লকই।

"হায়য়ুনা লৈবু লৈরকপ্ৰা?"

"চখোকওদা নাতৈ চাদবা। ঐ চৎশ্ৰগেসে...।"

"চৎপা য়াখিরোইনে। ঐনা হায়রিসে ফাগী নত্তে...।"

অদুবু মহাক অদুম খুল্লমদ্ৰে। অদুম চৎখ্রে। মসিগী নুপীসে ওম্ছোক্না মরৌ লৈখ্রে। মায়থোঙসিনা কয়াদা ফজরিবা! মহাক্কী ফজবা শক্তমসিনবুদি ঐবু তত্তনা লৈতাফম খঙহন্দ্রেদনা। কয়াদা ব্ৰাহল্লিবনো হায়বা?

ঐনা ঐগী নুপীবু থাজদবমক নৎত্রবসু চিংনবা খরদি অদুম লৈ। চিংননবগী মরম খরসু লৈ। ঙসি মহাক্না ঐগী ব্রাহ্‌ংগী পাউখুম পীরমদবসিসু মরম অমা ওইরোইদ্রা? মসি হেক খল্লকপদনি ঐনা লৈতাফম খঙদ্রিবা। হেক হায়রুরবসু য়াম্না পূকচেল পীকপা তাদৌরি।

ফরসু ফৎত্রসু মহাক ঐগী মরূপনি। অসুক কুইরবা মতৃংদা ইথা থাজদনা থেংনরগা করিনোমতা চামিন্নদ্রবদি ফজরিব্রদো? হৌন-খঙবা শাদুনা হোটেলদা চা অমমম্‌তং থক্লুখিসি হায়দুনা ফম্মী। মচু ফজববা চা অনীখক মাঙদা থল্লে। ঐনা ব্রা হৌদোকই।

"কদায়দা লৈরুরবা অসুক কুইবসে।"

মহাক খজীক্তং নোকই।

"মীবোৎ শাদুনা লোৎলুরেদনা।"

চাদো অমুক চিংই।

"কমদৌই অনৌবা য়ূম্বান্দি? উমাকান্তদগী খঙবনি। মাসু ঙরাং থেংনৈ।"

"খঙদেদা, পংহিং হিংবনি।"

"অমদুদি মশক ফজরমগনি, নৎত্রনে? লৈবাক্লেসু মশক ফজৈদনা।" চাদো অমুক্না চিংই।

মহাক্কী ব্রাদো ফাগী চেল্লবসু ঐ মায় খরদি ঙাঙলমগনি হায়বসি ভাবনা শাবা ঙম্মী। মরমদি নাখোঙ অনীসে মৈশা ফাওরকই।

"...ব্রা অমবু তমগে। লৈবাক্লেদু গুব্রাহাটিদা থেংনবকই। নখোয়নীগী মরমদা ব্রারী খবা শানগে খনবনি। অদুদা মাগী নুপাসু য়াওবদুদা লাঞ্জাও অমা থোক্লদ্রা হায়দুনা করিমত্তা হংলক্লবনি।"

"থায়নগী ব্রারীসে ঐ কয়া থরায় য়াওদে। নঙ নশাগী ব্রারীসু খরা তম্মুদনা।" ব্রাবীদো হৈনবক্লদুনা ঐনা হায়।

"ঐ ইশাগী ব্রারী করিনো তমগদৌরিবা? ইশাগী ব্রারী পূম্বা কাউথোক্লগে খন্দুনা মীরোৎ ওইনা চেল্লুবনি লাপ্পা।"

"করি করম্বা থৌদোক থোকপ্পগে?"

"ওইহন্নম্লেদনা ঐবুদি মীরোং, লৌনম হৈবী মহাক্না।"

"কনা, কনাবো?"

"মিংদি ঐ পল্লরোই শাউনু।"

"মিং য়াওদনা করম্না ব্বারী মপূং ফাদৌরিনো?"

"মিংমান্নবী কনাগা চয়েৎনবা থোকহন্নিংদবদগী ঐ মিংসে পল্লরোই খল্লবনি। নঙনা য়াদ্রবনিনা মিং অমদি হায় তারেদনা।"

"অশেঙবা নত্তবা।"

"নত্তে। ঐনা হেক হেক কৌবনি 'সনাতোম্বী', য়াম্না পাম্না কৌজবনি। সনাদা সনানি। অদুবু অদুম্না শক্লোন য়াল্লমগনি হায়বদি থাজরুদে।"

মহাক্কীসে মওঙ অমনি। তশেঙনা লীলা তৌগদৌরিমাল্লে।

"কদায়দগী হৌগদৌরিনো নঙগী ব্বারীসে।"

"ঐনা ভারাগী কাদুদা লৈরিঙৈদগী। মহাকসু লাইরিক তম্বগী লৈবনি। মহাক্না ঐগী অয়েকপা লাইশিংদু য়েংলগা য়াম্না থাগৎলি। নোংমদি ঐসে অফাওবা লাইয়েকপা ওইগনি হায়না তত্তনা হায়। করম্না ঐখোয় অনী অদুক য়াম্না নকশিন্নখিবা মদুদি খঙহৌদ্রে। খঙলকপা মীকুপ্তুদি লানফদবা পনখে অমদি লানশিল্লম্লে...।"

মাগী ব্বারী তারুরগা কদায়দগীনো লৈবাক্লেগী শক্তমদু পাইরক্কুনা ইমাঙদা লেপ্পরে। লৈবাক্লেদো, কুচু ঙৌবীদো, কয়াদা নীংথিবা শক্তম্নো? মাবু ঐগী ওইনা লৌবা হায়বসি ঐগীদি য়াম্না চাউরবা শীংনবা অমা ওইদৌরিবনি। মহাকপু য়াম্না পামজবা নুপা অমনা শঙলি হায়বা ঐ তারবনি। কোলেজগী পুন্সি হৌগৎলকপদা তাউথমিন্নখিবনি ঐখোয় অনী নুংশি ঈপাক্তা। পুন্সিদা মায়থীবগী ব্বাখল মচেৎ অমত্তা য়াওদনা কয়াদা নুংঙাইনা লেনখিবা মতমদো। অসুম্না মাগী মফমদগী ইরায় লায়না মায়থীগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙলুদে। অদুবু মহাক মীগী ওইখ্রে। ঐনা মাবু ইনাক্তা থম্বা ঙমখিদ্রে। কপ্প-কপ্পা থাংখ্রবসু মাগী খোঙথাঙদো, হৌজিক্তি মোমোন নোকখ্রেদনা।

"...ঐনা মাবু অদুক্কী মতীক থাজরুবগী মহয় মানা ঐবু মীরায়বীরমখিবনি। ...মহাক্না অদুক য়াম্না পূকচেল শেংলম্লোই হায়বদি ঐ নোংমতসু খনখিদে।"

মহাক্কী মমৈ-মকোক ফাওদোক্লদবা ব্বারীদো তাবদা ঐ ঙক্লা থোকই।

"নঙগী ব্বারীদু ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে। শেংনা হেক্তা হায়য়ু।"

"মাগা ঐগা অচেৎপা মরী থম্লখি। শূপ্নগী লুহোংবা হায়বা অদুখক্তনি ঐখোয় অনীগী মরক্তা লৈখিদবা। অদুবু ভারাগী কাদু হেক থাদোক্তুনা চৎখিবদগীদি মাগা ঐগগী মরী অমুক লৈনখিদ্রে। ঐনা খনখি, ঐনা আশা কয়া তৌখি। মহাক্লা ঐগী নাক্তা লৈদুনা নুংঙাইরবা অয়ূক্কী মঙালদো ঐগী পুক্নিদা থোক্লগনি। অদুবু ওইখিদ্রে। ওইথোকখিদ্রেদনা।"

ঙাইহাক তূমিন্না লৈ। ঐসু তূমিন্না লৈ।

ঐখোয় অনী মঙম শান্দনা তপ্ন-তপ্না খোঙনা লাকমিন্নে। মহাক্লা ৱা হৌদোক্লকই।

"ঙসিদি ঐখোয়দা লেকখ্রসিদনা। চাক চরা অমসু চামিন্নবা য়াই। অমদুনা শাউগদ্রাও?"

মাগী অসিগুম্বসিদনি ঐনা অমুক অমুক উংলিবা। ফরে হায়দুনা মখোয়দা ওইনা হাইথরে। অদুবু ঐগী ৱাখলদা লৈতাফম খঙদনা খঙনিংলিবা ৱাফম অমদি– মাগী সনাতোম্বী করম তৌখ্রবগে? মাগী পোলোই করিনো?

"সনাতোম্বীদি করম তৌখ্রবা?"

অচেঙবা তাঞ্জা ঙাইরদুনা ৱাহংসি মঙোন্দা হংই।

"শাগে ওনখ্রে হায়।"

মখা অমুক তারুদ্রে। মাগী কাদু অয়েকপা লাই কয়া লৈরম্মী। লাই অমখক্তি য়েকপা হৌরগা লোইশিনখিদ্রবা লাইনি। লাইদু উরুরগা হকচাঙদা করিনো অমা ফাওরকখি। নুপী অমগী চাউরাক্লা লাকশিল্লবা শক্তম্নি। হেক উবদা মশক খঙবা শকফমদি নত্তে। মহাকসিবু কনা ওইরিগবা? ইথম্তা খঞ্জখি।

"সনাতোম্বীনি মরূপ। কাউথোক্লগে খল্লবানে অদুবু...।"

মখা তাবা ৱাহে খরা অদুদি ময়েক অদুম শেংখিদ্রে। চীন্দদি শোনখি।

"সনাতোম্বী...।"

নুমিদাংদু চাক নীংথি-নুংঙাইনা চাবা য়াখিদে। তূম্ফম খঙখিদে।

ময়েক শেংদ্রবা অয়েকপা শক্তমদু মীৎসিদা অদুম উদুনা লৈ। খদাং তারকপা, কোয়দানবা মায়থোঙ... ওইরোইদ্রা মহাক্তো? মরূপনা য়েক্কে হোৎনখিবা লোইশিনখিদ্রবা শক্তম, করিগীনো ঐনা মহাক্কী মায়থোঙ ওইনা উরক্লিবা। তশেঙনা

মহাক্না সনাতোম্বী।

করিনো অমা ওম্বুবগী মখোলদুনা ঐগী মঙ পুম্বা পুমকায় কায়রে। খঙনি ঙসিদি হেক্তমক খৎনবা হৌরুরগে মসিগী নুপীসে, মানা অশেঙবদু হায়দ্রি ফাওবদি...। ঐনা চঙখিবদা মহাক ফমদুনা লৈরম্মী। ঐগী লাইরিক ময়ামদু লৈমায়দা তাদুনা লৈরে।

"কৈদৌরে সিদি?"

মহাক করিসু খুমদে।

"নহাক লৈনিংদ্রদি চৎখিবা য়ানি...।"

মহাক মমীৎ য়েংখৎলকই। করিনোসিদি? মহাকপু শাউবা হৈরব্রা?

"সি, লৈবাক্লে ওইরিনিনে?"

ফোটোদু পোপ থাদরগা হায়রকই। ঐগী দায়রীসু মনাক্তা তাদুনা লৈরি। ঐদি লোইরেদনা? নোংমতা শাউদবা মহাক্না শাউরল্লিবসি মরম লৈরল্লেদনা।

"অদুম্না কোচি কোৎপীদ্রসু অশেঙ-অশেঙবদো হায়বীয়ু য়াদ্রাও। চৎখিগে অয়েৎপা পীজরোই।"

শুৎ-শুৎ কপখৎলকই। নীংথিরবা মায়থোঙদা মরাল লৈজদ্রবা পি খরসু মনীং তম্না শীম্বুরক্লি।

ঐগী হায়গদবা ৱাশিংদু লোইনা কাউখ্রবদুদদি ঐ মপান্দা অদুম থোরক্লে। মহাকসিবু ঐগী মরূপকী সনাতোম্বীদু ওইরিদ্রনে? হেরা ওইরল্লোইদা। নোংমতসু ঐঙোন্দা শাউবা হায়বদু ঙসি ফাওবা উখিদ্রি। ঙসিদি পি খরসু তাখ্রেদনা। সন্ধ্যাগী মমশিল্লরুবা মতমসিদা ঈং-তপ্লবা পূর্ণিমাগী থাজনা মঙাল শন্দোরক্লি। কয়াদা ফজরিবা থাজসে!

## নং ওল্লব

"ইশূক্তা শূক্কুনা লৈবিসিবু কবি তৌবগে?"

ব্রাহংদুনা যাইফবী মপানগী তাইবঙগা অমুক শমজিন্নহল্লি। থবক খোযজঙদবা মহাক্কী মতৌদা কবি খল্লুববনো মহাক্কী নুপানা মখা তাবকই, "হকচাঙ ঙমদ্রববা?"

যাইফবী কবিমত্তা খুমদে। চাকখূমগী থবক্তা মায ওনশিল্লি।

"নহাক্কী কবিমত্তা লৈবক্তে হাযদুনা ব্রাবৌবিব্রা?"

ঙবাংদনি মহাক্কী নুপানা থুংলবদো। হেক থুংলবগা মচেগী, মমাগী শাল অমমম পীখিবদো যাইফবী উহৌই। মনম্মগী শব্দক থুংখিবসু মহাক খঙই। অদুবু মহাক কবিসু খন্দে।

"ঐবু নোংমতা অসিমা লৈবিযু হাযগ্রববা?"

অশেন্বা মিনোক অমা মাযথোঙদা মমি তাবল্লগা চূপ লূপগ্রে।

"অশেঙবদি হন্দকসে নঙগী শব্দক ওইনবা ফি অমদি যাওবকপনি। পুস্পানা পান্মী হাযদ্দা...।"

ব্বাদো লোইশিনখিদ্রে নরেন। মমাগী খোঞ্জেল তাবদগী বাঠরূমদা অদুম চেনশিনখ্রে। য়াইফবী মতৌদুদা নোক্লিংলুরমাল্লে চোকথরবা মায়থোঙদো মোমোন নোকপগী মমি অমা ঈংনা শন্দোরকই। অদুবু থংনবা মীকৃপ্তুদি অকনবা নোংলৈ অমনা হূমদোকখিদুনা মায়থোঙদা হায়ফম খঙদবা মমি অমনা অমুক কৃপশিল্লকই।

নুমিৎ খরনিগী মমাঙদনি মবূংগী মচা লাক্নুনা পাউ তল্লবদো।

"নেনে পুপুদো মশা য়াম্না কন্না ঙমদদুনা লৈরে। নেনেবু উনিংঙি হায়দুনতা লৈ। নেনে অমুক্তা লাকপীয়ু হায়দুনা বাবানা হায়রকই।"

য়াইফবী পাউদু তারবসু চৎখিদে। চৎকে হায়নসু খনখিদে। চৎনীংবসু ফাওখিদে। নোংঙানবগা মবূৎ অহল অমুক লাকই।

"য়াইফবী নঙবু অমুক্তদি লাকউদনা। ইবেম্মা।"

"তাচৌ ঐ অমুক লাক্লরোইদা। ইমানা...।"

মখা তাবা ঙমদে য়াইফবী। মীৎতগী পিগী অচৌবা ঈফূৎ অমা হৌরকই। মবূংসু ব্বা ঙাঙবা ঙমদে। তপ্না হায়রকই, "হৌখিবনা হৌখ্রে। হৌজিক্তি অরোয়বা মতম অদু ওইদৌরমাল্লে খল্লি। ডোক্টরনসু খূৎ থারে। নঙবু অমুক্তং লাকপনা চুল্লোইদ্রনে ইবেম্মা?"

য়াইফবী মমাবু নীংশিংলকই। ঈচীক চীক্লবা কাদুদা পাঙ্গল য়াওদ্রবা মমাগী হকচাঙনা অরোয়বা মতমবু ঙাইরদুনা হীপ্লি। য়াইফবীনা ফমুং নাকন্দা ব্বাখলনা লূমথরবী অমগুম তৃমিন্না ফল্লি।

অতপ্পা মীরবা খোঞ্জেলদা মমানা হংলকই, "ইবেম্মা নঙগী পাবূংদুবু ঙসিদি লাক্কনি হায়ব্রনে?"

"হোয় ইমা ঙসিদি শোয়দনা লাক্কনি।"

"ইচেদি লাক্লোই হায়ব্রা?"

"ইমাচৌবীদি মশা শোন্দুনা লৈরে। লাকপা ঙল্লরোই।"

ঙাইহাক তৃমিন্না লৈরগা পিরোইনবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ইচেনা ঐবু শোয়দনা ব্বারৌরমগনি। অদুননি মহাক্লা লাক্লিবা। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা হকচাঙ ঙমদদুনা লৈবদা ইনাক্তগী খজীক্তা ফাওবা লাপ্না চখোক্তবনি। ঐবু য়াম্না লুনা তৌবনি। ঐ ইচেগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে। পুন্সিসিমগী কোক্লরোইদবা ইরাল ঐনা মফমদা লঙজখ্রে।

ইচেগী মপান নাইদ্রবা মিনুংশিগী মহুত্তা ঐনা তৌরিবসিবু করিনো? ঐ ইশা ইথন্তা খঙবা ঙমদ্রে...।"

হীক-হীক কপ্পী। য়াইফবীনা হায়রকই, "ইমা তোক্নো কৈদৌগে? হকচাঙদো য়াম্না চোকথরনি। ইমাচৌবীনা ইমাবু হৌজিকসু লুনা তৌরিদুদি। মশা শোনবদুদা লাকপা ঙমদা তৌরিনি।"

কাদু অমুক পূমচীক চীকই। মমানা মখা তারকই, "নঙগী পাবূংদু লাক্কনি হায়বা ঐদি থাজখিদ্রেদা ইবেম্মা।"

য়াইফবী খুন্না ঙমদে। মমায় লৈথোক্লগা খাঙই। মশামকসু থাজবা ঙমদে। অসুক কুইবা মতমসে নোংমতসু খোঙ্গুল তারখিদ্রবা মাগী পাবূংনা ঙসি মফমসিদা লাক্কনি হায়বা।

"শোয়দনা লাক্কনি ইমা, করিগী লাক্তদগে?"

"অমুক্তং লাক্লবদি হায়রমগদবা ব্রা য়াম্না লৈরিনে। নঙবুসু শিন্নরমগে খল্লিদো। ঐদি হিংগনি হায়বা..."

ব্রাদো লোইশিন্দ্রিবঙে য়াইফবীগী থোৎলবা খূৎশাদুনা কংলবা মমাগী চীনবান্দো মেনশিনখ্রে। মীৎলুদদি লেপ্পা নাইদ্রবা পিনা মনীং তন্নক্নি।

"করিগী ইমানা ঐবু ননাক্তগী লাপ্পা ঈম্বোক্লীংলিবনো? ঐবু শা অদুগী মখূৎতা শিন্নরমগনু।"

"হায়হৈদেনে ইবেম্মা। নঙগীদি পাবূংনিনে। পূম্নমকসে ঐগী ইরালনি।"

"করিগী ইমানা লাল্লুদগে? মীফত্ত অদুনা থোকহনবা নত্তরা?"

কাদো পূমচীক চীকই। য়াইফবী মমাগী মীৎতা চেম্বুরকপা পিশিংদু ফিদুনা তপ্পা তৈথোকপি। অচীকপদু থুগাইদুনা তারক্লিবা খোঙথাং মখোলদা মমানা হায়রকই, "কনানো লাক্লিবসে? নঙগী পাবূং নত্তরা?"

য়াইফবী থোঙজীন্দা কানশিল্লক্লিবা নুপাদুদা মুন্না য়েংই।

"নঙগী পাবূং লাক্লব্রা ইবেম্মা?" মমানা হংলকই।

য়াইফবী খুন্না ঙমদে। মবূং অহন্না খুম্মী।

"ঐনি ইমাতোন।"

"নঙগী পাবূংদি নঙগা লাকমিন্নদব্রা?"

সুরচন্দ্র য়াইফবীদা য়েংলকই। তপ্না হায়, "ঙসিদি পাবুং লাক্লরোই ইমাতোন। ওফিসকী অরুবা থবক অমা লৈরে হায়দুনা চৎথোকখ্রে। হৱেং ওইনা লাক্লনি।"

কাদো পূমচীক অমুক চীকখি। নোংঙানবদু খৌরাংনা ঙাইখি। অদুবু নোংঙানবদসু অদুম লাকখিদে। অদুগী মতুংদসু অদুম লাকখিদে।

"য়াইফবী পাবুংনা নঙবু অমুক্তং উননীংমাল্লে। হৌখিবদা লানখিবা কয়া য়াওখ্রবসু ঙাকপীবা ওল্লরোইদ্রা?"

"তাচৌ ঐবু খন্ননবগী মতম খজীক্তং পীবিয়ু।"

য়াইফবীগী পূকচেল খঙই সুরচন্দ্র। য়াররোই খঙলবদা অমুক তকশীনখিদ্রে। ব্রাখলনা লূমথরবা খোঙথাঙদা মফমদুদগী খোঙ থাংদোরকই।

নুমিদাংদা মনেম্মা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙবু অমুক্তদি চৎলুচোদনা। য়াম্না ফজদবা তারে। ঐখোয়সু ব্রা খঙদবা তারনিনে। অনা-অয়েক হায়বসিদি তম্না ঙম্না নত্তে।"

"ইমা ঐ চৎলোইদা। য়াম্না কন্না ঙমদবা ওইরম্মোই।"

মনেমসু মখা তারকখিদ্রে।

"চাক লোইরবদি চারগেদনা?"

খংপ্রেক খংই য়াইফবী। মাগী নুপানা মতৌদুদা ইশি শিনা নোকই।

"কনাগী ব্রাখলদনো উংদুনা লৈরিসিবু?"

মতাঙ চাদবা ফাগিদো য়াইফবী হৈনদে। ইকায়না হায়রকই, "চৎথোকওদা তানীংদে।"

চাক-ঈশিং থিবদো লোইশিন্নবা প্রপ-প্রপ হোৎনৈ। অদুবু থবক্তি মঙম ইশান শান্দবগুম তৌই। মতৌদুদা মাগী নুপানা মতেঙ পাংশিল্লকই।

"য়াররোইসে ঐ তৌবিগে?"

খূৎতগী খাবৈদু মুনগুম-লাক্কুম লৌখিদুনা চাক থিবদু হৌই।

"পীরকউসে ঐ তৌজগে। ইমানা উরগা ইকায়জে।"

অসুম্না মরক-মরক্তা মাগী নুপানা মতেঙ পাংবিবা য়াওই। অদুবু য়াইফবী মশানদি কয়া পামজদে। ঙসিদি অমুক তকশীল্লুদ্রে। য়েংদুনা লৈরে।

"য়াইফবী নঙসে য়াম্না ৱারন্ননিবু?" মাগী নুপানা হায়রকই।

"ঐবু করি শৃদুনা ৱাগদৌরিবা?"

"য়েংঙুদনা তৌরিবা ময়ামসে..। অসিদসু নত্তনা ইমুংগী থবক মচা-মশু কয়া অমসু নঙনা তৌরিবনিদো।"

"মদুবু থবক ওইনা থাবা য়াব্রদা?"

"অশেঙবনি য়াইফ নঙসে য়াম্না ওল্লে। ফজরবা নঙগী শকফম ময়েং তাবগুম তৌরে। কুচুগদো ইমক মকশীনবগুম তৌরে। নঙবু ঐখোয়দা লৈবসে য়াম্না হৈনদ্রব্রা?" মোমোন নোক্লদুনা মখা তারকই, "হন্দক্তি ঐনা চৎপদা নঙসু পুগে খল্লিবনি। ফজ-ফজবা মফম কয়াসু য়েংলুসিদনা।"

"হুম! চৎচরোইদা। যৃমদা সুম লৈজহৌগে।"

"নঙবু নথন্তা নুংঙাইব্রনে...?"

"ইমাহোয়, ইচেহোয় লৈরিসিদি ঐগীবু কবি ৱাৎতুনা...।"

অরোয়বা পবেং খরদুদি শৃরু-শৃরু নৈশিন্দুনা মযেক শেংখিদ্রে।

য়াইফবী, মমাগী লাইবক থীরবা পুন্সিদা মযাম্না থীনা ঙাঙনবিবদু খাঙবা শুকঙম ঙমদে। ইচম চমজবা মমাগী পৃকচেলবু মীনম্বগী অনৈবা ঈচেলদা তিনহনবা খক পামদে। মশাগী লাইবক থীরবা পুন্সিগীদমক্তা মমানা কন্নাদসু মবাল অমত্তা থঙজিনবা পামখিদে। মদুনা পুন্সিদা নুংঙাইবগী নুমিৎ অদু ঙন্না তাখিবনি।

পুন্সিগী অঙনবা অয়ূক্তা থেংনখিবনি কল্লবা নোংলৈ অদু। নোংলৈদুনা হুমদুনা থুদেকপীখি নহা ওইবগী ইঙাও ঙাওজবা পুন্সি। নমদুনা লোন্নবী নুপী ওইহনখি। মহাক্কী অৱা-নুংঙাই কয়াদা শরূক য়ামিন্নরক্লবা হেক পোকমিন্নবা মচেগী নুপাদো মাগীসু নুপা ওইনা সমাজসিদা মশক তাকপা তাখিবনি।

য়েংবদদি ইচম চম্থা মানবা, ৱাঙাও নুংশিবা মহাক্কী মচেগী নুপানা মঙোন্দা নুংশিনা হেক-হেক য়েংখিবা মীৎযেং অদু মহাক কয়াদি হৈননা থোকখিদবনি। অদুবু মশা কয়া ফত্তবা মহাক্কী মচেগী অৱাবদু খরদং ওইরবসু কোক্লনবা মতম খরা অদু মচেগী নাক্তা লৈনবা লাকখিবনি। কুইনা লৈরবা নত্তে শৃপ্নগী থা অনীখক্তনি মহাক্লা মচেগী মনাক্তা লৈখিবা। তেনখ্রবা মতমসিদা মচেগী নপানা মামক্কী নপা করম্না ওইখিবা হায়বদ

মহাক খওজবা ওমহৌদ্রে। মীকপ থোরকপা মীকুপুদি খোওফম ফনা য়াম্না চেৎশীনখিরম্লে। লওশিনখ্রবা মরালগীদমক্তা মচেনা মহাকপু ঙাকপিরক্কদ্রা হায়বা ব্রাহংসিনা মতম চুপ্লদা লাওতক্লনা লৈহনখি।

অদুবু পাউখুমদো কুইনা ঙাইখিদ্রে। মচেনা মাবু ঙাকপিখ্রে। মরাল লৈজদ্রবা অঙাং অদু তাইবং খোওদাহল্লে। মহাক্কী মচেনা য়াম্নমক ব্রারৌখিবদি মহাক্কী নুপাগী লীচৎ অদুনি। হেক পোকমিন্নবা মনাওনুপীদা মাগী নুপানা থীন-থীনা তৌবিবদু মহাক খাওবা ওমদে। অদুবু মাগী ব্রাদু মাগী নুপানা কৈদৌঙেদা তাবীখিদে। মনাওনুপীবু থীন-থীনা চৈবী। ময়াম মমাওদসু পাউথোকপি। মনাওনুপীনা লোন্ন-লোন্না কপ্পী। অদুবু মহাক করিসু তৌবদি ওমদে। খাওবা ওল্লক্রুবা মতমদনি মনাওনুপীনা য়ূম থাদোক্কুনা চেনখিবদো।

য়াইফবী অহীংদু মীৎ উইশিনবা শুকওম ওমদে। মহাক্কী মবূং অহল সুরচন্দ্রগী মকশীল্লবা মায়থোওদো মমীৎতা উরকই। হায়বগুম তৌরি।

"ইবূংগী ইবেম্মা নও নবূংবুদি ব্রারৌগনুকো।"

পীক্লিঙৈদগী মহাক্লা খ্বাইদগী নুংশিজরকপদি মহাক্কী মবূং অহলনি। মতম পূম্বদা য়াইফবী সুরচন্দ্রবুদি কাউথোকপা ওমদে। য়ূম হোংলক্কুনা লৈরবা মতমদসু ইতৎ তত্তনা অব্রাৎ-অপা কয়া হংবিরৈ।

অমুক হন্না অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা সুরচন্দ্রগী মওলান অমা লৈরম্মী। অদুবু মওফাওনবদি ওমখিদ্রে। মহাক্লা ইতৎ-তত্তনা পাউ ফাওনদুনা তৎখ্রবা নুংশিবগী লংলাদু শমজিন্নগে হোৎনখি। য়াইফবীগী থম্মোয়দসু অপূনবগী শক্তম অদু পামজখিবনি। অদুবু মমানা মশা শোন্দুনা লৈরবা ফাওবদা মাগী পাবূংনা নোংমতা হংলখিদবদুনা অদুক্কী মতীক মাগী থম্মোয়বু শোকহনখি। অহীং কয়া মমানা মীৎলু পিরাং কংদনা লেনখিবা য়াইফবী খওই। নোংমতসু কাউথোকপা ওমখিদে। থৌদোকশিংদু নীংশিংলুবা খূদিং ব্রারৌবনা থল্লকই মাগী পূক্লিং। লমন খুম্নিংবগী মৈরীদু মকা ফোংলকই। মতমদু য়াইফবী মশাগী চহী নৌরি। ঈনখৎলকপগী নীংথিবা পূম্বনা লৈতেংলক্লুবা মতমদু মমানা শোনজিল্লকপনা মাগী পূক্লিং-ব্রাখল পূম্বা ইফক ফকচীনখি। নহা ওইরিবা মচাগী মতৌদা মমানা কয়াগী মতীক ব্রাজখিবা। তত্তনা হায়খিবনি।

"নঙগী তুংগী পুন্সিগীদমক খনবদা ইমাদি শিবা ঙম্লোইদৌরি...। নঙগী পাবুংদো অমুক্তং লাক্লবদি নঙবু শিন্নরমগে খনবনি...। নঙগী খঙনবা কনা লৈবগে ইমাদা শেংনা হায়যু...।"

ঝাহং কয়া কয়া মমানা মাগী মফমদগী খঙনীংনা খৌরাংনা হংখিবনি। য়াইফবী পাউখুম পীনবা শেম শাখিদে। মাগী থম্মোয়দা মমি তাখিবদি মমাগী অৱাবতনা থল্লবা কনানসু তাবীদ্রবা থম্মোয়গী মপাউ অদুনি।

নোংমদি পূম্নমকপু থাদোক্লমদুনা চৎখি য়াইফবীগী মমাদো। য়াইফবী নাইতোম তাহৌই। মাগী পূক্লিং, মাগী থম্মোয়দা হৌরক্লিবা শাফু কল্লবা অঙাওবা নোংলৈদুনা হুমদুনা কোয়পু পুখি কদায়দনো খঙদনা। পম্বুং লৈতবা খোঙচৎতা। মতমদুদনি মাগী থম্মোয়গী নিংঙাইবু থেম্বিখিবা নরেন্না। পোখাফম পীবিখিবনি মাগী লৈতাফম খঙদ্রবা পূক্লিংগী।

অয়ূক্কী মেঙলবা মঙালদুনসু য়াইফবীগী পূক্লিংবুদি লৈতাহনখিদ্রে। নহান নোংমা লাক্লম্বা নুপামচাদুনা পাউ তল্লবনি।

"নেনে পুপুদু ঙরাং নুমিদাং লৈত্রে...।"

য়াইফবী অকনবা শাফু অমদি ফাওরকই।

"...বাবানা নেনেবু অমুক্তদি লাকউ হায়রকই...।"

য়াইফবী করি খুমখিবনো খঙহৌদ্রে। নুপামচাদু মরূ লূকথদুনা লৈখি।

চাকখূমগী থবক তৌবদু কয়া খুৎলোয়দবগুম তৌই। মমীৎতা উরকই। থৱায় য়াওদ্রবা মাগী পাবুংগী হুকচাঙদু চিতা মথক্তা নীংঙাইদনা লৈরি। মনীং তম্না চাকখৎলক্লিবা মৈরীদুনা হুকচাঙগী মফম শীনবা থুংনা মৈৱায়রকই। মৈরীদুনা চাকথেক্লবা হুকচাঙদু মচেৎ মচেৎ কেল্লক্লি। হায়বগুম তৌরি।

"নমা-নচা নখোয়বু মীরায়রুবা পাপ চেল্লবা ঐগী হুকচাঙসে চাকথেকপ্রসনু ঙসিদি মৈরীসিনা। অমুক্তং ঙাকপিয়ু হায়বদুদি ঙমখিদ্রে। নমা নচানা ঐবু কয়াদা ঝাৱৌরিগবা...।"

পূম্নমক মৈরী ওনখিদুনা অঙাঙবা মৈতালমক্তা ঙায়খিবদো য়াইফবী শং-শং উই। পূক্লিংনা পেন্না চৈরকই।

"মিনুংশি খণ্ডব্রবা, শাগী মপোক্তা পোক্লবা নওগীদি মদুনা মতীক চাবা দন্দীনি।"

য়াইফবী মমাগী অরোয়বা নুমিৎতু নীংশিংলকই। খৌরাংনা ঙাইজরম্বা শক্তমদু উবা ফংদনা চৎখি মহাক তূমিন্না কনাদসু ব্বারৌদনা।

"কৈদৌরে, চাক্তো চারসিদনা?"

নরেন মকোক্তু তৈথোক-তৈথোক্লা চাকশঙদা চঙলকই। য়াইফবী করিসু হায়দনা চাক-ঈশিংদু মথঙ-মথঙ থিরকই। মাগী মাগী শরুক্তু থিবা লোইদুনা নরেনগী শরুক্তু পীরকই।

"নখোয়সু চাথোক্নোদনা, ইমাসু হল্লকখ্রবনি।"

"ইমাগা ইচেগা চারসনু ঐদি চানীংদ্রে।"

য়াইফবী চাকশঙদগী মপাল থোকখি।

নরেন ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই। করিমত্তা হায়বদি ঙমহৌদে। নরেনগী মমাদু চাকশঙদা চঙলকই।

"মৌগী পাবৃংদু ঙরাং লৈত্রেয়ে। মবৃংগী মচানুপাদু লাক্লম্মী।"

নরেনগী মমানা তপ্না হায়রকই। নরেন থাঙ্গৎলুরবা চখোমদু হূকখিদ্রে। মমাদা য়েংখৎলকই।

"মানদি ঐঙোন্দা করিসু হায়দেনা?"

"নহান নোংমসু মশা ঙমদ্রে হায়দুনা পাউ পীরবনি। ...ঐনসু চৎনবা হায়বনি... চৎলু য়াদে। ...লুহোংবদা মাগী পাবৃংনা য়াওখিদবদুদা ব্বারৌরিবা মাল্লে...।"

নরেন্না হায়রকই, "অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অনা-অয়েক হায়সিদি চৎফম থোকপনি।"

অদুনিনে মীনা করি হায়খিনি। ঐনসু ফনা কন্না হায়বনি। মানা নমদুনা য়াদেনে।"

নরেন চাক চাখিদ্রে। হৌগৎখ্রে। মমানা হায়, "নঙনা অমুক্তা থেমদুনা য়েংঙুদনা। মতম অমুক লৈত্রবনি।"

নরেন করিসু হায়রক্তে। মমাসু মখা তারকখিদ্রে। কনশীনশ্লবা মমৌগী থম্মোয়দো কমদৌনা পেৎথোকহনগদগে খঙলক্তে।

# থব্রায়

"নহাক কনানো?"

এস আই রবীকান্তনা মখোল নীক্লা হংই। টেবল লেম্পকী শেংফাৎত্রবা মঙালদা, মাগী মমাঙদা মমি-শামি ওইনা লেপ্লিবা নুপাদু মুন্না য়েংই। মমায়দা হুমাং মরীক-মরীক কারকই। মহাক্কী খ্বাঙদা য়াল্লিবা নোংমৈ অদু মখূৎনা মারকই। নুপা অদুদি মোমোন নোক্লি।

"ঐবু মশক খঙদ্রবরা?"

রবীকান্ত কনানো হায়বা লাকশীনবা ঙমদে। মমায়দো ময়েক শেংনা উদে। মোমোন নোক্লি হায়বদি খঙই। মহাক্তি নোক্তে। নোকসু নোক্লীংদে। নোংমৈদু খূৎপায় চেৎনা পায়শিল্লকই। মখোল নীক্লা অমুক্কা হংলকই।

"নহাক কনানো?"

অথেঙবা অহীং অসিদা কদায়দগী লাক্লিবনো? কদায়দগীনো খঙদে। পুলিস ষ্টেশন অসিদা লৈরিবা মীওই অমত্তনা নুপাসিনা লাকপদা খামদ্রবরা? নংত্রগা মপান্দা

সন্ত্রী তারিবশিংনা য়ুগী নেশাদা পঙথখিদুনা উহৌদ্রবরা? হৌজিক্তি কনামত্তগী খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে। রবীকান্ত কনামত্তবু কৌগে হায়নদি খন্দে। নুপাদুনা হায়, "ঐবু অসুক থুনা কাউথোক্লমগনি হায়বা আশা তৌরুদবনি।"

রবীকান্ত নীংশিংনবা হোৎনৈ। নীংশিংবা থোক্তে। নুপাদুনা মখা তারকই, "ঐবু ঙসাইদা নহাক্না মোর্গতা থিনবিরম্বদু নীংশিংদ্রবরা?"

রবীকান্ত খংপ্রেক খংই। মখোল নীক্লা হংই, "নহাক ঙসাইগী.... অশিবা...।"

"উম! ঙসাইগী অহুমদুগী মনুংদা য়াওবনি। থাজদ্রগা মুন্না য়েংঙু।"

রবীকান্ত খুৎ ওয়না লাইবক্তা কারক্লিবা হুমাং মরীকশিংদু তৈথোকই। শেংফাত্তবা মৈঙাল অদুদা নুপাদুবু উনবা হোৎনরকই। টেবল লেম্পগী মৈঙাল মচেৎ খরনা নুপাদুগী হকচাঙদা তারিবদু মুৎশি-মুৎশি উই। ফি মচেৎ অমত্তা পক্তবা হকচাঙদা অঙাঙবা মচুনা নপুনা লৈরিবদু উই।

মশাদা নোংমৈ মরূ মশীং খঙদনা পাল্লবা অশিবা হকচাঙ অদু মোর্গতা থম্নুনবা পুরুবদু রবীকান্ত নীংশিংলকই। নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোক অদু অঙনবা অয়ূক নুমিৎকী মঙাল ফংদ্রিঙৈদা থোকখিবনি। থৌদোক্তুদা নহা অহুম অদু নোংমৈনা পান্দুনা শিখিবনি। অদুবু হৌজিক মাগী মমাঙদা লেপ্পরিবা নুপা অসিদি থাজবা সুকঙম ঙমদ্রে।

"নহাক অশিবা... মতৌ করম্না মফমসিদা...?" খোঞ্জেল নীক্লা রবীকান্তনা হংলকই।

নুপাদুনা খুল্লকই, "ঐদি থব্বায়নি।"

"কৈদৌবনো সিদা লাক্লিবনা?"

"ব্রাকৎপনি লাক্লিবসি, হিংলিঙৈদা তাবীখিদ্রবা ব্রাকৎতু অমুক হন্না পুরদুনা।"

"করম্বা ব্রাকৎ... করি ব্রাকৎ...?"

নুপাদুনা শাউনা হায়রকই, "ঐখোয়গী করি ইরালনো? করিগী ঐখোয়বু অদুক তমথীনা হাৎলিবনো?"

রবীকান্ত খুম্ফম খঙদে। অসিগুম্বা ব্রাহং কয়াগী পাউখুম হঞ্জিন-হঞ্জিন পীদুনতা লাকপ্রবনি। ঙসিদি পাউখুমদু পীগদবা চিংনরকই। নুপাদুনা হায়রকই, "নখোয়না ইরাল পীশিন্দুনা হাৎতোকপিবদু ঐখোয় পেন্দে। শান্তি ওইনা ঈংনা স্বর্গদা লৈরুবা ঙমদে। অরানবা তাহনবিরবা থব্বায়সিগী অশেঙবা ঈরাল অদু খঙগে লাক্লিবনি।"

"নখোয় লালহৌবনি। আইন্না য়াদবা থবক তৌবনি," রবীকান্তনা ঈংনা হায়রকই।

নুপাদুনা শাউনা খুন্নকই, "আইনগী মায়োক্তা লৈবসু ওইসনু, লালহৌবসু ওইসনু, বিচার তৌফম থোক্তব্রা? নখোয়না ঐখোয়গী বিচার তৌগ্রববা?"

"নখোয়গী নতীক চারবা দন্দীনি নখোয়না ফংলিবা।"

"মালেমগী চৎনবী আইনগী মতুং ইন্না খূৎলায় থাদোক্কুনা চঙজরক্কবা মীওইদি মীহাৎপা ওইববসু বিচার তৌফম থোকপনি। মসি নহাক্না নীংশিংখিদব্রা নৎত্রগা কবম্ব' আইনগী চেনাদা অকনবা আইন অসি ইরমদুনা খূৎলায় পায়দ্রবা ঐখোযবু নখোয়না কাপ্তুনা হাৎখিবনো?"

রবীকান্ত খুম্ফম খঙদে। ঙাইহাক চঙক্লনা লৈ। তপ্না হায়বকই, "মথক থোংবগী যাথংনি। ঐনা কবি ঙম্লুনি।"

নুপাদুনা নোক্লদুনা হায়রকই, "মথক থোংবা, নঙগী মথক থোংবগী য়াথং নঙনা ইল্লিবা। নহাক মসিমসু নীংশিংখিদব্রা? পূম্নমক্কী মথক্তা পূম্নমক্কী মপূ ওইবা ঈশ্বব লৈ হায়বসি। ঈশ্বরগী পাউতাক্তি জীব পানবদা হিংসা তৌগনু, ঙাকপী হৈয়ু। চঙজবক্লবা মীবু কনবিয়ু। মসি নহাক্না কাউথোকখ্রে নত্তবা?"

ঈশ্বরগী পাউতাক পল্লকপদা ববীকান্ত মশা পূম্বা নীকখিবা খঙহৌদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক ভাগবত গীতা পাবকই। মাগী লৈখিদ্রবা পাবূংনা মাবু ইতৎ তত্তনা তম্বীরকই। ধম্মগী লাইবিক কযা পাহল্লকই। মহাক্কী পাবূংদি লৈকায়দুদা মমিং খ্বাইদগী চৎপা ময়ামগী ঐজ্ঞানি। কর্ম অমত্তা থোকপা য়াদে মাগী পাবূংবু হেক্তা কৌবৈ। মাসু নোংমদি মাগী পাবূংগুম ওইরগদবনি হায়দুনা থব্রায় য়াওনা ধমগী লাইবিক কযা পাখি।

ঙসিদি মহাক মণিপুব পুলিসকী এস আই ওইরে। কুইরে ধর্মগী লাইরিকশিং শোক্লদবা। নোংফাদোক লাইথোঙ হাংলুবা নত্তনা লাই নীংখিদরে। লাইশঙদু ময়াম্বন' পুবা শেন্নদুনা লৈখ্রে। কৃষ্ণগী মিং নোংমতা পনখিদবে।

ঙসাই অয়ূক থোকখিবা থৌদোকশিংদু রবীকান্ত মকোক্তগী মথঙ-মথঙ নীংশিংলকই। অয়ূক মন্নিঙৈদগী পুলিসকী য়াম্লবা পর্সনেলশিংনা মফমদু কোয়শিন্দুনা থমখি। হান্নবা পাউ ফংবদি লৈখ্রবনি, মফমদুদা আইন্না য়াদবা নহারোল খব' লেক-চাদুনা লৈ হায়বসি। শোয়দবা পাউ ফংবদগী মখোয় মফমদুদা চঙশিনখিবনি।

অয়ূক অঙনবা ওইবনা কনা অমত্তা থেংনদে। নোং ঙাম্ছোরকপা ঙাইবদা মখোয় মফমদুদা হঙ্গৎ-হুন্দা চৎতুনা লৈখি।

অয়ূক্কী পূং কয়া তাম্রবনো খঙদ্রে। অমস্তগী মমি খরা খরা লৈরিঙৈদনি খুলদু তম্না গাড়ি মচা অমা থৌরকপদো। মখোয় পোজিশন লৌদুনা লৈ। মখোয়না লৈরিবা মফমদু য়ৌফাৎত্রিঙৈদনি গাড়ি মচাদু হুন্দোক্লগা মদুদা তোংলকপা নহা অহুম অদু লম্বী নাকলগী অশোঙবা মফমদুদা চেনশীনখি। অদুবু মখোয় কদায়দসু নাম্ছোক্তুনা চেন্নবা লম্বীদি লৈতে। রবীকান্তনা খোঞ্জেল হৌনা লাউই।

"নখোয় কদায়দসু নাম্ছোক্তুনা চেন্নবা লম্বী লৈত্রে। খূৎলায় থাদোক্তুনা ঐখোয়দা চঙজৌ।"

নহাশিং অদুদগী পাউখুম লাক্তে। মখোয়সু মফমদুদা চঙশিনবা ঙমদে। করি তৌরকপা য়াবগে হায়বা খঙদে। অমুক হন্না ব্রাফমদুমক খঙহল্লি। হুন্দকমুক্তি পাউখুম লাকই।

"ঐখোয় খূৎলায় অমত্তা য়াওদে। ঐখোয় সরেন্দর তৌরগে।"

অদুবু থাজদে। মরুমদগী থোরক্লবা খঙহল্লি। মখোয় অহুম অকোকপা লম্বী মথক্তা থোক্লকই। মখূৎশিংদু লোইনা থাঙ্গৎলি। অদুমক্তদা থাজবা ঙমদে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়, "শেৎলিবা ফি-রোলদু লোইনা লৌথোকউ।"

মখোয় অহুম্মক মথঙ-মথঙ ফি লৌথোকই। করিমত্তা য়াওরমদে। মখোয় অহুমগী মনূংদগী অমনা মখোল নীক্না লাউরকপদু মখোয় শেংফাত্তনা তারকই।

"ঐদি মীচমনি। লালহৌবা য়াওবা নত্তে...।"

ব্রাহৈশিংদু মপূং ফাখিদ্রে। কদোমদগীনো থম্মোয় কায়রবা মখোল অমা তারকই। অদুদগীদি মথঙ-মথঙ; অচীকপা অয়ূক্কী অমেঙবা নুংশিৎতা থম্মোয় কায়রবা খোঞ্জেলতনা পূমনিল নিনখ্রে। মনা পূংবা উপালশিংদা য়ারেক্লম্বা উচেকশিং মহৌশাগা মান্নদ্রবা থৌদোক অদুদা মায়কৈ খঙদনা পাইবা হৌরকই। নুমিৎসু কিখি-কিরুম থৌদোক্তু চীংদোল মরুমদগী লোন্না য়েংলকই।

রবীকান্ত নোংমৈ মরূ কয়া কাপখিবগে হায়বা নীংশিংবা ঙমদরে। কনা কনানা নোংমৈ কাপখিবনো মদুসু খঙদরে। অশিবা হৃকচাঙশিং অদুদা মশীং খঙদনা নোংমৈ মরূ পানখিবগী মফমদি লৈরম্মী।

রবীকান্ত মাগী মীৎমাঙদা লৈরিবা নুপাদুদা অমুক্কা মুন্না য়েংলকই। ঙসাই মানা উখিবদুগা চপ মান্ননা মশা পূম্বদা নোংমৈ মরূনা পানবগী দাগশিং লৈরি। মশা পূম্বসু ফি মচেৎ অমত্তা য়াওদে।

"য়েংঙু রবী, ঐবু মশক খঙনবা মুন্না য়েংঙু। ঐসে নঙগী নোংমৈ গুলীদা শিপ্পবদুনি। অদুবু মসিমদি নঙনা খঙখিদ্রে, ঐসে নঙগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপনি হায়বসি।"

ব্রাহৈশিংদু ময়েক শেংনা তায়। ববীকান্ত মীৎ কুপ্তুনা য়েংই নুপাদুদা; নীংশিংবা থোক্তে। রবীকান্তনা হংই, "হায়যু নহাক কনানো?"

"রবী ঐ য়াইমনি। নঙগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ।"

রবীকান্ত অমুক্কা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংই। কুইনা উনখিদ্রবা মরূপনি মশক কবম তৌরিদগে হায়বা ফাওবা মহাক কাউরে। অদুবু নীংশিংলি অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোকশিং। খ্বাইদগী মঙাও থীবা মাগী মরূপ য়াইমা। লাইশঙদা কৎলবা হৈরূক্তগী হূরান্দুনা চাথোকপদা মাগী পাবুংনা তান্নখিবদু মহাক্তি। স্কুলদা মমান্নবশিংগা খৎনবদা মাঙজিল থাবসু মহাক্তি। মতমদুদা মাগী মায়থোঙদা নীংবা কায়বগী মমি মচেৎ অমত্তা তাবা উখিদে। মোমোন নোকপা ইবং লংবা মাগী মায়থোঙদু মমি-শামি রবীকান্তগী মীৎমাঙদা তপ্পি-তপ্পি ফীজং হাইদোক্লকপগুম তৌরকই।

নুপাদুগী মায়থোঙদু মাগী মমান্নবা য়াইমগী মায়থোঙ খজীক খজীক মাল্লকই। ঙসাই মোর্গতা পুরুবদুদদি মমায়দু মশক খঙবা ঙমদ্রে য়েৎথংবা মমীৎ অদুসু য়াওখিদ্রে। ঈনা পূন্নূপ লূপ্লে। থোইনসু পূক্লিং চঙনা য়েংনীংখিদবনি। য়েংদা য়াদবগী য়েংলুবদা উরকপনি।

হৌজিক্তি নোক্লুনতা লৈবা মাগী মরূপকী মায়থোঙদু তপ্না-তপ্না ওল্লক্লুনা অনৌবা শকফম অমা ওইনা উরকই রবীকান্ত। হায়ফম খঙদবা ব্রাখলগী মমি অমা মাগী মায়থোঙদা তারি।

রবীকান্তনা হায়রকই, "নহাক্তি করম্না য়াওরক্লিবা? নঙবু লালহৌবা য়াওরব্রা?"

"নমদুনা ঐবুদি অরানবা তাহনবিরেদনা। ঐগী অশেঙবা শক্তম নখোয় কনানসু খঙনবা হোৎনখিদ্রেদনা।"

"হায়যু। নহাক্কী অশেঙবা ব্রারীদু ঐঙোন্দা লীযু। ঐ তাগে।"

"নহাক্লা তাননবা ঐনা ব্রাকৎসি পুরদুনা লাক্লিবনি। তাগদবনি ঐগী ব্রাকৎ। তাগদবনি ঐগী ব্রারী পূম্বা নহাক্লা। নঙ ঐ মেট্রিক থাম্ভ্রবা মতুংদগীদি অদুম লাপ্লরেদনা। নঙবু করম তৌরিগে হায়বা ঐ অদুম খঙখিদ্রে। ঐ মতম খরদি মখা তমথবা মপান্দা চৎলুইদনা। মতমদুদা নঙনা করম তৌগ্রবা? মখা তমথখিব্রা তমথখিদবনা হায়দুদি নঙ নশানা খঙলিদুনি।"

"চুম্মী ঐসু মখা তমথখি। য়াম্না শাংনদি তমথখিদ্রে। মতমদুদা নঙগা ঐগা পাউ অমত্তা ফাওনখিদ্রে।"

"লুনা তিন্নরকপা মরূপ ওইদুনসু নঙগা ঐগা অসুম্না সুম লাপথোক্লখি। অসুম তাম্নখি। ঐনা লাইরিক তমদুনা থোরকপদা নঙদি থবক ফংলম্লে। নঙবু উনবা ঐ নখোয়দা অনীরক লাক্লম্মী। নহাক য়ূমদা কয়া লাক্তে হায়বা তামোদগী পাউ খঙলকই।"

"উম! ঐ য়ূমদা কয়াসু লৈনীংদে। য়ূমদা তোয়নসু চৎতে।"

"নহাক্লা য়ূমদা লৈনীংদবগী মরমদু ঐ খঙই। মীওইবসে কয়াগী মতীক শোল্লিবনো? ইয়ূমদা লৈবা ফাওবা হৌজিক্তি লৈতাফম খঙদরে। খূৎলায় পায়বা নঙ ফাওবা নশাগী য়ূম্মক্তদা নীংঙাইদনা নোংমা ফাদোক তূম্বদু হঙোইরে নৎত্রা?"

"নঙগী ব্রারী মখা লীয়ু। য়াম্না অখঙ-অহৈ শারক্কনু।"

রবীকান্ত মাগী অপাম্বদু নুপাদুদা খঙহল্লি। নুপাদুনা নোক্লদুনা মখা তারকই, "ঐসু নোংমতা য়ূমদা লৈতানা তূম্বা ফংলকখিদ্রবনি। অথেঙবা অহীংদা ঐগী থোঙদা কনানা থীল্লগদগে হায়বা ব্রাখলসিনা লৈতাহনখিদে। মখোল অমত্তং তাবদা ঐগী নাকোংসি থাঙ্কৎতুনা তারিবনি। কদায়দনো, করোমদনো কয়া লাপ্লনো? করি তৌরমগদগে খনবদা তূমদনা নোং ঙানখিবসু কয়া অমা য়াওখ্রবনি। নীংঙাইদনা তূম্লিবা ঐগী নুপীগী মায়থোঙবু উরগা ঐনা কয়াগী মতীক লৈতাফম খঙখিদবা তমদুনা লোইবা নাইরোই। তনৌরবী মাগী মায়থোঙ উরগা শাহীং চাবা শা অমত্তনা কান্দুনা চৎখিরোই হায়বা ঐ খঙই।"

"ঙরাং নুমিদাংনি মশক খঙদবা নহা অনীখক ঐগী য়ূমদা য়ারেক্লবদু? তনৌ-তনৌরদনা য়েংবদা নুংশিবা অমা পোকই। মিঙৌ থাগৌদি ওম্ভোক্লা নুংশিখ্রে। খুদোংচাদবা মীগী মতেঙ পাংবদি চাউরবা কৎথোকপা অমনি। মসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী চীনফা পুরক্লবা ব্রাহৈনি। নুমিদাংদু অরৈবা খরা থোংদুনা চামিন্নে।

নোংঙান্দ্রিঙৈদা মখোয়বু খুলদু তান্না থিনবিয়ু হায়দুনা ঐবু নেকপনি। করম্না চৎলোইদগে, 'ঐ চৎলোই' হায়বা ঙমদদুনা মখোয়গা লোয়নদুনা খুলদুদা লাকপনি।"

"কয়া ফৎখিদ্রবনো মহা পাপীশিংদো? করিসু নত্তবদা নঙবুসু অৱাবা মরক অদুদা চেন্নহল্লিবনিনে," রবীকান্তনা শাউনা হায়রকই।

নুপাদুনা হায়রকই, "মসিদা ঐগী করি ইরালনো?"

"চুম্মী নঙগী নরাল করিমত্তা লৈতে। পাপীশিংদুনা নঙবু মাঙহনবনি। ঐ মখোয় কনা অমত্তবু লেম্না থারোই। লমন খুমগনি। মখোয়গী মতীক চাবা দন্দী পীগনি। ঐগী পাবুং নঙ খঙঙিদনা। মানা কনাদা করি লাল্লদুনা অদুক তমথীবা দন্দী অদু ফংখিবনো? ফৎত্রবা মখোয়না ঐগী পাবুংবু নরক্কী কোমদুনা চিংথখিবনি। ঐগী পাবুংনা মখোয়গী মাঙনবা করি তৌথ্রবগে?"

রবীকান্ত থৌদোক্তু মমীৎতা উরকই। নীংশিংলকই।

মহৌশাগুম মাগী পাবুং অয়ূক ঙন্তা ঈরু-মায়থজরগা পূজারী ওইনবা চৎখিবনি। নুপা সাইকল অদুদা খাবে চেগপ য়েপশীল্লদুনা, অঙৌবা ফৈজোম অমা শেৎলদুনা, লাইবক্তা চন্দন্না ইরং লংলদুনা, চীনবান্দনা নোকফেৎ নোকফেৎ। মদুনা অরোয়বা ওইনা উখিবনি মাগী পাবুংগী নোকমিবা মায়থোঙ।

নুংশি হৈখিদ্রবা পাউ অদু মহাক তাবা ঙমখিদে। অহীং অদুসু কয়াদা নুংশি হৈখিদ্রবগী মশক্লো? ঙাইহাক্তা ফাওবা মাবু লৈতানা পোত্থাহনবা ঙমখিদে। নোংঙানবগী পাউচেদুসু অদু মঙায়। কনামত্তা মাগী অৱাবদা শরূক য়াবিখিদে। হেন্না করেম-কথাইনবিবা ঙাক্তনি। পাউচেদা অচৌবা ময়েক্লা ইরকই।

"গনতন্ত্র দিবসকী মাঙওইননা ইম্ফালদা বোম পোকখায়বদা মীচম ১৮ আর্মিগী জৱান অহুম শিরে। কয়া অমনা শোক্লে...।"

মাগী পাবুংগী মোং-হাদ্রবা মায়থোঙ অদু পাউচেগী লামায়দা য়াওরকই। অদুবু মহাক য়েংখিদে। য়েংনীংখিদে। শুরূ-শুরূ নৈশিন্দুনা লাপ্লা লংথোকখি। মহাক খঙই। কৈদৌনুংদা মাগী পাবুংগী মোমোন নোকপা মায়থোঙদি উবা ফংলরোই।

নুমিৎ খরনিগী তুংদনি অৱাবা ফোঙদোকপগী চেরোল অমা পাউচেদা য়াওরকখিবদো। শোয়বদগী বোম অদু মীরক্তা পোখায়খিবনি থোকহন্নীংখিদ্রবা থৌদোক্তুদা অৱাবা তারবশিংগী ইমুং-মনুংগী অৱাবদা শরূক য়াজরি। অসুম্না

ওইরমাল্লে। মসিনা মাগী থম্মোয়দা চাক্লিবা লমন খুম্নীংবগী মৈরীদু মূৎথৎপা ঙমখিদে। হেন্না হেন্না মৈচাক ফরকখি।

নুপাদুনা হায়রকই, "লমন খুম্বা, কনানা কনাগী মথক্তা লমন খুম্লিবনো? ঐনা নঙগী পাবূংগী মাঙনবা করি তৌম্লবগে? থৌদোক্তুদা নহা অনীদু চেন্নে খঙলব্রা?"

"লালহৌবা পূম্বা, মখূৎতা খূৎলায় পায়বা পূম্বা থৌদোক্তুগা মরী লৈনৈ। মখোয় খূদিংগী মথক্তা ঐনা লমন খুমগনি।"

নুপাদুনা নোক্লদুনা খুম্লকই, "অসুম্না কয়া য়াম্লবগে? মথোঙ-মরম খঙদনা নহাক্না মীওই কয়াগী পুন্সিবু তেমশীংনখিবা। মখোয়গী মচা-মশূশিং, মচীন-মনাওশিংনসু নঙগী নথক্তা লমন খুম্লক্লোই হায়না নঙনা খনব্রা? নঙনা ঙসি তৌরিবা থৌওংসি উরগা নঙগী পাবূংগী থব্বায়না পেনগনি হায়না খনব্রা?"

"য়েক্লবদি মরূ ফংনা মাঙহনগদবনি।"

"নঙগী ব্রাখলদু নঙগী পাবূংগী থব্বায়না কৈদৌনুংদা পাম্লোই রবী। নঙগী পাবূংনা নঙোন্দা ইতৎ তত্তনা হায়বদো নঙ কাউরব্রা?"

"ঐগী পাবূং..."

রবীকান্ত মখা তাবা ঙমদে। নুপাদুদা মুন্না য়েংলকই। নুপাদু মাগী পাবূংগী শক্তম তপ্না তপ্না ওল্লক্লে। হায়রকই, "রবী নঙনা তৌরিবসিবু করিনো? নঙবু ধর্মগী লাইরিকশিংদু অমত্তা পাদ্রবরা? গীতাদা করি হায়রিবা নঙবু অমত্তা নীংশিংদ্রব্রা? নঙনা থাংজিল্লিবা খোঙফমদু নরক্কী লম্বীনি হায়বা নীংশিংঙু। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মীপূম খূদিংমকসে লোইনা শিরগদৌবা ঙাক্তনি। সংসারগী কায়ফদ্রবা নিয়মনি। মদুগীদমক্তা নঙনা করিগী নুংনাংলিবনো? অফবা খরদসু তৌরম্মুনে রবী। মরাল লৈজদ্রবা থব্বায়শিংদুবু খাঙঙুথক্তা মাঙহনবিরগা করিনো নঙনা ফংলিবদি। অথীবা ব্রাহে! খাঙফম খঙদ্রবা মমা ওইবী কায়গী তমথীরবা শাপ। নোংমদি পূম্নমকসিনা মহূ পুরবা লিনগুম ওনশীন্দুনা চীক্লখিনি।"

রবীকান্ত কন্না লাউরকই, "নোংমৈগী মমাঙদা কনাসু লেপ্পা ঙম্লোই। ঐগী মায়োক্তা লেপ্লবা পূম্বা ঐনা কাপখায়দুনা মাঙহনগনি।"

"নঙগী পাবূংবুসু নঙনা করিসু ওইনা লৌদ্রবরা রবী।"

"ঐ ঙসিদি করিসু তাবা পামদ্রে। করিমত্তা তানীংদ্রে।"

নুপাদুনা নোক্লদুনা রবীদা হায়রকই, "রবী অসিমসু খঙঙু। হয়েংদগীদি নঙগী য়েক্লবা মশীং হেঙ্গৎলগনি। নঙগী নোংমৈ মরূ অদু খাক্লুনা থম্মু। ঐগী নৌরিবী নুপীনা থব্রায় য়াওদ্রবা মাগী মপূরোইবগী হকচাঙ উরগা খাঙদুনা লৈথোকপা কৈদৌনুংদা ঙম্লোই। মহাক্সু লমন খুম্লীংবগী মৈরীনা ভাওরগনি। নঙগী নথক্তা শোয়দনা লমন খুল্লগনি।"

রবীকান্ত মাগী নোংমৈদু খূৎপায় চেৎনা পায়রকই।

"ঐগী য়েক্লবা অমত্তা ঙসি ফাওবা ঐনা লেম্না থাখিদ্রি। নঙ ঐগী মরূপ ওইরবসু ঙসিদি ঐগী য়েক্লবনি। নঙবুসু ঐগী নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকনি।"

নুপাদুনা নোক্লদুনা হায়রকই, "রবী ঐদি নঙগী নোংমৈ গুলীদা থব্রায় থাখ্রবা নঙগী মরূপ য়াইমনি হায়বা কাউরব্রা?"

রবীকান্ত মমীৎ লংখৎতুনা য়েংলকই। ইহি হিগৎতুনা মাগী মমাঙদা লেপ্লিবা নুপাদু মানা কৈদৌনুংদা থাজবা ঙমদে। শাউনা হায়রকই, "নঙগী নকোক অদু ঐগী নোংমৈসিনা কাপখায়বা তারে।"

নোংমৈ কাপ্পী।

অহীংগী অচীকপা অদু থুগাইরদুনা নোংমৈগী হৌরবা মখোল মায়কৈ পূম্নমক্তা শন্দোক্লকই। মপান্দা সন্ত্রী তারম্বশিং মখোলদুদা ইথক থক্কৎলি। কোয়চেন চেল্লি। থাউমৈশিং থানগৎলি। .

মথঙ নোংঙানবগী খবরদা ইরকই, "এস আই রবীকান্ত মশাগী নোংমৈনা মশা মথন্তা কাপশীঞ্জদুনা সুইসাইদ তৌজখ্রে।"

# মৈগী চীং

থম্মোয়নুংদা মৈগী চীং অমা ফুমদুনা লৈরি হায়বসি ময়াম ইখণ্ড খণ্ডনৈ। অদুবু অতূম্বা মৈগী চীং অসি কৈদৌঙৈ পোখায়রক্কদগে হায়বসিগী মরমদদি মখোয় থোইনা খন্নদবগুম তৌই। মখোয়না খন্নরিবদি ইষ্খোলসিগী মরমদনি। মখোয়না তাল্লিবা দাবীদি ইষ্খোলসে মখোয়গী ওইগদবনি। মখোয়গী চাউরবা যূমদুনা শন্দোক্লিবা মফম পূম্নমক মখোয়গী শরুক ওইগদবনি। ইষ্খোলসে মপানা থম্বীরম্বা মখোয়গী মরলনি। অদুগা মসিদা য়েংলিবনা নিংথেম্বনি। মনাও অতোনবা। মখোয় মচীল মনাও মঙানি। নুপী অহুম, নুপা অনী। নুপী অনীদি ময়ূম পানখ্রে। অদুবু থরুমগী লানসিদা মখোয়গীসু চাউরবা মতেং অমদি ফংলি।

ইষ্খোলগী মমাঙথংবা শরুক্তা ময়াম্বা খেলেম্বগী চাউরবা পাক্কাগী য়ূম লৈ। মহাক্না হেক ঙম্বা মওঙদা মহাক্কী য়ূমদু চাউনা শাগৎলি। মতম চূপ্পদা অনৌবা য়ূম অমুক শাগৎকদবগী হিসাব তৌদুনা লৈ। অফাওবা এঞ্জিনীয়র, আর্কিটেক কয়া তান্নদুনা কোনুংগুম নীংথিবা য়ূম দিজাইন তৌহল্লি। অদুগা মসিদা থিংলিবনা নিংথেম্বনি। মহাক্না

অমুক মখা তানা যূম শাবা য়ারোই হায়দুনা থিংই।

ইখোলগী মনীংথংবা শরুক্তা নিংথেম্বহোয়গী যূম লৈ। মখোয়গী যূমদি অচৌবা পাক্কাগী যূম নত্তে। অপীকপা অচম্বা উগী যূম মচানি। যূমদুদা মখোয় অহুমনি লৈরিবা। মমাগা মচেগা, মহাক্কা। মখোয়গী অদুক হাক্লা চাউনা যূম শারুনিংঙাই মরম লৈতে। লোয়ননা শানিংঙাই মচাকসু খরা তাঙই।

ইতৎ তত্তনা নিংথেম্বনা থিংবসিনা খেলেম্বগী থৌরাংদা য়াম্না চাউনা অকায়বা হেক হেক থোকই। নোংমা খেলেম্বনা মমাদা হায়, "ইমা ঐখোয় নিংথেম্বনা তৌরিবসে য়াম্না লাল্লি। ঐগী যূমসে খরা চাউনা শানবা হোৎনবসিদা মহাক্লা থিংবসি মরম চাদে ইমানা মহাকপু খরা জ্ঞান তাহল্লু।"

"খেলেম্বা নঙগী যূমসিবু কয়াম চাউনা শাখিগে হায়রিবনো? হান্নগীসিসু ফনা মচাউরে। মসিনা ওক্ত্রিব্রা?"

"করিনোনে ইমানা হায়রিসিবু। অঙাংশিং হৌরক্লি মখোয়গীসু খরা খন্দবা য়ারিব্রা? মখোয়সু নোংমদি চাউরকখিগদৌরিনি। মখোয়গীদমক্তা খল্লগা মতীক চানা হোৎনগে খল্লিবনি।"

নিংথেম্বা চঙলকই। মমাগা ময়াম্বগগী ৱারীদু মরক থৎলগা হায়রকই, "তাচৌগী যূম শাবদা ঐনা করিসু থিংদে। তৌবতবু লমদি কা হেন্দোরক্লগনু হায়জবনি।"

"করিনো, লম লৈতনবু যূম শাবা য়াবা হৌনব্রা?"

"তাচৌগী যূম শানবা লম লৈরি মসিদা অদুম শাবীয়ু।"

"নঙনা হায়রিবসে লম য়েঙ্ছোক্লবা পাম্বগী ৱারা?"

"মদুম্না খল্লবসু করিসু কায়দে। তাচৌনা অপাম্বা তৌ, ইশাগী নীংবা থুংনবা হোৎনবদা মী অতোপ্পদা শোক্কদবা থবক্তি তৌবীদবা ফৈ।"

হন্দক্তি খেলেম্বা তশেঙনা শাউনিংলক্লে।

খেলেম্বা মনাওগা থোইদোক্লা ৱারী শাননিংবা পোক্ত্রে। মমাদা ওনশিল্লদুনা হায়রকই, "ইমা ঐদি নহানমখৈ খঙদে। নখোয়দি ফত্ত-লৌশিং য়াম্না খল্লন্নিবজাৎনিনা। ফরে, ইখোলসে মাগী মাগী শরুক য়েঙ্ছোক্লগনি। ইপানা থন্বীরম্বা লমনি। ঐগীসু ফংফম থোকপদু লৌগনি।"

"তাচৌনা পাল্লবদি ঐখোয় ইচিল-ইনাও মঙাগী শরুক চপ-চানা য়েন্নবা তাই।"

"করিগী নুপী মখোয়গীদি শরুক থুংগনি?"

"মদু য়ারোই তাচৌ নুপীসু মপাগী সম্পত্তি, লন-থুম ফংবগী হক চপ চানা লৈগদবনি। অদুনা ইখোল অসে শরুক মণ্ডা থোক্কদবনি।"

খেলেম্বা শাউবনা ৱা ঙাঙবা ময়েক শেংলক্তে। শাউরদুনা চৎখ্রে।

নোংঙানবগা মচে য়ুমদা লাকই। মমানা হংই, "নঙবু খেলেম্বগীদা চঙলুরব্রা?"

"চঙলুদ্রি। পাউ তাদুনা লাকইবনি। ইমাবু নিংথেমদু খরা খামজিনবা য়াদ্রা? মহাক্কা অঙাং হায়দু থোকই। করিনো মখোয়না তৌনরিবসিবু? মখোয় মচিল-মনাও ঙাক্তনি।"

"খঙদেদা ইবেম্মা ইমাসু। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি। নৌপ্পাসে মঙোন্দা লানবা য়াদে। অদুগা খেলেম্বসু অদু মঙায়। মানা পাম্বা অদুতা তৌগনি হায়দুনা লৈ। ইমা করি তৌদৌনো খঙদ্রে।"

"হৌজিকপু করি তৌবা তারিগে ইমা?"

"খঙদ্রে, নঙ অমুক্তা থেমদুনা য়েংগে হায়ব্রা?"

"কনাদনো ঐনা থেমগদৌরিবসিবু। মানা মানা ফৈ হায়বদুদা খন্নদুনা লৈরবা ঙাক্তনি।"

"অদুবু ইবেম্মা নঙ নৌপ্পাসে অমুক্তা থেন্নম্মু।"

নিংথেম্বা ইমুংদা লৈ। মচে লাকই হায়বা মহাক হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি। মমানা কৌবা তাদুনা থোরকই।

"ইমা করি হায়বনো?"

"নচে লাকই করিনো খরা হায়নিংমাল্লে।"

মচেনো হায়রকই, "নিংথেম, নঙনা অঙাং হায়দু থোকই। নঙ খরা হল্লুনে।"

"ইচে ঐ ৱাফমদুদা করিসু লান্দে। লাল্লিবদি তাচৌনি। ইচেনা ঐঙোন্দা হায়বীবগী মহুত্তা তাচৌদা ওইনা হায়বীয়ু। ঐদি অচুম্বা ৱাফমদা কৈদৌঙৈদা ঙক নোল্লোই।"

"শিবদসু পুবা য়াররোইদবা লম মচেৎ খরখক্কীদমক্তা অদুক য়াম্না নথৌনা ফরিবা করিগীনো?"

"ইচে লম মচেৎসিগীদমক্তা নত্তে। মীওইবগী হক অদুগীদমক্তনি ঐনা লেপ্লিবসে। মী ওইনা হিংলবদি, নীংতম্না, হিংবগী মহাওদু খঙনা হিংবা তাই। অদুবু

মফমসিদদি নীংতম্মা হিংজনবগী মফম মচেৎ অমত্তা লৈতরে। মফমসিদা হিংলিবসে শ্বর ফুনগদৌরে। য়েংবীয়ু ইচে লম্বী মচা অসে, লম্বীসে ঐখোয়গীদি চাকখাওগী লম্বীনি। লম্বীসি ফাওবা ইনীংতম্মা চৎনবগী হকতু লৈত্রবনি। তাচৌগী ব্রাখলদা মফম পুন্নমকসে মহাক্কী য়ূম ওম্লোক্লিংই। ইচেসু উবীরক্ত্রা, লম্বীসে লাকপদা... ঐসু ঐগী হক কঞ্জনবগী পাঙ্গলদু লৈ ইচে।"

"খঙদ্রে নিংথেম নখোয়না তৌনরিবা মওঙসে। ময়াম মমাঙদা খৎনবদু ফজদব্রা হায়দুনা হায়বনি।"

মচে য়াইমসু থুংলরে। নুমিৎকী মৈশা থোইনা কনখৎলক্ত্রি।

"ইচেসু লৈবীরম্লি। ঐসু খরা ঙন্না লাকপনি। তাচৌগীদসু চঙলুরবনি।"

"খেলেম্বদি করি হায়রিবা? নঙনা খরা ফনবা হায়রম্লব্রা?"

"ইচে তাচৌনা ইখোল য়েন্নবগী শেম্বা শাবা পুন্নমক লোইহৌরবনি। ইচেসু ইচেগী শরুক্তো কনাদা পীগে হায়বনো খল্লো।"

"করিনো নঙনা হায়রিবদো? অতূম্বা মৈগী চীংসে পোকখায়রক্কদৌরে খঙলবমক্তা নঙগী খোঙথাংসে চুম্লিব্রা?"

"ইচে য়ূম পাল্লবা ঐখোয়গীদি সম্পত্তিসিদা থোইদোকপা হক লৈতব্রা খল্লি। অদুবু তাচৌনা ঐখোয়গীসু য়াওনা শরুক থুংনবা খন্দুনা লোইরম্লে। অদুদা মফমসিদা ঐগী ইখোলদো য়েংশিনবা ঙম্লোইদবনা তাচৌনা শেল খরা হঞ্জিল্লক্লগা মহাক অদুম য়েংশিন্নবা হায়রম্লবনি।"

"নঙগীসিবু থেমজিনবা লাক্লিব্রা নৎত্রগা কাইহৌবা লাক্লিব্রা?"

"করি ব্রানো অদুবু ইচে। অদুম্মা পঙবগী মতম নৎত্রবনি। করিনো কান্নবা খরা লৌহৌবনা ফব্রা হায়বগী ব্রানি।"

"লম মচেৎ খরসিদা নখোয়না অসুক য়াম্না থব্রায় য়াওশিল্লিবসিবু করিগীনো?"

"হৌজিক্কী মতমদা পঙবগী কান্নবা করিমত্তা লৈত্রবনি। ঐ য়ৌরগে ইচে।"

হায়রম্লগা চৎখ্রে। খেলেম্বা মখূৎতা চে খরা পায়রগা লাকই।

"ইচেসু লাকপীরম্লি।"

"নখোয়না তৌনরিবসিবু করিনো?"

"ইচে ইখোলসে য়েম্লোক্লবা তারে। ইচেগীসু শরুক য়াওরি। ইচেগী শরুক্তু

কনাদা পীগে হায়বনো?"

"মদুগী ৰাদু লায়রি খেলেম্বা...।"

নিংথেম্বা ইমুংদগী থোরকই। খেলেম্বনা হায়রকই, "য়েংউ নিংথেম্বা ঐনা ইখোলসে য়েম্থোক্তুনা লোইরবনি। নচে য়াইমগী শরুক্তি ঐঙোন্দা পীথোক্লম্লে। হৌজিক ইচেগী শরুক কনাদা পীগদগে খঙম্রি।"

"ইখোলসে য়েম্থোক্লবদা তাচৌগী অৱাংথংবা য়ূমসিদি শোকই। মসিনা করম তৌগদৌরিবা?"

"করিনো হান্না শাজিনখ্রবা য়ূম্নু শীদোকপা য়ারিব্রা? অহাঙবশিংসে ওইনা য়েন্নবা তাবনি।"

"মদু য়ারোই তাচৌ চপ মান্নবা য়েন্নগদবনি।"

"হৌজিকপু য়ূমসি শীদোক্কদৌরিব্রা? অদুগুম্বা মথোঙ হুক্কবা ৰাখলদু কদায়দগী লাক্লিবনো? মসি শীদোকপদা ঐঙোন্দা কয়াম মাঙজগনি হায়বা নহাক করিমত্তা খন্দব্রা?"

মখূত্তা পায়রকপা চেশিংদু লৈমায়দা লোইনা তাম্লে। শাউমনবনা করি হায়রিবনো হায়বা ফাওবা খঙদ্রে। মচেদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ইচেগী শরুক্তু কনাদা পীগে হায়বনো?"

মচেনা তপ্না খুন্নকই, "খেলেম্বা ঐগী শরুক্তি ইশানা ঙাকচগনি। কনাদসু পীরোই।"

খেলেম্বা শাউমনখিবনা মশাদো থক-থক নীকম্লে। ফং কম্থোক্তুনা চংম্লে।

নুমিদাংদু চাক-ঈশিং তোক্লরকপা মতম্নি। মমাসু চাক তোক্লগা ঙাইহাক পোখাবদা ঙায়রি। মখোল অমা তারকই। করিগুম্বা অমা নীংখায়রকপগী হৌরবা মখোল। থোঙ খজীক্তং হাংদোক্তুনা য়েংই। অৱাং থংবদা শাগৎলিবা য়ূমদু অমত্তা লৈবা উদে। মদুগী মহুত্তা মন্নবা মৈখূগী মপৈ অমা অতিয়া তম্না কাখৎলকপগুম উই। মদুদি মৈগী চীং অমা পোকখায়রকপগী মতৌগুন্মী। ঙাইহাক লৈরগা ময়াম লাঙনবগী মখোল অমা তারকই। খেলেম্বগী খোঞ্জেলসু হৌনা তায়। মতমদু ফাওবা নিংথেম্বদি হুন্নক্ত্রি। থোঙদো তপ্না অমুক ঙাশিল্লি।

# ইম্ফাল

থবক খূৎ থাবদু ফনা ওল্লি। নহানমখৈগা হায়রুরবদি লৈঙোয় খুদেং তরা ফাওবদি চাম্বা য়ারিবনি। য়োৎ খরা ৱাৎপদুদা ওসিদি খরা ওন্না লোইশিল্লসি হায়দুনা তামোনা হায়বদগী অদুম ওন্তানা লোইশিল্লবনি। নোংমগী খূৎশূমল পান্দুনা থবক শূরিবা ঐখোয়গীদি শেন্দোং হায়ববু অসিগুম্বা তাওনা ফংবা তাঞ্জাসি মঙায়রে। খূৎশূমল ফংলবা মতূংদা সাইকল চীদেকপীদু থৌরদুনা মী কূংলবা পাউনা বাজারগী লম্বীদু লাম্থোক্লবা তপ্ন-তপ্না লাকই। মখল খূদিংগী মীসু লম্বীসিদা চংলি। স্বর ফাওবা নীংতম্না হোন্নবা মফমগা লৈতে।

পাউনা বাজার মচীন, লক্ষ্মী বাজারগী হাইজিনফম কোনাদু হেক য়ৌরকপদনি খওহৌদনা হুৎ হাইগৎলকখিবদু মোটোর সাইকল অমদা মখোয় অহুম তোংলদুনা। শম্মাদা লীংলি থেংলমগদবা। ব্রেক য়াওদ্রবা সাইকলদু শেম্মনবা হোৎনবদা নালাদা তুশিন্দুনা খূকউসিসু খরা তংলে। মখোয় অহুমদু ব্রেক শৎ ফারগা খাম্মী।

“হে... লম্বী চংপদা নমীৎ-ননাদু খরা য়েংলগা চংপা য়াদ্রা? থেংজিল্লবদি

নথবায়দু মাঙলরনি।”

নহামক্তনি। খোন্দাদুদি বাবাগী লেঙ্গানি। হন্না ফাওবা য়েংলমদে। মীরক অদুদা শং অমুক থৌজিনখি, নোক-নোক্তুনা। মশক উখিদ্রে। লম্বী চংলম্বা অমা অনীনা শোকপ্রা হায়না হংবীরম্বসু য়াওই। করিসু তৌদে হায়দুনা ঐ তপ্প-তপ্পা অমুক খোঙনা চংপা হৌই। খূকউদি ঈ খরা থোকখিমাল্লে, চংপদা মরৈ খরা তৌরকই।

শামু মখোঙ য়ৌরকপদা অকোয়বদা খাগংলিবা রেলিংদুদা ঙারদুনা লৈরিবা মশক খঙদবা মীওইশিংদু উরুবদা ঐগী থম্মোয়দা মখোয়গী মফম অমত্তং ফাওরকই। নোংজুথা লোইরকপগী লৈচীল থাংদ্রবা অতিয়াদা থোক্লিবা মৈবূলগী শক্তম্নরবা নুমিৎনা মাগী মৈশা পূম্বা লৈমায়থক্তা হৈথরক্লি। মৈশাদুবু শীংনরদুনা মখোয়না ঙাইরমগনি নোংমগী চারা অমগীদমক থম্মোয়দা মৈরা মচা অমত্তং মুৎশি-মুৎশি চাক্লদুনা। য়ূমদা লৈহৌরিবা মখোয়গী নুপী, মখোয়গী মচাশিংনা মবূক লাম্না মহাকপু হল্লকপা ঙাইরমগদবদো নীংশিংলমগনি।

হৌজিক্তি নুমিৎকী মৈশা হম্থরক্লে। মচীঙ্গাক থীবা চংনখিবা উচেকশিংসু ময়ূম মায়কৈ পাংনরক্লম্লগনি। অদুবু মখোয়দি ঙাইরি রেলিংদুদা ঙারদুনা চারা অমত্তংগী...।

সাইকলদু তপ্প-তপ্পা ইল্লদুনা থোং নম্বোনবী তারকই। থোংগী নাকল অনীদা থারিবা পোংফমশিংদু কৈথেল মচা অমগী মশক্লি। লৈশিনফম ফাওবা লৈত্রে।

খূদাংদা পোং-চৈ খরা য়ানশিল্লগা অচৎ-অওকশিংগী মীৎয়েং চিংশিল্লদুনা লাউরিবা নুপামচাদু ফনা হৈ-শিংলমগদবা মাল্লি। মহাক্কী পোং-চৈশিংদুবু মীয়াম্না পায়নবগীদমক্তা হায়রি।

“... অফবনি... হোঙনা পীগে... মঙাগী অনী... ১৫ দনি...,” করি-করিনো য়াম্না লাউরি।

পুক্নিদা এডভরটাইজ হায়বসি ইয়াওমক য়াওদ্রবা য়াদ্রবজাংলা? ব্রাহংসিনা ঐগী কোক মনূংদা চঙলকই। ঐনা ঐগী পুক্নিবু মপূং ফানা এডভরটাইজ তৌখিদে খল্লি। মসি খরা খজীক্তমক ওইরবসু অচুম্বা য়াওরি। মসিদা মাঙজরিবনা কনানো? তোংজরিবনা কনানো? ঐ খল্লুবা ঙমদ্রে।

সাইকল চীদেকপীদু মফম চানা ঙাশিল্লগা থোং মথক্তুদা ঙাইহাক হকচীক লাংগে

খন্দুনা লৈ। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা চুখিবা নোংদুনা নম্বুল তুরেলদু ঈমায় চোন্না ঈংনা তপ্না লিরি-লিরি চেম্থুরি। অরেপ্পা লৈতনা চৎনরি মীশিং মাগী মাগী মথৌগীদমক। ঙসাইগী অঙাং নুপামচাদুসু চৎপা ব্রারদুনা থোং মথক্তুদা ফল্লরি। মরম ইরৈ লৈতনা মহাক্কী মরমদা অমুক খনবা হৌই।

মহাক মীতৈ মচাদি নত্তে হায়বসি মাগী শক্তমদুদা চিংনবা করিমত্তা লৈতে। মণিপুরদা কয়াম কুইনা লৈরবনো হায়বদি খঙদ্রে। অদুবু মহাক মণিপুরীদি ফজনা ঙাঙবা ঙম্মী। পোকপদগী লমদমসিদা লৈরবা ওইরম্বসু য়ারি। অসিগুম্বা মতমদা ঐখোয়দি ওজা বীরেনগী শনৈবী মশাগী চৈনা খাঙদুনা স্কুলগী ফাল মথক্তা লেপ্লি। মহাক্তি কয়াদা হৈশিংলবনো? মহাক্কী মমা-মপাদু লৈরিদ্রা? মহাকসিবু মণিপুরদা করম্নবু লাক্লিবনো? মখোয়গুম্বা অঙাং কয়ানা স্কুলদা চৎনরিবসি উরগা মহাক্না করি খল্লমগনি? থৌ ইরৈ লৈতনা ঐনা মাগী মরমদা খল্লি। অদুম খল্লি।

নুমিদাংবাইরমগী হৱা চাবা চখোক্লককপা অহল অমা অনীসু ঐগুম থোংসিদা ফম্লে। ঐগী হেক নাকন্দগীদুনা ৱা হৌদোক্লকই।

"ইবো, ঙসিদি ওম্থোকপা কৃম্মে অমা থোক্লেহে।"

"করি তৌরগেনে তাদা?"

"কন্যা কৎপগী ৱানি ইবো।"

কন্যা কৎপবু নুংঙাইরবা কৃম্মে অমা, ওম্থোকপনি লমদমসে, জাৎ জাৎসি য়াম্না তারক্কদৌরি।

"কদায়দনোনে তাদা?"

"অসি উরিপোক মচীনসিমক্তনিনে।"

"করিগীনি হায়গে তাদা?"

"রেষ্টুরেন্টতা হায়ব্রা, হোটেলদা হায়ব্রা করিনো নাতৈ চাদবা ফীভমদা লৈবম্লে হায়দুনা নুপী লুপনা ফারগা ময়াম মমাঙদুদা হেক্তা খোঙ্গোয়নবগী ৱানি...।"

রেষ্টুরেন্টতা... নাতৈ চাদবা ফীভম...। করি ওইরমগদগে হায়বা ঐগী ৱাখলদা অদুম লাকশিনবা ঙম্লে। অমুক মখা তারুনিংঙাই লৈতে। তাহৈদবা পাউ ঙাক্তনি। নাসে পঙবনা হেন্না ফরে। অদুঙৈ শায়াহোয়গী লৈকায়দা মখোয়গী মনীংগী কেনেলদা মাগা ঐগা ৱারী শানখিবদো মীৎতা উরকই। ঐখোয় অনীতা চীক্লা নুংশিংনা লিরি-লিবি

শীৎলদুনা। অদুগা হৌজিক্কা অমম্বা কাখূদা, স্বর ফুনবমখৈ। করিনো লৈবাকসিবো? ইম্ফাল, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল, মতম কয়া চহী কয়াগী পুৱারীগা শাগোন্নরক্লবা। ঙসিদি তাহে উহৈদবা ঙাক তারি উরি।

"...ওম্মোক্লা অঙাং ঙাক্তা ওইনবু উইনে। ...মশমদুনা খরা খরগা চপথৎপীরে। ...মমা মপাদুবু করম্বা মমা মপানো খঙদেনে।"

"তাদা ইম্ফালসে লৈহৈদ্রেদা!"

ইম্ফালগী মীনিল মরক্তুদা অরাপ্পদগী মাইককী খোঞ্জেল অমা তারকই। নুপী খোঞ্জেলনি। য়াম্মা নুংশি। কোকিলগী খোঞ্জেল তাখিদবা কুইরে। করম তৌরমগদগে হায়বা ফাওবা নীংশিংখিদ্রে। অদুবু ঙসিগী মাইকতা খোঞ্জেলদু তারুবদা পূক্লিংদা নুংশিবা পোক্লকই। খোঞ্জেলদো অসুম নকশিল্লকপগা লোয়ননা করি হায়রিবনো হায়বা তপ্ল-তপ্লা তারক্লে। লম্বী চৎনরিবা মীয়ামদুসু অমুক অমুক্তি খোঞ্জেলদুদা পূক্লিং চঙনবগুম তৌই।

"...ইমাগী খোল্লাং লমনসু শিংলমদা, পুন্সিগী শিঙ্গাসু মপূং ফারমদা, কদায়দনো নহাকপু হে অথৌবা? ইমাগী মীৎলুদা পিরাংনা তনীক তনীক অথৌবা নহাক্কী লম্বীতবু য়েংলিবা নঙবু তাদ্রব্রনে? অমুক্তদি য়েংলকখো লৈচীল পোমাই হাংদুনা...। চৎলবোইদো হে অথৌবা নঙদি ঐখোয়গী হয়েংগীদমক... নহাক্কী লম্বীনা লমজীং ওইদুনা ঙসিদি মরূপলোইশিংসু নঙগী খোঙ্গুল তুং ইল্লকখিনি... আত্মা শান্তিগী জয়...।"

গাড়ি পরেং-পরেং, ফিঙৌ শেৎপা মীয়াম্মা মথঙ-মথঙ লাকই। সিফায়শিংনসু ঙাক শেল্লি। অসুম অসুম ৱাহেংবম লৈকায়রোমদা চৎখ্রি গাড়িশিংদু। মিপাইরবা মীয়ামশিংদু অদুম ঙক্লা য়েংনহৌই। করিগীনো খঙদে। কনাগুম্বা অমা লৈতবগীনি হায়বদি খঙই। ইনাক্তগী অহলদুনা হায়রকই, "নহানগী রেলিদুদি মী ফনা য়াম্মীহে।"

"করম্বা রেলিনোনে তাদা?"

"হেরা ঙমখৈ কায়দনবগী রেলিদুনিদা...।"

মণিপুর প্রজাগী অমত্তা ঙায়রবা ৱাখল্লোন শাগৎনবা চৎখিবা রেলি।

"য়েংবা ফনা নুংঙাইনে ইবো। মণিপুরসে মী অদুক য়াম্মা লৈরমগনি হায়বা থাজদেনে।"

মহাক্কী ৱাদো ঐ তানীংলক্তে। ঙমখৈ কায়খিবা য়াবগী অকিবা লৈবদগী প্রজা

পূম্নমক্তা হৌনরুবা নাইদনা চৎখিবা রেলিদো য়েংনবা মীসু লৈরম্মী।

"তাদা হৌজিক্কীদু কনাগীনো খঙবীব্রা?"

"নহারোল অচৌবা ওইরমাল্লে। নহান নঙ্গোল চীংমাঙদা লৈতবনি।"

অসিগুম্বা থৌদোকসিদি তোয়মল্লদুনা কনাসু করিমত্তা খন্নদ্রবনি। ঙাইহাক্তুং হকচীক লাংবদো হেন্না হৈনরক্তে। নম্বুল তুরেলদা মীৎয়েং থল্লকই। লোয়ননা ব্রাখলসু তুরেল ঈচেল তম্না চেঙ্খিদ্রি।

"করিগীনো য়াম্না খেঙলকইনা?"

"হেক হল্লক য়াদা তৌরিনি। নোংসিসু কন্না হেক্তা চুপ্লবা।"

"য়ূমদা ইথন্তা লৈহৌই হায়বসি খঙবীরিনি," ব্রারৌবা অমা য়াওনা হায়রকই।

"ঐনা হেন্না হল্লক্লিংবনি, অদুদা...।"

"... নুংশিবীদদুনা? নহাক ঙাইবদা মোমবর্ত্তি অনীসু লোইখ্রবনি।"

করিগীনো খঙদে মানা ঙাঙলকপা ব্রা খূদিংগী মহাকপু হেন্না নুংশিবকই।

"নহাকপু চাক চারব্রা?"

"করম্বা মতমদা ঐনা ঙাইরমদনা চাক চাবা য়াওখ্রবগে?"

"অদুদি চাথোক্লুরসি লাকওদনা।"

চাকখূমাঙদা চাক পূখম অমা থাংদোক্লদুনা ঐখোয় অনী ফম্মিন্নবে। মহাক্কী মশক্তো ঙসিদি অমুক্কা হেন্না ফজবকই। কয়াদা ইকায়খীগল্লিবনো মহাকসে? মমাযসে খজীক্তা ফাওবা ঐঙোন্দা হঙ্গৎনা য়েংলক্তে। চাক চানবা হায়দুনা মা ঐ ফম্মিন্নববনি। অদুবু মচী ইরেঙ লেঙদ্রে। ঐনা হায়, "চাক চারসি।"

মহাক চাক্তো খজীক্তুং খোথরগা এঙ্গাং মহীদু তোৎলগা চাক চখোম অমা থাঙ্গৎলদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। পুক্নিগী নুংঙাইবা হায়বদো মীকূপসিদা লোইনমক ওইরবোই খল্লকই। মহাক্কী খূৎনা ঐগী চীম্বালময়া য়ৌফাৎত্রিঙৈদনি ঈশিং মরীক-মবীক মায়দা অমদি কোক্তা চোৎলকখিবদো। করিনো সিদি অমুক্কা অকনবা নোং...।

ময়াম নোং মরক্তা চেন্নবদুনা ঐগী মঙ পূম্বা কায়রে। য়াম্না থাজদবা নোংনি। ইহাও হাঙলম্বা অতিয়া পূম্বা নোংনা পূম্মম মল্লে। নোং মরক্তুদা ঐসু য়ূমদা হল্লগে

নীংদুনা ঐগী সাইকল চীদেকপীদু য়েংলুবদদি থিবা ফংদ্রে। নোংলীক্লা সুম কনশিল্লকপদুদদি লৈবা য়াদ্রদুনা ঐ উরিপোক পার্কিং তম্লা চেল্লক্লে।

মতমদু নুমিৎ তাশিল্লক্লে। থেঙলবদুদা গাড়িবু লৈরমখিগদ্রা খঙদে। মী চিল্লন্বা লম্বী সড়ক তপ্প-তপ্পা তাক্লল্লে। নহানখৈদি চেঙ খরা খরা ৱাল্লগা য়ুমদা হনবনি। ঙসিদি নোং মরকসিদা পোৎলকসু চঙলুদ্রে। সাইকল মাঙখিবগী নুংঙাইতবগা পার্কিং তম্লা লাক্লে। মবূক চোল্লবা গাড়ি অমা লেঙঙম শাঙমদা তৌদুনা লৈরম্মী। ঐবুসু পুবীরদুনা য়ুম মায়কৈদা লাক্লে। তপ্প-তপ্পা ইম্ফালসু লৈহৌরে।

# মপূং ফাখিদ্রবা ৱারী

করিগুম্বা খরা ইগে হায়না খনবা কুইরবনি। চরাওনবসিনা করিগুম্বা অমত্তা নীংথিনা খনবা ওমদে। ৱাখলসে কদায় কদায়দনো কোইগাই পাইদুনা চংপগুম তৌই। থবক অমত্তা খোয়জংদে। অয়ূক অসিদা ৱাখলসে খরদং ঈংনবা হায়দুনা থোওনাওদু হাংদোক্লুনা অঙ্গংবা নুংশিৎ চওহল্লি। উম! কয়াদা নুংঙাইরবনো? অদুবু কদায়দনো অচীকপদি? শঙ্গোয় মচী অদুদা মীনিল মখোল কনখৎলক্লে। ঐ নীংশিংলক্লে। মথওগী চয়োলদগীদি অঙাংশিংগী পরীক্ষা হৌগদৌরি।

ওরাং নুমিদাং চূপ্পা অমা ঐনা মীৎ উইশিনবা য়াদনা লেনখিবদো কনাগী ৱাখলদনো? চে কলম পায়দুনা কয়ারক্লো ঐনা করিগুম্বা খরা ইনবা হোৎনখিবা। অদুবু অদুম মায় পাকখিদে। ইরুরগা থম্মোয়সিনা য়ানীংদে। ইচম চমজবা থম্মোয়সে মরাল অমা লৈহনবদৌনা তৌখি।

মহাক্কী অনৌবা কারবার হৌবগী নুংঙাইরবা পাউ পুরদুনা লেপ্লখি ইমাওদা। মহাক্লা হায়, "ভায়, ঐ দুকান তৌরনি।"

"নহাকপু কুইখিদ্রিবদাইনে থবক্তু য়াওবা?"

"মীগী মখাদা থবক তৌবসে কয়া হৈনদে।"

"ফৈ, ফৈ নহাক্কবু ঙন্নবদি।"

হরাও-হরাও চংখি। হৌজিক্কী মতমদা শেল থোকপা সরকারগী থবক অমগা ফংবা হায়বসি অরায়বা ব্রাফম অমদি নত্তে। মহাক্তি অদুক হাক্লা লাইরিক্কা পক্নবা মীসু নত্তে। মহাক্লা খল্লিবা ব্রাফমদো অচুম্বনি হায়না ঐনা খনখি।

থবক্কা চিনবগা নুংশিরবা মরূপতো মতম শাংনা উনরুবা ঙমদে। মহাকসু লাক্তে। মহাক্কী কারবার করম তৌরি হায়বা পাউদুমতংদি ঐ তানীংবনি।

নোংমা ইথা থাজদনা ইম্ফাল শহরগী চিল্লবা মীরক্তা থেংনৈ। হন্দক্তি মহাক্কী হান্নগী মওঙদু নংত্রে। খৃৎতা চে কলম পায়। ফি-রোল অদু মচু তানা শেং-চায়। ঐ তশেঙনা ওকখি মহাক্কী মতৌদুদা। খল্লি— মহাক্কী কারবারদু মায় পাক্লমাল্লে।

পাউ খংনিংমনখ্রদুনা হংই, "কমদৌবা নঙগী দুকানদি?"

নোক্লদুনা খুল্লকই, "ঐ দুকান তোক্লে।"

মখা তানা হংই, "হৌজিকপু করি হোৎনরিবগে?"

"পোৎ-চৈ থাদোক থাজিন তৌরি। গুৱাহাটিদগী লাকপা পোৎ-চৈশিং ইম্ফালগী দুকানশিংদা থাদোকপগী এজেন্টনি।"

খল্লি মসিসু হিংনবগী লম্বী অমনি। মহাক্লা হায়রকই, "নহাক্তি করি হোৎনরিবা?"

"প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইরি।"

ইঙক ঙক্লা মহাক্লা হায়রকই, "সরকারগী থবকসু নত্তনা..?"

"হৌজিক্তা সরকারগী থবক থিবা অরায়বা নত্তে।"

"অদুনা নঙবু হিংবা ঙন্নদ্রনে?"

"ঙম্ন-ঙম্নবা হায়দুনি।"

"থাদা লুপা ১৫০০ খক ফংবদুনা করিবু তৌদোইনো। ঐখোয়দি নোংমদা লুপা ৩০০০ তান্নবা হোৎনরিবনি...।" করেম্নবা মানবা মাগী ব্রাঙাঙদুনা ঐঙোন্দা অকনবা চৈফৃ অমা পীরকই। ইথক্তা ইকায়খি।

নুমিৎ কয়ানি মৱা-মপাউ তাদনা উনখিদ্রবা মতূংদা নোংমা ইথা থাজদবা থৌদোক অমদা ঐগী মরূপ মহেন্দ্র ঐগী য়ুমদা লাকই। নুমিদাং য়াম্না থেঙলে। মহাক্কী মওঙ-মতৌ হান্নগা য়াম্না খেন্নরম্লে। মশাসু হান্নগা মান্নদ্রে। য়াম্না শোক্লা উরে। ফি-রোল মচু তাদ্রে। ঐনা হংই, "হন্দক্কীসিনা নঙগী করম্বা কারবারনো?"

মহাক অদুক থুনা খুন্নকপা ঙমদে। তপ্না খুন্নকই, "নঙ ঐবু হৌজিক ফাওবা ৱারৌরিমাল্লে।"

"করি ৱানো নঙনা হায়রিদুবু? ঐসে নঙগী মরূপনি।"

ঙাইহাক তূমিন্না ফম্মী অদুগা হায়রকই, "ঐ ইরৈবাক্কীদমক থৱায়সে কংলগে হায়দুনা থোক্লক্লবনি। ইরৈবাক ইরমদমগীদমক্তা কবিগুম্বা খরা ঐনা হিংলিঙৈ পুক্নিদা তৌরম্বা পাম্মী।"

"মদুনা অমুক নঙগী করম্বা অনৌবা শেন্দাল লম্বীনো?"

"অদুম্না লান্না লৌগনু মরূপ। ইরমদমসে অমুক্তংদি নীংতমহন্দবা যাদবনি।"

মখা তারকই, "ঐখোয়গী ইপা-ইপূশিংনা থম্বীরম্বা লমদমসে ঐখোয়না ঙাক্তনা কনানা ঙাকপীগনি। ইরৈবাক ইরৈচা থৌনা ফবা কয়া কযা লৈবিবমক্তদা মীযানচাশিংনা খূদুম চেংনা পায়শিল্লক্লি ঐখোয়গী লৈবাকসে...।"

"তোকওসে। অহীংসিসু য়াম্না থেঙলম্লনি। পোখানবা তৌসি ঙাইহাক্তা।"

অদুবু নুমিদাং অদু পোখাবা ঙমখিব্রা? নোংঙান্দ্রিঙৈদগী চবাঙনবদো অদুম হৌখ্রেদনা। না শীংবা মরূপ্তু মাঙজৌননা খঙহৌবনা নাছোক্লুনা চেনখি। অদুবু ঐদি...। পুলিসকী কস্টডিদা নুমিৎ কয়ানি লৈখিবা, ঐ খঙদ্রে। ঐগী করি ঈরালনো খঙখিদে। করিমত্তা খঙখিদে। ৱাহং কয়ানি ঐঙোন্দা হংখিবদু। অদুবু মদুগা ঐগা করি মরী লৈনবগে? নুংশিবা মরূপকা তেল্লবা শূপ্নগী পূংজা খরখক লৈমিন্নখিবগী-নক্তবা পূন্নমকসিবু।

নুংশিরবা মরূপকী তেল্লবা অহীং অমগী দমক থা অমা চূপ্না হোস্পিটলগী ফমুংদা লৈখি। নুংশিরবা মরূপকী শক্তম ঐগী ৱাখলদা নীংশিংখিব্রা?

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা পুলিসকী কস্টডিদা লৈখি। অদুগা অমুকসু ইখঙ খঙহৌদনা শকখঙদবশিংদুগী খূৎতা তাখি। নুমিদাংৱাইরম অমদা ঐবু উনগদবগী ঙাইরম্বা নহাশিংদুনা পুদুনা চৎখি ঐবু মফম খঙদনা। মীৎতা অমুবা ফি মচেৎতুমা

য়াওরম্বনা করি লমদনো ঐ খঙখিদে। নুমিৎ হুন্নিরোম হায়রম্লগনি। মরম ইখঙ খঙদনা ঐনা ঈরাল লৈরবা বন্দি অমগুম লৈখিবা। ঐঙোন্দগী চহী খরা নৌগদবা নহা অমনা হায়রকই, "ওজা অমা ওইরগা ওজা অমা ওইবগী লমচৎ চৎত্রবদি ঐখোয়বু শীংনবনি হায়রোইদবগী মরম লৈব্রা?"

"ঐবু করি লানখ্রবগে?"

মরম অমখক্তংদি ঐ খঙবা পামখি। নহা অমনা অমুক হায়রকই, "ওজা অমগী লমচৎপু অদুরা? ওজা অমগা ছাত্রি অমগগী মরীবু অদুরা?"

"ঐনা ঐগী ছাত্রি অমত্তদা নত্তবা মীৎয়েংনা অমুক্তা য়েংখিদ্রি।"

"ওইদবা ঙাঙগনু।"

ঐ জ্ঞান তাহৌদে কদোমদগী থারকখিবনো। লৃখমদা পানখিমাম্লে। উপ্না তুশিনখি। অমুক হান্নগুম নীংথিনা ফম্নবা হোৎনরুই। খৃৎসিদং পুন্নমদ্রবদি নুপামচা থৌদাং য়েংনরমগদবনি।

"অশেঙবদু হায়য়ু। নহাক্না লৌগে হায়ব্রা নৎত্রগা নথায়দু মাঙনিংব্রা?"

নারুমসিদা ঈং-ঈং লাউবা পোৎশক অমগী শামিন ফাওরকই। মীৎনা উরুদ্রবসু ঐ পোৎশক্তুগী মগুণ চপ চানা খঙই। অমনা অমুক হায়রকই, "ওজাবু থব্বায় মাঙবা পাম্মুবীদ্রা?"

"মসি কংলৈপাক্লি। ঐখোয়না ইচল-ইচেশিংবু হুম্বুবা মীৎয়েংনা য়েংবা কনা অমত্তবু লেম্না থাখিদ্রি," অমনা অমুক হায়রকপনি।

"ঐ ছাত্রি অমত্তবু লৌবা ঙম্লোই।"

"অদু ওইরবদি ঐখোয়বু ব্বারৌবীগনু। ওজাবু ঙাকপীবা ঙম্লোইদৌরি।"

লোগ চিংবগী মখোলদা ঐ খংই। ঐনা খঙদ্রিবদি ঐগী করি ঈরালনো? ঐনা কনাদা নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবা য়াওখ্রবগে? করিগীদমক্তা ঐগী থব্বায়বু অসুক য়াম্না ইথৌ লাংলিবা? ফরে ঐগী থব্বায়গীদমক্তা মখোয়দা অমুক হন্না হায়ররোই। হন্দক্তি মশক খঙবা খোঞ্জেল অমা তারকই। মহাক্না মখোয়শিংদুবু থেমজিন্নি। ঐগী নাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, "মরূপ অতৈমক ওইরম্লবদি থবকসে ঙসাইনা শমজিল্লদবনি।"

মহাক মহেন্দ্রনি। ঐনা হংনিংই— ঐনা করি লানখ্রবগে?

"... অতৈ কনা নত্তে। ঐগী খ্বাইদগী নক্লবা মরী-মতানি। নঙনা করুনাবু

লৌশিল্লো মসিদা লোইশিল্লসি। মখা তারগুমসি।"

অমম্বা মরক্তা খঙহৌদনা নোংথাংনা ঙাল্লকখি। ঐ পৃংঙক ঙকখি। অসুক য়াম্না থাজদবা থৌদোক অমা ওইরক্কনি খনখিদে। ঐনা হায়, "মরূপ করুনা ঐগী ইচম্নুশীগুম্বনি।"

"ব্রাকৎ অমা লাক্লিবনিনা ঐখোয়গীদি তৌদবা য়াদ্রবা ঈথৌনি। মরূপ ওইরবসু ইথৌ পাঙথোকপদা চিংনবা মচেৎ অমত্তা লৈতে।"

ঐবু পাঙদবা অয়ম্বা অমা ওইহনবীরে মখোয়না। চিংনিংবা মায়কৈদা চিংদুনা পুরি। মফম মরাং ইখঙ খঙহৌদনা কন্যা কৎলিবনি হায়দুনা থৌরমদু শমজিনখি। করুনা কপখি। মবম কবিগীনো ঐ খঙখিদে। হংবসু ঙমখিদে। ঐগী ছাত্রি অমা ওইনা মহাক মশক খঙখি। মহাক্কী মতেঙ ঐনা য়াম্না লৌখি। পৃম্নমক্তুগী মহৈবা ঙসি থোক্লিবা থাজখিদ্রবা থৌদোকসে।

থা কয়া মথঙ-মথঙ হৌখি। মফম মরাঙ খঙখিদবা থৌদোক্তুগী মতুং মফম মবাং খঙদনা পুল্সিসে অদুম হৌখি। ঈচেলগী মতুং ইন্না তাউথবিবা কাওশীংগুম মফম খঙদনা পুল্সিগী কদায় কদায়দনো অমুক অমুকসু হেক হেক পল্লি। ককনানা ঐবু কবিনি হায়না খল্লিবা? মহন্দ্রেনা কনানো? ঐগী ইফমদা মহাক্তো ঐগী নুংশিববা মরূপ নৎত্রা? অদুগা ঐদি মহাক্কী নুংশিরবা মরূপ্তু ওইখিদ্রব্রা?

"কবোমদনো? নুংঙাইবিব্রাও?"

ইথা থাজদনা তুংলোমদগী মহেন্দ্রনা কৌবকপনি। ইঙক ঙকখি ঐ।

"নুংঙাইবি হায়বা তাইদনা, ব্রায়মক্তি হায়নদে।"

"করি কবিনো হন্দক্তি য়াম্না ইরমাল্লে। নোংমা নঙনা খববদা ইবকপা আর্টিকলদু কয়াম পাবা নুংঙাই খঙব্রা?" মাগী ফাগীদো ঐ খঙই।

"হোয়নে নঙগী মবমদসু ইগে খল্লম্লিবনি।"

"করুনাদি কবম তৌরি?"

মসিগী ব্রাহংসিনি ঐগী খোয়দৌ চাকপা হায়দো। মহাক্না মখা তাবকই, "নঙ ঐবু ব্রাবৌগনু। ঐনা লৌরিদু করুনাগী মনেনি। মানা নখোয়বু চিংনখি। হোস্পিটলদা ককনানা নঙগী সেবা তৌদুনা লৈবদুনা অমুক্কসু হেন্না চিংনখিবগী মরমনি। মাগী

থৌইনশিন্দগীনি অয়াম্বা ৱাথোক ওইখিবদো।"

ঙাইহাক তূমিন্না লৈখি। 'লাল্লে' নৎত্রগা 'ৱারৌগনু' ৱাহৈসি ঐ অমুক হন্না তানীংদ্রবনি। ঐনা হায়, "নঙদি কদায়দা লৈরিগে?"

"য়েংউদনা খাউশিংসে মোরেদগী লৈরক্লিনি," নোক্লদুনা হায়রকই।

"করিনো মোরে অমুক চৎলব্রা? নঙগী হান্নগীদুদি?"

"চারা হেন্নবসি য়াম্না ৱায়। মোরে চৎপসিনা পূক্তি থল্লে।"

অসুম্না অরোয়বা ওইনা মহাক্না উনখি। হরাও-হরাও নোক্লদুনা চৎখি। পোৎ-চৈশিংদু পুরদুনা।

ঙরাং অয়ুক্কী খবরদু ঐ পাবা ঙমখিদে। ঐগী নুংশিরবা মরূপ, ঐগী ইফমদা মাবু অদুম নুংশিদুনা লৈখিগনি। অদুবু ফীভম কায়রবা মাগী ফোটোদুদি ঐনা কৈদৌঙৈদা থাজবা ঙম্লোই। খবরদা করি ইরিবা ঐ পাবা ঙমখিদ্রে।

নুংশিরবা মরূপ নঙগী নীংশিং মমিদা ঐনা করিগুম্বা খরা ইগে হোৎনবনি। অদুবু করিগীনো ঐগী কলমসি ৱাহৈ অমা ফাওবা ইবা ঙমদ্রে।

"কৈদৌরগে হৌগৎপীরো? মতমসি থেঙলে। অঙাংশিং লোইনা ঙাইদুনা লৈরে," করুনানা হকচাঙ পায়দুনা হৌদোক্লকই।

ফক্লাংদা থেৎলিবা ঘড়ীদা পূং ৭.৩০ তারল্লে। ঐ হৌগত্তুনা ফম্মী। মহাক্না মখা তারকই, "ঙসিদি নেনেখোয়দা চৎমিন্নরুসি। মহাক্কী মতৌদু কমাইনা তৌরমদোইনো খঙদ্রে। ওহ্লোক্না থাজখিদ্রে হায়ৱানি।"

ঐ তূমিন্না ফম্মী। মহাকসু তূমিন্না ঙাইহাক লৈ।

"ফরে ঐ চৎলুরগে। চাক লোইরল্লবনি... চাথোকপীরো।"

হায়রল্লগা থোকখ্রে। ঐবু মাগী মতুং ইনবনা ফরিব্রা নৎত্রগা...? থৌদোক্তুগী মতুংদগী অমুক ফাওবা য়ূমদুদা খোঙ্গুল তারুদ্রিবনি। ঙসি করম হায়না...।

খঙহৌদনা করুনা অমুক চঙলক্তুনা হায়রম্মী, "কুইরক্লোইদা।"

অমুক্না ঐ মঙলানগী সংসারদা তাউদুনা লৈহৌই। মথোঙ খঙদনা লোইশিনখ্রবা, মপূং ফাখিদ্রবা ৱারীদো অমুক হৌবদগী লোইবা ফাওবা নীংশিংদুনা ঐনা ঐগী মরূপ অদুবু থিরি মহাকপু কদায়দনো?

## ঈপাক তিনখিদ্রবা ঈচেল

পুন্সিবু করিনি হায়না লৌবা য়াবগে? ঐদি পুন্সিগী মরমদা করিমত্তা খল্লুবা ঙমদে। খল্লুদে। ফম্বাক্তা শান্নবা লীলাগুম অমুক কপ্পা অদুগা অমুকসু নোকপা মসিনা পুন্সিগী মথেল ওইদৌরিব্রা? হিংবা হায়বসিনা পুন্সিগী পান্দমনি হায়রগদ্রা?

মরাল অমা, মরালদুবু মশানা য়ানা ঙাকপিয়ু হায়জরক্লবদি মহাকপু পৃকচেল শেংবনি হায়না ঙাকপীগদ্রা? তশেঙনা ঐ মসিগী ৱাফমসি থাজবা ঙমদে। মহাক মহাক্কী মফমদা শোক্তিবা মখৈদি ঙাকপীবা ঙম্বা য়াই নংত্রগা মশাগী মরালবু কৃপশিন্নবা অমা। অদুবু অমরোমদা সমাজগী মীৎয়েংনা করি ওইগনি হায়বীবা ঙমগদ্রা?

থাবল ফবা অহীং কয়া ঐ য়েংখ্রে। লৈচীল থাংদবা অতিয়া, মপূং ফারবা তরামনিগী থাজ, লুপা মচুগী মঙালনা মালেম শীনবা থুংনা শন্দোক্লিবা, উপাল-ৱাপালশিংনা তৃমিন তৃমিন। ঙসিসু ঐ পর্দা হাইদোক্তুনা য়েংই। অতপ্পা নুংশিংকী ঈচেলনা থাবল্লেগী মনমসু পুরক্তুনা কা শীন-থুংনা চঙলকই। উম... লৈরাংশিংগী লৈনমসিনা ঐগী কোকসে ঙাওহল্লকদৌরিমাল্লে। থোঙনাওদো খজীক্তং ঙাশিল্লি।

করি উচেক্লোনে অসুক নুংশিবা খোঞ্জেল অসিবু। হুম মসিদি উচেক্লা খোংবা নত্তেদনা। অদুদি কনানো? করিগীদমক্তা মফমসিদা...? লৈকোলগী লৈরাংশিংনা লৈমন চল্লকপবু উরগা পেঞ্জদ্রবা পুক্লিংগী ঈথিলনা অসুক থম্মোয় মরাঙ হৌনবা সুরদা খোংলিবা। ঐবু খোঞ্জেলসি তাখিদ্রিব্রা?

পৃথ্রি ময়াগী লম্পাক মচাদুদা লৈরিবা ফানদু থাবল মঙালদুদা ময়েক শেংনা উই। কয়াদা নীংঙাইদনা থাবল মঙালসিদা অদুগা অচীকপা অহীংসিদা হৈশিংলবা খুৎশাশিংনা জগোয় শারদুনা নুংশিরবা খোঞ্জেলদু খোকহল্লিবা। অৱাবগীরা নুংঙাইবগীরা? থম্মোয়দা থূক লাউবা অমদি ফাওরকখি খোঞ্জেলদুবু তারুঙে।

করিগীদমক্তা ঐনা মফমদুদা লেপ্পুরিবা? থাবলনা ফিঙৌ ফৌরবা লম্পাক মচাদুগী মনাক্তা হৌরিবা মনা পূংলবা হৈনৌ পাম্বীদুগী মরুমদা লেপখি ঐ। লেপখি ঐ অচীকপা অহীংদুদা, কনাসু লৈত্রবা মফমদুদা তৃমিন্না নাশোন পীক্লা, মহাক্কী মনাক্তা। হৌনরিব্রা সিবু?

তুংওইননা লেপ্পুবা ঐগী করম্বা অশোয়বদনো, মহাক গীটার খোংবা লেপখ্রে।

"লেপ্লবদি কৈদৌরে?" ঐনা হায়। মমায় লৈথোক্লকখি। থাবল মঙালদুদা মহাক্কী মায়থোঙদু তশেং-তশেং উখি।

"নহাক... মফমসিদা...," মহাক্লা হায়রকই।

"মফাং মফাংলবা ঈচেল মচাশিংগী অরোয়বা পূনফমদি ঈপাক নংত্রা? সিদা ঙক্লিংঙাই করিনো?"

"অসিগুম্বা থাবল ফবা অহীং অমা ঐ আশা তৌরুদ্রে।"

"মতম অমদি লৈরম্মীদনা?"

"নীংশিংলুবগী কান্নবা করিনো?"

"ঈশৈগী সুরদুদি ঙসিসু নীংশিংলিদনা?"

"অদুবু থৱায় তানা মতেক অমত্তসু খোংবা ঙমদে।"

"ঙসিগী অহীং অদুঙৈগী অহীং করিদা খেন্নবগে?"

মহাক্লা ঙক্লা হংলকই, "নহাকসিবু ঙাওরব্রা?"

"ঐ ঙাওরবনি...।"

তশেঙনা ঐ ঙাওখি। কোলেজদা শকখঙনখি। লাইবিক ফবা ছাত্র ওইনা, ক্লাসমেট ওইনা। মাগী ৱাবী কয়া তাবগা ঐ ঙাওখি। অথেঙবা ক্লাস ইমান্নবী অমত্তা য়াওদ্রবসু ঐদি য়াওখি। মহাক্না উননিংবগী অপাম্বা ঐগী ইফমদা লৈ। ৱাবী কয়া শাননিংই। কোযবসু চৎমিন্ননিংই। সিমিট্রিদা চত্তুনা অমোনবা নাপীথক্তা ফমদুনা হুকচীক লাংনিংই। পূন্নমক মহাক্কী ৱাখলদা নত্তবা? ইমান্নবীশিংনা ফাওবা লক্লখি।

"ইবেম্মা ঐখোয়দি ক্লাস অথেঙবসে য়াওবা কয়া হৈনদে। ইবেমখোয়দি লাইবিক ফবা সঙ্গ তৌবনিনা ওম্থোক্লবু লাইবক ফবেনে।"

কল্লকপু কল্লকপ্রা কবিনো ইমান্নবীশিংনা হায়খি।

"য়েংওই হৌজিক কালগী খোইমুশিংসে মশা পানবনি। চেকশিন্নদি শেন্নজহৌ, লৈহী চূপ্লগা পাইখিদনবা।"

"মহাক্কীসিদি পাইগদবা মান্দ্রে। ফজনা ঙাওবে।"

মখোল হৌনা মখোয মযাম নোকখি। অদুবু ঐদি মখোয ময়াম নোকপদু যাওকদ্রে। অচীকপা থিবকপদা লাইব্রেবিদা তাই। খঙই– মহাক লৈবমগনি। কবিনো লাইবিক অমা পূক্লিং চঙনা পাবীমাল্লে। মমায়দো লূকথবদুনা লৈ।

অচীকপা মফম কয়াদা ঐখোয় অনী চৎমিন্নখি। মহাক্না হায়, "নঙ ঐ অসুম্না লোযনবসি ঐ কিবে।"

"কবিগীনো নুপানবু অদুক পাঙদবা।"

"পাঙদবা নত্তে। খল্লিবনি কবিগুম্বা নঙনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎখিগদ্রা?"

"মদুদি নুপী ঐখোয়না হায়গদবা ৱানি। নুপীদি উতাংবীনি। নকম থূপ্না হিংগদবা।"

"মদু ঐ থাজবা ঙমদে। নুপীগী য়ুম্নান্দ শাগে স্ববেপ্পা লৈতে। মনীং তম্বা লৈচীলগুম্বনি। মনাক নকপা উপালদা য়েৎচখিবা হৌনশানি।"

মহাক্কী ৱাহৈ কয়ানা ঐগী কোকসিদা নিন্দুনা লৈবি। ঙসিসু মা ঐদা নৎত্রা অচীকপা অহীংসিদা? মিপাইবা পোক্তবা অহীংসিদা ময়াই কাববা পূক্লিংবু ফাথজবা ঙমদ্রিবসিনা কবিগী?

মহাক্না হায়বকই, "নহাক নপূবোইবা লৈবী নুপীনি। অসুম্না অথেঙবা অহীংসিদা

করিমত্তা ইকায়বা খণ্ডদ্রব্রা? সমাজনা করি হায়নখিনি।"

"ঐ কনাবুসু কিরুদে। কিরনিঙাইসু লৈতে।"

"নহাকপু থীনা ঙাঙনবা মদু তাদুনা লৈবা ঙমগদ্রা?"

"মদুগীদমক্তা ঐ করিসু খন্দে।"

মহাক্না হায়রকই, "নহাকসে মরৌ ওম্বোক্না হে। নহাক্না চাউরবা নমথাক কয়া অমা তৌরি।"

"কনাদা? ঐনা কনাদসু নমথাক তৌখিদে। নঙোন্দসু...।"

চুম্মী কনাদসু ঐ নমথাক তৌখিদে। মহাক্কী মফমদসু। ঐ মহাকপু থাদোক্নুনা য়ূম পানখি। মদু ফীভম্না মতম্না পুরকখিবা নৎত্রা? মহাক্না হায়খিবা ৱাহৈশিংদু নীংশিংলকই। "ঐনা ডোক্টর তান্নরবনি। নহাক করি খল্লিবগে?"

"ঐ মীহাৎপী ওইবা ঙম্লোই।"

তৌফম খণ্ডখিদে ঐ। ইশাবু অমদি ইচাবু কঞ্জনবা উপায় থিবা ফংখিদে।

"কুইগদবা মতম নত্তে। নঙসু অমুক্তা মুন্না খল্লু।"

অদুবু ঐহাক খোঙফম লেঙদনা লেপখি। ফনা কনবা নোংলৈসু ওইসনু ইচাগী মশক উনিংই।

"নহাক্না নঙগী নপূরোইবদা মীনম্মী। নঙগী অরোনবা নরমচৎ অদু হায়দোকচবা ঙমদে," মহাক্না হায়রকই।

নোক্লিংবা ৱানি। মসিবু ঐখক্তগী ইরাল্লা? অদুগা ঐগী ইপূরোইবদনা ঐনা করিগী ৱারী পূম্বা লীথোকচবা ঙমদ্রিবা?

"ঐনা মঙোন্দা করিনো হায়রুগদৌরিবা? মহাক্না পোষ্টিং তারুবা মফমদুদা মাগী নুপী লৈ। মচাসু পোক্লি। কনানা কনাদা লাল্লিবা, নঙ অমুক্তা হায়য়ুনে।"

মহাক করিসু খুল্লকখিদে।

ঐনা মখা তাই, "য়েংউ নুংঙাইতরা ঐগী পুন্সিসে। ঐনা নহাকপু পাম্মী। অদুবু নহাক্কা লৈমিন্নবদি ফংদে। মহাক্না অতোপ্পা কনাবু পাম্মী। অদুবু মহাক্কুগদি লৈমিন্নদে। করিনো! য়ূম পানবগী নুংঙাইবা? মসিরা য়ূম পানবগী নুংঙাইবসিবু?"

অদুবু মহাক করিমত্তা খুমখিদ্রে। তূমিন্না ফমদুনা লৈপ্রে।

তশেঙনা ঐগী পুন্সিসে ইতন তম্থবা অমদি ফাওরবনি। করিনো মরম খঙদবা অমনা ইশাসে হামচৎনহল্লবোই খল্লি। য়ুম পানবগী নুংঙাইবা মহাও করিনো ঐ খঙদে। নুপা নুপীতগী ওইবা মরীদুখক্তরা য়ূম পানবগী অশেঙবা অর্থ। অদু ওইরবদি ঐনা মহাক্কী অঙাং অনী পোল্লি। ঐ তশেঙনা নুংঙাইরব্রা? নত্তে ঐগী থবায় কদায়দনো য়াম্না লাপ্না চৎখিবগুম তৌরবনি। অদুবু ঙসি মহাক্কা থেংনবসে ঐ খনফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা ফাওই হকচাঙসে। অসুম্না থেংনগনি হায়বগী থাজবা মচেৎ অমত্তা লৈতে। মতম কযা অমা মহাকপুদি নীংশিংদুনতা লৈখিবনি।

ঐনা খনখি— ঐগী হৌখিবা মতমগী থৌদোকশিংদু ঐগী ইপূরোইবগী মফমদা লোইনমক লীগে। পূক্লিংসিদা অমোৎপা অমত্তা পক্তনা নুংঙাইরবা পুন্সি অমগী মঙ মঙগে। পূকচেল শেংনবু মানা ঙাকপীরক্কদ্রা? অদুবু মহাক্তি কনাগুম্বগী মরালবু উশিন্নদবা ঙম্মী। উনা উনা উশিন্নদবসু হৈ। ঐগী লাইবকসে কয়াদা ফত্তবনো? মবাল লৈতবা কয়াসু মীৎতাঙবা আইনগী খূৎনা লামদুনা খাঙডুথক্তা মাঙহনখিবা ঙম্মী। লোয়ননা মশাগী ইজ্জৎকীদমক্তসু মশাগী অরোনবা, অরোনবা ওইনা অদুম্মক লৈহনখি।

নুমিৎ মঙানিগী মীফম অদু ঙসি নুমিৎয়ুংবা মতুংদা লোইবগনি। নুমিৎ মঙানিসিদা ইমুং অমত্তগী মীওইগুম লৈমিন্নরম্বা মীওইশিং ঙসিদি কায়নরগনি। করিনো খঙদনা ঙসিদি থম্মোয়সে মরাঙ হৌরকই। কায়নরমদাই হায়বদো অসুম্না তৌনব্রা? কায়না মৈশা নৌহৌননা অমুক ফংবা তাবিব্রা?

থম্মোয়সিদদি কাউবা ঙন্নরোইদ্রবা থৌদোক কয়া অমদি য়েক্তুনা লৈখ্রবনি। অহীং অদু, করম্নবু কাউবা ঙমগনি? ঐনা অদুক ইকায় খঙদবী ওইখিবা করিগীনো? মহাক্কা অমুক হন্না উনদুনা ৰাবী শানবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমত্তা লৈখিদ্রে। ঙসিদি কায়নরগনি, পূম্নমক থাদোক্লন্নগনি। মহাক্কী মফমদা ৰা অমত্তংদি হায়নীংবনি। ঐবু ঙমখিগদ্রা?

ঐবু ইপূরোইবনা লৌরগদবনি। মতম ঙাইবা ওইনা পুত্রি মপানগী ফানদুদা ঙাইহাক ফম্লুই। অদুবু কদায় মহাক্তি। কদায়দা লৈপ্তবগে? ঙসিগী অমুক্তা ফাওবা

উখিদ্রি।

ইচানুপাগা লোয়ননা মহাক য়ৌরক্লে। ইচানুপা অহলদো ইনাক্তা চেনশিল্লকই। পোৎ-চৈ পূম্নমক পুথোক্তুনা গাড়িদা হাপচিল্লে। চৎলমদাইসিদা অরোয়বা ওইনা অমুক্তং য়েংলুই, লৈকোলগী মতাই ওইরগ্না লৈরিবা পূম্রিদো। হৈনৌ পাম্বী মখোঙদা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈবদু মীৎয়েংসিদগী নাম্থোকখিদ্রে। অরোয়বা ওইনা মহাক্কী মচাগী মশকসে তাকনিংবনি। অদুবু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙবা থোকখিদ্রবসিদদি তূমিন্না থম্মোয়দা ঝারৌজবা নত্তনা করি তৌরুগনি।

থিংবা ঙমদনা তারক্লিবা মীৎকী পিদুদি অমুক খামজিন্নবা হোৎনরুদ্রে। তপ্না অশুম লাপথোরক্লে।

# নোংথাঙনা মৃৎখ্রবদা

অয়ূক্কী মেঙলবা নুমিৎকী মঙালনা থোঙনাওগী পর্দা ফাওজিল্লক্তুনা লৈমাযদ' তাররি। শাৎকায়বদা ঙায়রিবা লৈরাংগী লৈনমসু কা শীনবা থুংনা শন্দোক্লি। মীকপ' থোরকপদা লাইবক্তা অচোৎপা ফি মচেৎ অমা লৈরম্বদু থেংনৈ। কাদুদা কনাসু লৈরমদে। ফমুং মনাক্তা থারিবা অপীকপা টেবল মচাদুদা মনিল কারিবা চা গ্লাস অমদি লৈবি হৌজিকথাইদা থল্লম্বা ওইরমাল্লে। ঙরাং নুমিদাং থোকখিবা থৌদোক পূম্বা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অমুক্তং নীংশিংনবা হোৎনরকই। অদুবু মাগী ব্রাখলনা মপৃং ফাদ্রিদ্রৈ খোঞ্জেলদুনা অপনবা পীররে।

"চা অশাবদো খজীক্তং থকচিল্লু।"

নুপা অমা কাদুদা চঙলক্লি।

"ঙরাংদি লাইহৌ য়াম্না কন্না হৌখ্রে। হৌজিক্তি খরা হৈংলবিনি।"

য়ানীংবা ফোঙদোক্তুনা ঙক নোম্লকই।

"চারাস্ য়াম্না তোয়না হেল্লমাল্লে। হকচাঙ য়াম্না শোক্লে। করি করিনো চানবা

খরা শেন্নক্নে।"

"য়ারে শেন্নুরনু। ঐ চৎখিবা ঙম্ননি।"

"করিনো হায়রিদুবু?" শাউনা নুপাদুনা হায়রকই, "হকচাঙ অদুক য়াম্না শোক্নে হায়বা খঙলবা নত্তরা? নুমিৎ কয়ানি মফমসিদা পোখাদুনা লৈবা য়াই। ইমীৎসিনা উনা উনা নহাকপু অশিবগী খায়াত্তা তাহনগ্রগদ্রা?"

নুপাদু থংনবা কাদুদা চঙখ্রে। মহাক হান্নগুম ফমুংদা হীপ্লি।

নুপাদু অমুক হন্না কাদুদা চঙলক্নে। মখূৎতা ট্রে অমা মদুদা চান-থক্লবা করি করিনো খরা য়াওরি।

"সে খরা চাবা য়াব্রা য়েংউ।"

হায়বা ইনবা অঙাং মচাগুম চানবা হোৎনৈ। নুপাদুনা হায়রকই, "কয়াম কুইরে অসুম্না হকচাঙ ঙম্নক্রিবা?"

"কয়াম কুইরবা ঐ খঙদে।"

"করিনো হায়রিসিবু।"

তাইফেৎ তাইরবা মায়থোঙদা খজীক্তং নোক্লবা হোৎনরগা হায়রকই, "অনাবা সেবা তৌনা তৌনা ঐ ইশামক খঙজরমদে। ইশামক খঙদা খঙদা ফীভমসে য়ৌশিল্লম্লে।"

"অহানবা উবদদি শক ফাওবা খঙলুদ্রবনি। নহাকপু কদায়দা লৈরিবগে? নোংমতা ফাওবা য়ুমদা চৎকে খন্দ্রা?"

নুপীদু শকফম হঞ্জিল্লে। হায়রকই, "তোম্বী ঐগী লৈফম চপ চাবা লৈতেদা। থুংলু-থুংলুবা মফম খূদিং ঐগীদি য়ুমনি।" অমুক হন্না নোক্লবা হোৎনরগা হায়রকই, "নহাক্না মফমসিদা লৈরম্বসিনা অমুক্না হেন্না ঙক্লবনি।"

অদুবু ইবোতোম্বী খজীক্তা ফাওবা নোক্লিংবা পোক্তে। পুন্সিবু ফাগীগুম খনবা ইবোতোম্বী পামদে।

মতৌ কমদৌনা মহাক্না মফমসিদা লৈরম্বা হায়বদো ৱারী লীরে।

"... ঐনা ইম্ফাল থাদোক্লিঙৈদা ইচেগী য়ুমদা লাক্লম্মী। অদুবু য়ুমদুদা লৈরম্বা মীতোপ খরা অদুনা ইচেগী মরী মখোঙ অমত্তা খঙলমদে। ঙসি ইচেগা ৱারী শানরিবসি মতম কয়া কুইরবগী তুংদা নৎত্রা? বাবা, তাচৌ, তায়াই মখোয় কনা অমত্তনা ইচেগী

লৈফম খঙবা নত্তে। ইচেনা নোংমত্তা ওইরবসু করম তৌরি হায়না হংলরবদি বাবাগী পূক্লিং শোয়দনা হোংলমগদবনি। মপানা মচাবু কয়াম কুইনা শাউবা ঙম্নগদগে?"

ইবোতোম্বীগী ব্রাহে খরসিনা হৌগ্রবা মতমগী ব্বারী খরা অদু অমুক নৌহৌননা নীংশিংলকই।

অহীং অমদগী অহীং অমা, অয়ূক অমদগী অয়ূক অমা, নুমিৎ মথঙ-মথঙ হৌখি। অনাবা খরা খরা ফরকই। শোক্লবা হকচাঙদু ফনা নীংথিনা ফগৎলক্লে। চাবা থকপা য়ারে। নুমিৎ কয়ানি অসুম্না লৈখিগদগে হায়বা খঙদে। য়ারিবমখে মফমসি থুনা থাদোক্কুনা চৎখিবনা মহাক্কী অফবনি হায়বা খঙই। অদুবু মচীনমক্লা চৎলগে করম্না হায়গনি। হায়বা ঙম্বগী মহাক্কী পাঙ্গল লৈত্রবগুম্মী।

নোংঙানবগা ইবোতোম্বী ওফিস চৎখিগনি। মহাক্লা য়ূম শঙহৌবা। অপীকপা য়ূম মচাদু ইচীক চীক্লা লৈহৌগনি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী ব্বারী কয়া নীংশিংলক্কনি। অমুক হল্লক্লরোইদবা মতমদো নীংশিংদুনা মীৎলুদগী পিরাং শীঙ্গরক্কনি।

নোংমা ইবোতোম্বীনা হায়, "হন্দক্তি ইচেবু চাক্লৌগনি। মফম অমদবু লৈরবসু ইচে লাক্তবা য়ারোইকো?"

"অওইব্রা? অদু ওইরবদি লাকপা তারেদনা?"

"ইচেনা য়ূম হেক থাদোক্কুনা চৎখিবা নুমিৎতগী ঙসি ফাওবদা চাক্লৌবা কয়া হৌখ্রে। নিঙোল ওইবী কয়ানা মকে শেন্নদুনা মপাম লমদমদা হরাও-হরাও মপাম লমদমদা লাকপা উরুরগা ইচেবু হেক্তা নীংশিংলকই। ইচেবু চাক্লৌগে খল্লি। অদুবু নহাক্তি কদায়, নোংথাঙগুম হাইফেত্তং ঙাল্লম্লগা মাঙখি। থীফম খঙখিদ্রে।"

ব্রাহে খরসি লোইফাৎত্রি। মীৎতগী থিংবা ঙমদনা পি মতূম অনীখক তারকই।

"করিগী লাক্তনি।"

য়ূমদুদগী খোঙ হেক থাংদোক্লকখিবা নুমিত্তুদগী মপামদা লাক্কুনা মবূং মৌপ্পাগা চাক চারা অমা ফাওবা চামিন্নবা ফংলক্ত্রিবা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লরিবা মৈচাক্কুমদি নোংমতসু মকা ফন্না চাক্লকখিবা লৈত্রি। ঙসিদি মীৎতগী পিরাং ওইনা শীঙ্গরক্লি।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। অদুবু মৈ অমা ফাওবা থান্দে কা মচাদো। নুংত্তিগী ওইনা

অসিগুম্বা মতমদা থাউমৈনা পূংঙান ঙাল্লা, নুংশিন্নবা ধূপকী মনম্না কা শীনবা থুংনা শন্দোক্লকপনি। অহোংবা মতৌসিদা ইবোতোম্বী চিংনদব্বা ঙমদে। কা পূম্বা চঙদুনা য়েংলে। কনামত্তা লৈতে। মৈ থানগৎলে। উরে ফমুং নাকন্দা লৈরিবা টেবল মচাদুদা অথূপ্পা চে অমা লৈরি। থুনমক চেদু ফাক্তোক্লুনা য়েংলে। তশেঙ-তশেঙলে চিঠিদু মাগী মিংদা ইবনি। অদুগা অরোয়বদা ইরি মিং অদু 'কিরনমালা' ময়েক শেংনা। চিংনরম্বা পূম্বা চুপ্লে। অমুক হন্না মাঙপ্লে মফম খঙদনা চহী কয়াগী মতূংদা ইথা থাজদনা খূৎতা তারবা মণিদু। থংনবা মীকূপ্তুদি মোন ময়াদা লৈরিবা মখূম অঙাঙবনা পানবা ডায়রী মচাদুদা মীৎয়েং তারুরে। মশক খঙবদদি থোইনা লুনা থোক্লমদে। লৌখৎতুনা য়েংই। মথঙ-মথঙ চেনাদু ফাক্তোকই। চেনা অমদা ইরম্মী।

ঐ ঐগী কাদা ফমদুনা লৈ। নুমিদাং ওইরবসু কাদু মৈনা পূমঙান ঙাল্লি। হোস্পিটলদু মী ইচীক চীকই। মরক মরক্তা মীওই অমা অনী চখোক-চৎশিন তৌরি। ইখঙ খঙহৌদনা নুপাদু ঐগী কাদা চঙলক্লগা হায়রকই, "খূৎসি খরা শোকপ্লে। অমুক্তা মতেং পাংবীয়ু।"

পাম্বোম মরূ অদুদগী ঈ অরেপ্পা লৈতনা থোক্লি। মশা পূম্বসু ঈনা পূমচোৎ চোৎলে। য়াম্না চোকথনসু উরে। তপ্না মহাকপু নাকন্দা লৈরিবা ফমুংদা হীপথহল্লে।

"ঈসি য়াম্না থোক্লে। করি তৌরুববগে?"

"নোংমৈ মরূ অমা...।"

ঐ ভাব তারে। খুদোংথীবা থৌদোক অমা নংলে হায়বা। থুনমক খূৎলায় লৌরুদুনা থবক হৌগৎলে। অদুবু মহাক্তি খাঙবা ঙমদ্রদুনা ব্রাম্বুখ্রে।

মথঙগী নুমিৎতদি মহাক ফজনা জ্বান তারে। ঈ কা হেন্না চৎখিবনা হকচাঙদি য়াম্না চোকথনা উই। ঐনা হায়, "খুদোংথীবা থৌদোক্তু করম্না থেংনরুবনো?"

মহাক খজীক্তুং নোকই।

"অওনবা পাম্বগী মনা ওইনা থৌদোক্তু খূদোলবীরকপনি।"

"মিং করি কৌবগে?"

ঙক্লা খুন্নকই, "করিগীনো?"

ঐনা নোক্লগা হায়, "নহাক ঐগী পেশন্টনি। ডোক্টরনা মাগী পেশন্টকী মিং

খঙবদা করি কায়বগে? হোস্পিটলগী রেকোর্ডস্ ওইগদৌরিবনি।”

হন্দক্তি মহাকসু নোক্লকই।

“য়োহেনবা। চানবীদুনা মসি হোস্পিটলগী রেকোর্ডতদি ইবীরুনু। মসিনা খুদোংথীবা অমুক্তসু নংলবা য়াই। ডোক্টরগী মিংদি...?”

“কিরনমালা,” ঐনা ইশাগী মিং হায়রে।

বেগতগী হীদাক খরা লৌথোক্লুনা পীরে। হীদাক অমগা কাপ্লে। মহাক্না হায়রকই, “ডোক্টর থেংনরমদ্রবদি ঐ অমুক হন্না জ্ঞান তারক্কনি তারক্লোই খঙলমদ্রবনি। থাগৎচরি।”

“য়োহেনবনা ঐবু য়াম্না হেন্না থাগৎপীরে।”

“মসিদি ঐনা য়াম্না হেন্না হায়জিনবা নত্তে।”

অমুক্তসু নোক্লে। মহাকসু নোক্লে।

মতূংদা মাগা ঐগা তোয়না থেংনৈ।

নোংমা মহাক হোস্পিটলদা অমুক লাকই। মখূত্তা খাউ অমা য়াল্লি। ঐনা নোক্লুনা হায়, “য়োহেনবা মসিদি করিনো?”

“ডোক্টর ঐ অদোমগী তৌবীমল কাউজদে। অপীকপা খূদোলসিমত্তং।”

“খূদোলসিবু লৌবদা ঐবু মতীক চারিব্রা?

“অদোমগী লমনদি মসিনা মতীক চাবা নত্তে কিরন।”

অহানবা ওইনা মানা ঐগী মিং পন্দুনা কৌখি। নুমিত্তু ঐনা কৈদৌঙৈ কাউবা ঙমগনি। থম্মোয়সিদা কোক্লরোইদবা ময়েক্লা হক্লুনা লৈখ্রবনি।

ডায়রীগী চেনা মথঙ-মথঙ ফাক্তোকই।

ঐ খঙলে। ঐগী লুহোংবগী মতম লেপ্লে। ঐগী ব্রা অমত্তা য়াওদনা অদুক চাউবা ব্বারেপ অমা ঐগী বাবানা লৌরম্লে। ঐগী অপাম্বা করিনো হায়বা বাবানা অমুক্তং হংবীরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগদবা।

বাবানা হায়, “ইপাগী কিরন নঙনে ইপাগী মায় চোপহনবা য়াবা নত্তেকো।”

ঐ ইশাগী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌরে।

"বাবা ঐগী ব্বাহে অমত্তংদি তাবীরম্ফম থোক্তব্রা? অসুক থুনা অদুক চাউরবা ব্বারেপ!"

"নঙগী তুংগীনিনে ইপানা হায়রিসে।"

"বাবা লুহোংবসিনা ঐগী তুংগী লাইবক লেপকদবা নত্তে। ঐগী পুন্সিদি ঐ ইশানা য়েংশিঞ্জবা থোইদোক্লা ঙম্লবনি।"

নোংথাঙ য়াওদনা তারকখিবা ব্রজদুনা লব্বাইদা য়ৈরম্মী। বাবাগী মায়থোঙদু তাইফেৎ তাইরে। শাউনা হায়রকই, "নঙসে ঐগী ইচানিকো কিরন।"

"ব্বারৌবীনু বাবা। বাবাগী মায় ঙাকচবা ঙম্লোইদৌরি।"

বাবা ব্বা মখা অমুক তারখিদ্রে। শাউনা থোকপ্রে। ব্বাথোক অমু পীক্লা লোইশিল্লু য়াদ্রমাল্লে। তাচৌনসু হায়, "মালা নঙ বাবাগীদমক খরদি খল্লু কৈদৌবগে। বাবানা নঙগী ফত্তনবা শীনগদবা নত্তে। মীগী মমাঙদা চোপ্তনবা হায়রিবসে অমুক্তগা খল্থখো।"

"তাচৌ ঐ ইশাগী ফিরেপ লৌরবনি।"

ঐগী অচেৎপা ব্বাফম তাচৌদসু খঙহনপ্রে। থৌদোকসিগী ফল ফনা ফংগনি হায়বা থাজদে। তশেঙনমক বাবাগী ফিরেপ্পু লৌরক্লে।

য়োহেনবা। য়োহেনবনা ঐগী অমদি বাবাগী মরক্তা শোক্লরিবা লানফমসিগী ময়াইদা লেপ্পুনা তাইশিন্নবা অঙম্বা থৌনা পুথোক্তুনা হোৎনখি। তত্তনা হায়, "কিরন নঙনা নঙগী বাবাগী মায়োক্তা লৈবা অফবা নত্তে। নঙ মুন্না অমুক্তদি খল্লু। নঙগীদমক ঐনা করি তৌবা ঙমগনি।"

"য়োহেনবা, নঙগী করিসু লৈতসনু। ঐ নঙবু নীংথিনা খঙই। নঙগী পূকচেল শেংবা অখাঙ কনবদুনা ঐবু ননাক্তা পুরকপনি। লন-থুম, অরং-অরাক্লা মীৎ থক্কদবা নুপীদু ঐ নত্তে। ঐগী তুংগী লাইবক ইশানা লেপচগদবনি। কনানসু ইনশিন্দুনা চৎলোই। শকখঙদবা কনাগী মফমদা ঐনা ঐগী পুন্সিগী খূর্জি করম্লা শিন্নথোক্লুগনি। বাবানা খজীক্তং কৃপ্লা খন্থুরল্লবদি পূম্নমকসে থোক্লমদবা য়ারম্বনি। হৌপ্রবদি হৌখ্রেদনা। নোংমদি বাবাসু শোয়দনা খঙলকখিনি। নুমিৎতু ঙাইবা তাবনি।"

য়োহেনবা অমুক হন্না মখা তারকখিদ্রে।

থৌদোক কয়ানা থল্লম্বা দাগ নীংশিবনা পীররি চৈনা। পুন্সি ইতিহাসকী চেনা মথঙ

মথঙদা ইখিবা থৌদোক কয়াগী ব্রায়ীশিং নীংশিংবনা মথঙ-মথঙ ফাক্কৎলক্কুনা মীৎমাঙদা অয়েকপা লাইগুম চোংথোরক্লি। ঐগী ইমা, বাবা, হোস্পিটলসিদা থেংনখিবী ইনে, পূন্নমক্না মৈশা পীরম্মী থম্মোয়নুংদা। তোম্বী, ইবোতোম্বী মহাকসু নীংশিংলকই। মচেগীদমক্তা কয়াদা ব্রাজশ্রবা অঙাওবা অঙাংদো। ঐবু উদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রবগুম নোংঙানবগা চেল্লক্কনি ইনাক্তা হেক্তা অদুগা হায়রগনি, "ইচে, ঐ বাবাগা ব্রা অমুক হন্না ঙাঙনররোই। ঐ য়ূমদুদসু লৈবীররোই...।"

ফনা থেল্লবা তুংদা অমুক হন্না য়ূমদা চৎহনখিনি। লাইরিক পূক্লিং চঙদে হায়দুনা ইনাক্তা লাক্তনবা ফনা য়াম্না হায়বনি। অদুবু নোংমা নীনি লাক্লমদ্রবসু অমুক হেক্তা ফূৎ ফাওরক্কনি।

থৌদোক্তু থোক্কনি হায়বা ঐ শুকখন খল্লুদে। নোংমতসু নীংশিংলুদে। নীংশিংখিবা থৌদোকশিংদুগী মনূংদসু য়াওখিদ্রি। থায়না স্কুল কারিঙৈগী য়াম্না লুনা তিন্নখিবা মরূপনি। অসুক কুইরবা মতুংদা অসুম্না ইথা থাজদনা হেক্তা থেংনরগনি হায়বসিবু খনবা ঙমখিব্রা? তশেঙনা থৌদোক্তু থাজখিদবনি। আর্মিগী ফিজোল শেৎপা, চীং-লেম্বা, নাতোন শুমাঙদা অমুবা কোইগী পারবা মরোল অমা অদুগা চীনবালদনা নোকফেৎ তৌবা শক্তম।

"কদোমদগীনো ইথা থাজদনা কিরন?"

ইশানা থাজদবা মতৌদো ফোঙদোক্তুনা হায়, "হাইমা য়াম্না থাজদেনা জিং।"

অদুদগী নুংঙাইবগী মীনোক অমা।

"চা অমত্তংদি থকখিসিদনা।"

মনাক নকপা হোটেল অমদা চঙলে।

"ঐদি ঙকপনা লোইরে। নহাক্কী নতৌসে. করিনো ׳ংরদি হায়য়ুদনা?"

"অঙকপা করিসু নত্তেদা উরিবসিনি অশেঙবা।"

টেবল মথক্তা মচু ফজরবা চা অনী থল্লে। মহাক্না হায়রকই, "পুক্সিসে ׳সিমা তৌগে হায়না লেপথোকপসে য়াদবা মাল্লে। য়েংউদনা থোক্লি থৌদোকসে। ঐনা পাম্বা ঙাক্তা থোকউ হায়বা য়াদে।"

"নহাকসিদি হান্নগী মতৌদো করিমত্তা হোংলমদ্রিনা?"

টেবলদগী চাদো অমুক্তং চূপ্পগা মহাক্না হায়রকই, "করিবু হোংদ্রবগেনে।

নোংমদি ঐ ডোক্টর ওইংগনি হায়বগী নুংঙাইরবা মঙ অমা মঙলম্মী। অদুগা ঙসিনা আর্মিগী ফিজোল।"

চুম্মী ঐখোয় স্কুলগী মতমদা মহাক ডোক্টর ওইংগনি হায়দুনা লাইরিক কন্না পাখি। অদুবু লাইবক থীবনা পাস ওইখিদে। মহাক্না মখা তারকই, "...চাদবদি য়াদে। ইমাসু শোঞ্জিল্লকই। খুৎতা শেলসু লৈতে। উপায় থিবদা আর্মি চঙবা তাখি। অসুক কুইবা মতমসে মণিপুরগী বাংমদদা লৈখি। ইম্ফালদা অমুক্তা লৈগে হায়বা ফংখিদে।"

মহাক্না অমুক হন্না চাদু থক্লগা হায়রকই, "কুইরবগী তুংদা মণিপুরদা লৈনবগী তাঞ্জা ফংখি। মদুসু তম্পাক্তা লৈনবগী তাঞ্জাদি ফংখিদে। ঙসিদি ইম্ফালদা লৈররে। তন্নদি ঙমদে হয়েংনা কদায়দা...?"

"অদুগা ঙসিনা ইথা থাজদনা থেংনরে ঐখোয় অমুক।"

ইশাগী ফাগীদুদা ঐখোয় অনী নোকমিন্নে।

নুমিৎতুগী মতুং তোয়নমক নৎত্রবসু মরক-মরক্তা থবক শংবা মতমদা হেক হেক কোয়থোরকই। নোংমা মহাক ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই।

"নহাক্কী য়ুম থিবদা ওম্বোক্লা বারুরে।"

"লেঙশিনবীরকউ।"

য়োহেনবসু য়ুমদা লৈ। ঐখোয় অহুম পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱারী শানৈ। ঐনা য়োহেনববু শক তাকই।

"মহাক ঐগী ইপুরোইবা, য়োহেনবা অদুগা...।"

মহাক্না মরক থৎলদুনা হায়রকই, "ঐ সনজিৎ, আর্মিদা থবক মচা অমা তৌরি।"

"সোমদি মমিং লৈবা আর্মিগী ওফিসরনি হায়বা ঐ খঙজে। ঐ সোমবু হান্না মিং তাজখ্রে। ঙসি শকখঙনজবসি য়াম্না নুংঙাইরে।"

মখোয় অনী মখুৎ শোক্লে।

অদুবু য়োহেনবগী মোমোন নোকপা মায়থোঙগী মরুমদা তাখিবা হৈনীংদবগী মমি অদুদি সনজিৎনা উখিদ্রবসু ঐগী মীৎয়েংদগীদি নাম্থোকখিদ্রে। জিৎনা নোক্লদুনা হায়রকই, "কদায় য়ুমদা লাকপা অতিথিবু চা অমা ফাওবা পীথক্রোই হায়রিব্রা?"

"ইচম চম্না নত্তে, য়াম্না মরূওইবা অমা ওইনা পীথকচগদৌরিবনি।"

অমুক্কসু নোকপগী পালি। য়াম্না থুনা চা অহুমখক শেল্লে। চা অমমম পীরগা অমুক হন্না চঙশিন্দুনা ঐগী ফম্ফমদা ফল্লে। জিৎনা চাদু অমুক্তং চিংলগা মখূৎ থাঙ্গৎলদুনা হায়রকই, "ব্বাহ্! অসুক হাউবা চা মপোকসিমগী থক্লক্ত্রি কিরন। নহাক্তি লায়েংবগী মহৈদা নত্তনা থোংবা থাকপগী মহৈসু নীংথিনা হৈরল্লে। চুমদ্রব্রনে?"

য়োহেনবদা ওনর্শিল্লি। য়োহেনবসু য়ানীংবা ফোঙদোক্লকই। ঐনা হায়, "মৈতৈ নুপীদি অসিগুম্বা থবকসে পীক্লিকৈঙেদগী নীংথিনা হৈরক্লবনি।"

"ময়ামগী মরক্তগী অহেনবা অমত্তং খল্লু হায়রবদি...।"

মরক থৎলদুনা, "কনাবু খনগে হায়রিবা?"

"কনাবু খনগনি হায়গে, মাঙদা লেঙশিনবীরিসিদি।"

ঐখোয় পূন্না অমুক্কসু নোক্লে।

থেঙজিল্লক্লবদুদদি জিৎ চৎখ্রে। য়োহেনবগী হৈনীংদবা মতৌদু অমুক্কা ময়েক শেংলক্লে।

"করি তৌরগে হকচাঙ ওমদব্রা?"

"করিসু তৌদে," ইতেন তেন্না খুম্মী।

"ঙসিসে ইহৈ হৈনীংদনা উই। থোইদোকপা মরমগাদি লৈতেকো।"

"করিসু তৌদেদা।"

"ঐসে নহাক্কী লোয়নবীনি। ঐঙোন্দবু করিনো অমুক লোৎলিবা?"

মহাক্কা অশেম্বা মীনোক অমা নোক্লগা হায়রকই, "কিরন নহাক্কা অদুক ব্বারৌগল্লিবা করিগীনো? ঐ করিসু তৌদে। লাকও করি করিনো চান-থক্লবা খরা থৌরাং তৌরু। নুমিৎসি থেঙজিল্লক্লে।"

চাকশঙদা চঙলে। নুমিদাংগী চানবা শেম্বা হোংনরিঙৈ নুপামচা অহুমখক চঙলকই। য়োহেনবগী নাক্তা লেপ্পী। য়োহেনবনা হায়রকই, "করি অরুবা লৈরে নিংথেম্বা?"

"ইয়াম্বা...।"

ঐবু তাহন্নিংদবগী মওঙ উৎলকই নিংথেম্বা।

"হেক্তা হায়য়ু চিংনগনু," য়োহেনবনা হায়।

"ইয়াম্বা চীংখৈনা য়াম্না থুনা ইয়াম্ববু উননিংই হায়রকই...।"

য়োহেনবা পৃক্লিং চঙনা তায়।

"ফরে ঐ হৌজিক লাক্লগে নখোয় ঐবু ঙাইরম্মু।"

নুপামচাশিংদু মথঙ মথঙ থোকখি। য়োহেনবা ঐগী নাক্তা চঙলক্লগা হায়রকই, "কিরন...।"

"ঐ তারে। চৎলগদবা নৎত্ৰা?"

"চৎপদি তাবনি...। নঙ করিসু খল্লুনু ঐ য়াম্না থুনা হল্লক্কনি।"

"চাক খরা চারগা চৎলদি ফগদবনি। য়াম্না থুরব্ৰা?"

"মখোয় অম্বায়দা ঐবু ঙাইরমগনি। কুইথবা পামদ্ৰে।"

মখা তাথবা ঙমদে। হায়নীংবা কয়া চীনবাল য়ৌঙমদনা তোক্লে। মহাক্না হায়রকই, "ঐ চৎলুখিগে।"

মপান্দা থোকখ্রে। মৈঙাল লোইখিবা মফমদগীদি মহাক্কী শক্তমসু উখিদ্রে।

মহৌশাগী মহৌশা নুমিৎসু মাগী খোঙচৎ কায়দনা অদুম থোরকই। পোমশাৎনরম্বা লৈরাং কয়ানা মনীংতম্না শাৎকায়রকই। উচেক-ব্ৰায়াশিংসু মনীংতম্না অহাঙবা অতিয়াদা পাইরি। ঐসু ঐগী থবক অদুম কায়দনা চৎলি। ইহৈদি হৈনিংদে। য়োহেনবনা চৎখিবা ঙসিগা থারগা নুমিৎ ১৫নি শুজিল্লক্লে। অদুবু মৱা-মপাউ অমত্তা তাদে। মহাক্তি ঐগী ইফমদা করিগুম্বা অরোৎপা অমত্তা থমদে। মখোয়গী ৱারী ঐগী ইমাঙদা অদুম শাই। অদুবু পাউ অমত্তা পীরক্তনা অসুক কুইনা লৈশিনখিবা মমাঙদা অমুক্তা য়াওখিদ্ৰি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে পাউ অমদি শোয়দনা পীরকফম থোকপনি।

ইখঙ খঙহৌদনা য়ূমদা হল্লকপগী লম্বীদা জিৎ থেংনৈ।

"করিনো নশা ঙমদ্রব্ৰা? কুচুগা ইমক মকশিল্লিদুবু?"

"করিসু তৌদে।" ইশাগী হৈনীংদবা মতৌদু মাগী মীৎয়েংদগী নাম্ভোক্লবা হোৎনৈ।

"ঐ নখোয়গী য়ূমসু য়ৌরুরবনি। কনা অমত্তা থেংনরক্তে।"

ঐ খুমদে। মহাক্না মখা তারকই, "নঙসু খঙলিনি, হৌজিক মনূং হঞ্জিনবা চীংগী মফমশিং ঈরাং য়াম্না কল্লি হায়বা...।"

থম্মোয়দা খাঙওমদবা চৈনা ফাওরকই। মখা তারকই, "পাউ ফংবগা খূদক্তা অহেনবা ফোর্স পুরগা চঙনবা শেম শাবা লোইরবনি। নহাক্কা অমুক্তং উনরমগে লাকপনি। য়োহেনবগসু অমুক্তং উনবা ফংলবদি য়াম্না নুংঙাইগদবনি।"

"মহাক থবক অমা চৎথোকপ্ত্রি।"

মহাক্না নোক্লগা হায়রকই, "নহাক থেংনবা য়াম্না নুংঙাইরে। চৎলগে।"

মহাক চৎখ্রে। পূক্লিংসে লৈতাফম খঙদে।

নুমিদাং পাখঙ মচা অমা লাকই। ঐনা হান্না মশক খঙবা অঙাংনি। নিংথেম্বা। মহাক্না হায়, "ইতৈমা, ইয়াম্বদু অরুবা থবক অমগী খরা থাপ্পা মফম অমদা চৎপ্ত্রি। মতম খরা কুইরকপা য়াই। নুংশা থীগনু হায়না ইতৈমদা তম্বীয়ু হায়রম্মী।"

"কদায়দনো খঙব্রা?"

"অকৃপ্পা মরোল ফংদে।"

"কনা কনা লোয়নখি।"

"ইয়াম্বা চীংখৈনা লুচিংখিবনি।"

মখা অমুক হংদ্রে। নুপামচাদু চৎখ্রে।

নুমিৎ খরনি অমুক হৌখি। থোইদোকপা পাউ অমত্তা তাবা লৈতে। তোম্বীদো অমুক্তং লাক্লবদি, মহাকপু থাদুনা পাউ লৌহল্লুবা য়াবনি। মহাকসু লাক্তে। ইহাঙ হাঙই মফমসে। কনাসু লৈতে ইতোমতনি। পূক্লিংদদি চিংনদবা ঙমদে জিৎকী ব্রাহৈশিংদু।

"মনুং হঞ্জিনবা চীংগী মফমশিংদা ঈরাং কল্লি...।"

অদুগা নিংথেম্বনা হায়রম্বা "ইতৈমা, ইয়াম্বদু অরুবা থবক অমগী খরা থাপ্পা মফম অমদা চৎপ্ত্রি।"

করিগুম্বা মখোয় থেংনরবদি। ঐগী য়োহন্না করি ওইগবা? তাইনফম খঙদনা পূক্লিংসে ঈরাং লাঙহল্লি। অসুক কুইগদবা ওইরবদি চৎলমদাইদা করিগী খামহৌদ্রিবনো? চৎলমদাইদদি হায়খি, "...চৎলগদবা নৎত্রা?"

চৎখিনু হায়হৌবদি য়াদব্রা? চৎলমদাইদা চাক চখোম অমা ফাওবা পীজবদি ঙমহৌখিদে।

অথেঙবা অহীং অমদা নিংথেম্বা অমুক লাকই। নোংঙাল্লমদাইগী ঈংলবা নুংশিং মরক ওইদুনসু মহাক্কী মায়থোঙদদি হ্মাং মরীক মরীক কারি। নুংশাশ্বর চনীং তানা

হোন্নবা হোৎনরগা হায়রকই।

"ইতৈমা শজীক তম্পাক য়ৌগদবা মফম অমদা আর্মিগা খূৎ থোক্লুরে। ঐখোয়গী মায়কৈদা লাইবক থীবা খরা য়াওরে...।"

পাউদু লৈতানা তাবা ঙমদ্রে। হংই, "য়োহেনদি মফমদুদা চঙখিব্রা?"

"মখোয় ঙসি অয়ূক মফমদুদা চঙখি হায়বগী পাউ ফংই।"

হকচাঙসে লেপ্তুনা লৈবা ঙল্লক্তরে। ইনাক্তা লৈরম্বা চৌক্রি অমদা ফমথরে। নিংথেম্বনা হায়রকই, "ইতৈমা পাখৎপীখিগনু। অশেঙবা পাউ লাক্লি। ইয়াম্বহোয় মফমদু য়ৌদ্রিঙৈদা থৌদোক্তুনা হান্না থোক্লমদুনা মখা তানা চঙশিনবসু য়াদা থোক্লকপসু য়াদা মফমদুদা লৈরম্বসু য়াই।"

ঐ থোইদোক্লা তারুদ্রে। নিংথেম্বসু ইহৈ হৈনিংদনা চৎখি। মীৎতা মাগী শক্তমদু উরকই। চাক চখোম অমা ফাওবা চাদনা চৎখিবা নুমিত্তু নীংশিংলকই।

ডায়রী ফনা শাংনা ইবা লেপ্লে। অহাঙবা চেনা মথঙ মথঙ ফাক্তোক্লগা য়েংলি ইবোতোম্বী। চেনা খরগী মতূংদা অমুক ইরি।

নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবা খঙদ্রে। ফনা কুইরে কলম পায়খৎলুদবা। অদুবু ঙসিদি অমুক ইদবা ঙল্লক্তরে। নিন-খোংবা, শহরগী চরাঙনবা মরক্তগী স্বর হোন্দোকচবা ঙম্লে চীংয়াগী অচীকপসিদা। লোইরোই ঙমখৎখ্রিবা চীংমায়দা মশা ফন্না হৌরিবা উচাল পাম্বী, তপ্পা লিরি শীৎপা নুংশিৎতা থেক্লা খোইনা জগোই শারিবা জুম-জুম তারবা মাগী মনাশিং কয়াম কুইনা য়েংবা ফংখিগনি খঙদে। ঙসিনা সিদা হয়েংনা কদায়দা পল্লেপফম লৈতবা খোঙচৎনি ঐগী। অহাঙবা মালঙদা পাইরিবা উচেক শঙ্গুম মায়কৈ খঙদা চৎলিবা পুন্সি খোঙচৎনি। য়ারেক্লুগনি মনা পূংবা উপাল অমদা, পাইখিনি অমুক মায়কৈ খঙদনা। অরেপ্পা পচ্ছুং লৈতে। মফম খূদিং ইয়ূমনি। মফম খূদিং য়ারেকফমনি।

তারমদাইগী সনা অহীংবা মচু মাল্লবা নুমিৎকী মশেক্লা নোংচুপ মায়কৈদা অরোৎ-অফোং শান্নরক্লে। অনীরক অহুন্নক কৌরকখ্রমাল্লে, ঐ তাহৌদ্রে। ইনাক্তা নিংথেম্বা লেপ্লরে। ময়াম্মা ঙাইনহৌরে হায়না তাক্লুরে। ঐ অদুম লাক্লে।

মথঙগী অয়ূক্তা ঐখোয় তরুক ইম্ফালগীদমক চীংগী থেল মচাদু থাদোক্লম্লে।

## নোংথাঙনা মূৎপ্রবদা

**শাংলবা খোঙলম্বীদু লাম্ফোকপা অব্রাবগী মশক্লি। অদুবু মহৌশাগী ফজরবা শক্তমদুনা অব্রাবা পূম্বা কাউথোকখি। থুনমক ইম্ফাল য়ৌনবা খোঙশাল্লকখি।**

ঐনা লৈরিবা কাদু কদায়দনো হায়বা ঐ লাকশিনবা ঙমদ্রে। হকচাঙসু পাঙ্গল য়াওদ্রে। লেঙবা ফাওবা ঙমদ্রে। উরু-উরু লৈরিবা সীলিং ফেনদুনা কোকসে অমুক্তা ঙাওহল্লে। অমুক হন্না মীৎ উইশিল্লি।

কয়াম কুইনা তূমথরুরবনো খঙদে। থোঙনাওগী পর্দাদা লীৎশিল্লক্লুনা নুমিৎকী মঙালনা কাদুগী লৈমায়দা তাররি। নীংশিংলকই ঐখোয় তরুক্তা ইম্ফাল য়ৌনবা লাকখিবা খোঙচৎ। নোংমৈ মখোল মরক অদুদা ঐখোয় মশেল লম্মাঙনখি। য়েৎথংবা পাম্বোম মরূদা থারকখিবা শক্তি লৈরবা শাফূ অমনা ঐবু জ্ঞান তাহনখিদে। কাদু লৈদুনা য়েংই। কনামত্তা লৈতে। ঙাইহাক লৈবগা খোঙথাং মখোল অমা তাবক্লে। লেপ্পুনা লাকপনা কাসি তল্লক্লি হায়বা লাকশিনবা ঙল্লে। থোঙ হাংদোক্লুনা চঙলক্লগা হায়বকই, "হকচাঙ খরা নুংঙাইরব্রা কিরন?"

মোমোন নোক্লদুনা জিৎনা হংলকই। ঐ হান্নগুম নোকপা ঙমখিদে। নোকসু নোক্লিংখিদে। ঐনা হংই, "ঐনা লৈরিসি কদাযদনো?"

মহাক অনকপদা লৈবা চৌক্রি অমদা ফমথবগা হাযরকই, "থোইদোকপা অশোয়-অঙাম য়াওদ্রে নৎত্রা?"

ঐগী ব্রাহংগী ওন্ন-তৈনবা ব্রাহং অমমুক। হৈনবক্তে ইদোম। মহাক্লা মখা তারকই, "নহাক্লা ফরকপসে কয়াদা নুংঙাইরবা?"

"ফরক্লমদবনা হেন্না ফরম্বনি।" অশাওবা পূম্বা ফাজিনবা ঙমদে। ঐনা মখা তাখি, "ঐনা খনবদা ঐনা লৈরিবসি নরক্তা শোগদনা ওইগনি।"

নোক্লবা হোৎনরগা মহাক্লা হায়বকই, "নবক নত্তে। মফমসিদা নহাকপু ঙাকপী শেনবীনবা য়াম্না লৈ।"

ঐবু ঙাকপী শেনবীবা। হুম! ঐবু ঙাকপী শেনবীরম্বা অদুদি নুমিত্তুদা উফূল তানা কায়খ্রবনি। ঐগী সংসার পূম্বা ইমাঙমক্তদা লোইনা মথঙ-মথঙ মচেৎ কয়া থোক্লা নীংখায়রকখি। অমুক হন্না শমজিন্নবা য়ারোইদবা নূং মচেৎকুম। মচেৎ মকায় মরক অদুদা ঐগী থব্রায়বুসু হকচাঙদগী শেত্তুনা পুবীখি। ঐগী হকচাঙ ঙসিদি থব্রায় য়াওদ্রবা

হুকচাও পোলাং অদুতা ঙায়রে। মসিবু অমুক ঙাকপী শেনবীবা। করিগী, করিগীনো?

নুমিৎতু অমুক হন্না নীংশিংলকখি।

অহীংদু নোংঙানবা ঙাইঙমখিদে। নোংঙানবগী পাউচেদা ময়েক শেংনা অচৌবা ময়েক্লা ইরকই। ময়েকশিংদু ইফমদা থৌরবা তিঞ্চংগা পাঞ্চক ওইখি, থম্মোয়সিদা থুম্না লেংশিল্লক্লিবা।

হোস্পিটলগী অকোয়বা অদু আর্মি অমদি পুলিসকী মীওই কয়ানা পল্লোন নাইনা খারদুনা লৈরম্মী। অদুগা য়োহেনবদি, মহাক্তি অদুক য়াল্লবা মীয়াম অদুনা লেপ্লিবা মফম অদুদা লৈরমদে। চীক্লবা কাদুগী কনাসু লৈনদ্রবা মফমদুদা চীক্লা নাইতোম মখোয় মঙা য়াতাদুনা লৈরম্মী।

নুমিত্তু ঐ কপখিব্রা? মীৎসিদগী পিগী মরীক অমা ফাওবা তারক্লবা লৈখিদবগুম্মী।

"করি তৌরে কিরন? নঙবু কপলিব্রা?" জিৎনা হংলকপনি। ঐ করিসু খুমদে। মীৎসিদা পিগী ঈচেলদি লেপ্পা নাইদনা চেম্থরক্লি হায়বা খঙই। মহাক্লা হায়, "নহাক্কী অৱাবদু ঐসু খঙই। য়োহেনবনা অদুম্না তৌরমগনি হায়বা ঐ থাজখিদবনি...।"

মরক থৎলদুনা ঐনা হায়, "নহাক নথৌ মশক নীংথিনা খঙবা আর্মি ওফিসরনি।"

মহাক করিসু খুম্লক্তে। ঙক্লা য়েংলকই। ঐনা মখা তারদুনা "অদুবু নহাক্লা নথৌ পাঙথোকপদা থীম্থরিবা করিগীনো?"

"ঐ নঙগী মরূপনি কিরন।"

"নহাক্লা ঐবু করিগী কাপ্পুনা হাৎত্রিবনো? ঐবু অসুম্না ফাজিন্দুনা কয়াম কুইনা থমখিদৌরিনো?"

কাদুমা নিনহল্লগে মতাগুম ঐগী খোঞ্জেলদু কনখি। মীৎতগী পিসু অমুক হন্না লেপ্পা লৈতনা তারক্লে। মহাক্লা নোক্লবা হোৎনরগা হায়রকই, "নহাকপু করিগী ফাজিন্দুনা থমগদৌরিবনো?"

"ঐসে আইন্না য়াদবা মীশক্লি হায়বা খঙলবা নৎত্রা? ঐগী খোঙলোয়শিং অদুবুসু নহাক্কী নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রবা নৎত্রা? ঐবুসু কাপ্পুনা হাৎলু। মদুনা নঙবু ফমথোল কয়া ফংগনি, থৌনা ফবগী নঙগী হৈশিংবগী...।"

মহাক করিমত্তা খুন্নক্তে। মীৎতগী পিসু লেপ্লা লৈতনা শীঙ্করক্লি। মহাক্না তপ্না হায়রকই, "কিরন নহাক নশাদো য়াম্না চোকথরগনি। কোন্না ফরগা নীংথিনা ব্নারী শানসি।"

মহাক থোকশ্রে। করিমত্তা হায়হৌদনা ঐ লৈহৌরে। পূক্লিংদদি খন্দবা ওল্লক্তে। নিংথেম্বা, অঙাংদু অদুগা মহাক্কী মমান্নবশিং। মিনুংশি মচেৎ অমত্তা য়াওদনা মখোয়বু হাৎতোকপীরল্লগনি। তনৌ-তনৌবা হকচাঙদগী চেম্থরকপা ঈতনা মশা পূম্বা পূন্নুপ লূপ্লমগনি। মথৌনাদি লৈবনি অঙাংদু। ওম্থোক্লা পাম্মুই মখোয়গী পুন্সিশিংদু।

নুমিৎ খরনি অমুক হৌখি। হকচাঙসে খরা ফগৎলকই। শোকখিবা মফমদু তপ্না তপ্না ওইশিল্লকই। খন্দবদি ঙমদে। কৈদৌঙৈ মফমসিদগী ইনীংতম্না চৎখিগনি। অহাঙবা অতিয়াদা মনীং তম্না পাইরিবা উচেকশিং কয়াদা নুংঙাইরমগদবা মখোয়গী পুন্সি। ইনীং তম্না শান্নজবা ফংলরোইদ্রা মখোয়গুম অকিবা য়াওদনা সনা লৈবাক ইরমদম অসিদা। নাম্থোকচবা ওল্লরোইদ্রা মাঙ অমসুং তুংদা থৎচিল্লক্লিবা লাংসিদগী।

নোংমা জিৎনা হায়রকই, "কিরন, নহাক অফবা ডোক্টর অমনি। সমাজসিদা নঙগী চাউরবা থৌদাং লৈবি হায়বা কাউবব্রা? করিগীনো নঙনা পূম্নমকপু নাথৈদুনা চৎকে খল্লিবা। মীওই কয়ানা নঙগী থৌজাল ঙাইরি। নঙবু হান্নগী পুন্সিদা হঞ্জিলহল্লকপদু তরাম্না ওক্লি। লেমহৌরিবা নহাক্কী পুন্সি খবদু নুংঙাইনা লৈখিবা অসিনি ঐখোয়গী অপাম্বা।"

"নহাক্না ঐবু মফমসিদা থল্লিবা করিগীনো?" মহাক্কী পাউখুম পীদনা ঐনা ব্নাহং হংখি।

"নহাক্কী পুন্সিবু কন্নিংবদগীনি," ইতেন তেন্না খুন্নকই।

"ঐ নীংতম্বা পাম্মী। নীংতম্না হিংনিংই। নীংতম্না শিনিংই। লাংসিদগী নাম্থোকচবা পাম্মী। অফা-অপুন্নবসি ঐ শুকপাম পামদে। অদুনা ঐবু নীংতম্না থাদোকউ। ঐ অমা শিখিবদা কনাগী কয়ামুক য়াম্না মাঙজগনি?" কপ্থা করুম্নরা হংখি।

মহাক্না তপ্না খুন্নকই, "কিরন নহাক ব্নাখল নীংথিনা অমুক্তা খল্লু।"

"নহাক্না ঐঙোন্দগী করি পাম্বগে? ঐ ঐগী খোঙলোইশিংদুগী মতূং ইনখিবদা করিসু চিংনবা লৈতে।"

মহাক মমায় থাঙ্গৎলকই। তপ্না হায়রকই, "কিরন... ঐ নঙবু... নুংশি।"

মহাক্না ৱাহৈসিংমক হায়রকখিমাল্লে। ঐ নুংশী মূর্তিগুমখি। মহাক্না মখা তারকই, "কিরন ঐগী ৱাহৈসে নফমদা থেঙমনগ্রে হায়বা খঙই। ঐনা মপান্দা লৈরিঙৈ নঙগী নপাউ তানিংখি। তাবদি ফংখিদে। হংবসু ঙমখিদে। ঐনা ইম্ফালদা থোক্লকপা মতমদদি নহাক লুহোংলল্লে। ঐ নঙবু কাউথোকপদি ঙল্লমদে। থম্মোয়সিনদি নঙবু কয়াগী মতীক নুংশিজখিবা। হায়ররোই কয়ারকসু খনগ্লবনি। মসিনা নঙগী ঐগী মরক্তা লৈরিবা মরূপকী অর্থদো শোয়দনা মাংথোক্কনি হায়বা খঙই। ঐনা নঙগী মরূপ অমা ওইনা নঙগী নতেং পাংবসে নঙনা লাল্লদি লৌগনু। ইশাগী ইজ্জৎ মশক খঙদবা মীশক্তি নত্তে ঐ...।"

মহাক্না লেপ্পা লৈতনা ৱাহৈশিংসে হায়রকখি। ঐনা করি খুমখিবা ঐ খঙদ্রে। চোংলকপদা ঙাইরিবা য়েন্নীংবু নৈহৎপীগ্লবা ঐগী পুক্সিনা কনাগী মরূম অমুক থূপ্লুখিনি। নোংমা অথেঙবা অহীং অমদা মফম খঙদনা খোঙ থাংদোক্লকখি। অমুক্তা অহাঙবা মালঙদা পাইজনিংবগী আশাদা, তূমিন্না য়াম্না লোন্না।

নুমিৎ কয়ানি লেপ্পা লৈতনা চৎলে। মফম খঙদনা। কদায়দা থুংলুগনি হায়বা অরেপ্পা লৈতে। অমুক নৌহৌনা নীংশিংলকই ঐহাক্কী খোঙলোইশিং। নিংথেম্না, অঙাংদু কয়াদা নুংশিপ্লবা। অরোইবা খোঙচৎ অদুদা মহাক্তি নরক্কী কোম অদুদগী নাম্ফোকচবা ঙমখিদ্রে? পূক্লিংদা লেপ্লে অমুক হন্না চৎলগে চীংনুংগী থেল অদুদা। মফমদুদা চৎলবদি পূক্লিংসে শান্তি ফংগনি।

নুমিৎ কয়ানি মফম খূদিং কোয়দুনা লৈরে। চাদ-থক্তবনা মশীং য়ামশিল্লক্লুনা হকচাঙসিসু পাঙ্গল লোইশিল্লক্লে হায়বা ঐ খঙই। অদুবু অফোংবা লম্বীদা চৎলুবসু য়াদ্রি। জিৎনা ঐবু ফংনবা থিরিগনি। চাদবা মশীং ফনা য়ামদুনসু ঐ থোইদোক্লা খন্দে। অদুবু লাইহৌ হৌরক্লিবসিসু নুমিৎ নীনি শুজিল্লক্লে। কোকসে পুবা ঙমদবা মখৈ ৱারে। নুমিৎ থেঙজিনগ্লবদুদদি কদোমদা চৎলিবনো হায়বা খঙবা ঙমদ্রে। অরোয়বদা থৌজালগী ভিক্ষা নিনবা থোঙজীন্দুদা লেপ্পুরে। থোঙদো হেক হাংদোক্লকপদা উরে শক্তমদু। চীনসিদা ৱা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদ্রিঙৈদা থোঙজীন্দুদা তুশিল্লে।

নুমিৎ খরনি অমুক্কসু মফমসিদা ওৎলরে। তশেঙনা ঐগী ফীভমদু উবদা তোম্বীদি

ঙক্লুরবজাৎনি। অদুক শাথীনা হৌবা লাইহৌ অমুক্তা য়াওখিদ্রি। মহাক্কী সেবা অদু ঐ অঙকপা পোকই। ঐগী করি শোয়খিগদগে খন্না নীংথিনা হোৎনৈ। ঐবু থব্রায় নুংঙাইহন্নবা মহাক্না কয়াদা ব্রানা হোৎনশ্রবনো? অদুবু অপঙবা অঙাং মহাক্তি খঙলিরোই মচেগী সংসারদি উফূল তানা নীংখায়শ্রবনি। ঙসি লেপ্লিবসিদি মমিতা ঙায়রবা হকচাঙনি হায়বসে।

করম্না চৎলগে হায়গনি। ঐগী নাবসু ফরে মঙোন্দা অসুম্না সুম য়েৎশিন্দুনা লৈরগদ্রা? মহাক্নদি হায়রি, "হন্দক্তি ইচেবু চাক কৌগনি। মফম অমদা লৈরবসু লাক্তবা য়ারোই।"

"অওইব্রা? অদু ওইরবদি লাকপা তারেদনা।"

অদুবু ব্রাহৈশিংসে কয়াম চুন্নিবা ইশামক খঙজবা ঙমদে। মতমদুদা ইশামক কদায়দা লৈগদগে খঙদে।

পূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। মফমসে থাদোক্তুনা চৎশ্রগে। ঐ খঙই ঐনা চৎশ্রগা মহাক্না নীংঙমদবা ফাওহৌগনি। খূৎতা তাববা মণি অমা মশামক্না মাঙহঞ্জরে খনগনি। অরোয়বা ওইনা চিঠি অমা ইরে মহাক্কী মিংদা। তশেঙনা পম্বুং লৈতনা চৎকদৌবিবা খোঙচৎতুগীদমক্তা করিবু হায়রমগদবনো খঙদে। হায়দবদি য়াদবনিনা ইরে।

"তোম্বী ইচেদি অমুক্কসু চৎলে মফমসে থাদোক্তুনা। অহাঙবা অতিয়াদা শাখপ তোয়না পাইরিবা উচেকশিংগী পম্বুং কদায়দনো খঙব্রা? মায়কৈ খঙদনা চৎলে অমুক্কা...।"

ডায়রীগী চেনা লোইশিল্লক্লে। ইবোতোম্বী মীৎতা পিগী মতম অনীখক্তং চেম্বুরকই। ইখঙ খঙহৌদনা মচেগা থেংনরে। অদুগা অমুক নোংথাঙগুম খঙহৌদনা মাঙশ্রে। লৈহৌরিবা হায়ববু মাগী পুন্সি ব্রারী পুরিবা ডায়রী। তশেঙনা চৎলমদাইদা মহাক ডায়রী কাউরম্লে। ইবোতোম্বী ডায়রীদু মুন্না য়েংলকই। খল্লকই– অকায় অতোয় কয়াগা লোয়নরবা পুন্সি ব্রারী শীংবূল অসি লেঙদনা থম্লগে থম্মোয়নুংদা। করিগুম্বা নুমিত্তা মহাক্কী মফমদা শিন্নবা ঙন্নবদি পুন্সিগী তোন্দুনা লৈহৌরগদবা থৌদাং অমদি কোকপা ঙন্নগনি।

ইবোতোম্বী তারক্লিবা পিগী মরীক্তু তপ্না তৈথোকই। অহাঙবা অতিয়াদা

য়েংখৎলকই। মীহুৎথোঙ ফাওদোক্নুনা উবা থামস্বা অহীংগী অতিয়া মকোয়দা থবানমিচাকশিংনা কূফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লি। ইবোতোম্বীনা খল্লি— তনীক তনীক্লিবা থবানমিচাকশিং থামস্বা অহীংসিদা নখোয়না ইচেগী লম্বী তাকউকো।

## মীহুৎথোঙ

নুমিদাংৱাইরমদি কৈথেলগী শক্তমদু পূমওন ওনগনি। অয়ুক নুংথিলদা উবা শক্তমদু লোইনা মাঙত্রগনি। ঈংজ-তপচবা মওঙ-মতৌ পুম্বা ইনখৎলক্লিবী লৈশাবী মচা অমগী মতৌ লৌরক্লগনি। নুমিদাংৱাইরম ঈশিং শোকপা থোক্লকপী লৈশাবী মচাগুম মকে শেন্বা উরগনি। লম্বী সড়ক পুম্বা মথৌ চিল্লগনি। দুকান পুম্বদা মচু-মচুগী মৈঙালনা ফিজেৎ লৈতেংলগনি। তারমদাই নুমিৎকী সনা অহীংবা মচুনা য়েরকপদা মায়থোঙ পুম্বা মোমোন নোক্লা উরগনি।

অদুবু চন্দ্রজিৎকী মায়থোঙদদি মোমোন নোকপগী মমি তাবা খক থেংনবীরোই। নুমিদাংৱাইরম খুদিং কৈথেলদা থোক্লক্তুনা ঐজ্ঞা শম্মগী হোটেলগী মতাই ইথং থংনা থাবা ফালদুদা ফন্নগা চা থক্কনি। শঙ্গোম য়াওবা চা নত্তে। শূপ্লগী লুপা অনীদনা ফংবা চা অঙাঙবনি। অদুগা মমল তিংদবা অয়ুক্কী খুৎনাং চারবা খবরদু পাবা। মহাক ৱাখল চোইরবা অমদি নত্তে। অদুবু মহাক নোক্তে। পুক্সিবু ফাগীগুম খনবা মহাক পামদে। অদুনা মহাক নোংমতা ফাগী তৌদে। শূপ্লগী হোটেলদা ফম্বা, হোংলক্লিবা কৈথেলগী

শক্তমবু য়েংবা, চীনফা পুরবা খবরগী ব্রারীশিং পাবনি।

মহাক সরকারগী থবক তৌদে। লন্নাই থবকসু তৌদে। মহৈ-মশিংদি মাষ্টর পাস তৌরে। সরকারগী থবক তৌগে হায়নসু খন্দে। মহাক্কী ইমুং ইনাক খুন্দে। চাবা থকপদি ব্রাংতে। মমা, মচন্নুপী কোলেজ তম্লিবী অমা অদুগা মহাক মশামক ইমুংগী মীওইশিংনি। খরচ পূন্না মমানা পুই। মশাগী লন্নাই খরচ পূন্না মমাদগী তাল্লি। মহাক্কী মমা কৈথেলদা পোং য়োল্লি। লল্লোনবীনি। মখল শুই। ঙা য়োল্লি। এঙ্গাং নাপী য়োল্লি। অতৈ অতৈসু।

ময়াম্বদি সরকারগী থবক তৌই। মপাগী মহুৎ শিন্দুনা মপানা লৈখিদবদা থবক চঙই। লাইবক থীবা থৌদোক অমদা মপা লৈখিদে। এক্সিডেন্টনি হায় করিনি হায় মথোঙ খঙখিদে। মহাক্কী মপাদি অদুম্মক মখোয়বু থাদোক্নুনা চৎখ্রে। থবক্কী য়েংদুনা ইস্কোল তঙ্খায় অমদি য়োনখিবনি। কনাসু করিমত্তা হায়নখিদে। হৌজিক্তি ইস্কোল মচেৎতুদা য়ূম অনী শুরে।

চন্দ্রজিৎ মতোমতা মফম খঙদনা পঙশাওদা শাউজৈ। খল্লি— করিগীনো মহাক্না লাইরিক অসুক য়াম্না তম্লুরিবা? করি কান্নবগে মসিনা? হিংনবগী লম্বীসিদা মসিনা করিসু কান্নফম খঙহন্দ্রে। অদুনা হৌজিক্তি মহাক মেট্রিক ফেল অমগা করিসু খেন্নবা লৈত্রে । চেজেৎশিংদুনা মাবু হিংনবগী লম্বীসিদদি মশক খঙবীদ্রে। মতম অদুক য়াম্না মাঙহল্লুবগীদমক হৌজিক্তা মহাক নীংঙল্লক্তে। শেল য়াম্না চঙনা মহৈ-মশিং তম্লুবগী কান্নফম খঙদ্রবা মাগী পুন্সিবু মহাক্না কৈদৌঙৈদসু ফনা য়েংবা ঙমদ্রে। হৌজিক্তি মশাগী খরচ পূন্না মমাগী মফমদগী তাল্লি। মসিনা মাবু নীংবা থুংবা ঙমহন্দে। শূপ্নগী চা গ্লাস অমা থকপা নত্তনা মহাক ক্বা মতপ অমা ফাওবা লৈদুনা চাদ্রে। ফিরোলদি নাল্লি। মচু তানা শেৎ চাই। ফিরোল মোৎনা শেৎপা হৈনদে। মহাক্না খল্লি— ফি নান্দবা মীদি কনানসু ব্যবহার তৌবীদে। মশাগী ইজ্জৎকীদমক্তা মহাক ফিরোল মচু তানা শেৎনবা হোৎনৈ। বেগতা লুপা অমা ফাওবা য়াওদ্রবসু ফি ইষ্ট্রি মমিদি তেক্তনবা হোৎনৈ।

নোংমা করিগীনো মরম খঙদনা মমাগা মচন্নুপীগা শাউনদুনা লৈরম্মী। মমানা শাউনা ব্রা ঙাঙলি। মচন্নুপীনা কপ্পুনা লৈরম্মী।

“...ঙমদ্রে। ঙমদ্রে। ঐবু কদায়দগী লাকউদৌরিনো? ঐনা শাবা হৈব্রাও? নখোয়সু হৌজিক্তি চাউরেদনা। থবক শূবা ঙম্লবা ঙাক্তনি। করি করিনো খরা তৌদুনা চারা হেন্দবা ফাওবদি ঙম্লনিদনা? নখোয়না ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনজখ্রো?”

"করিনো ইমা? করি তৌরগে?"

শাউবা হন্দে। হেন্নদুম মখোয় কারমাল্লে মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা চৎপদুনদি পৃক থল্লু হায়বা য়ারিরোই। হৃজিল্লকপদা চাক পৃখম অমনা ঙাইদুনা লৈরমগনি হায়দু ঐসু ঙমদ্রে। লাইনা হেক্তা থাদরকপদি নত্তেদনা। করি তৌরগা চাক পৃখম অমা ফংগদগে হায়দো খল্লু।"

খুম্ফম খণ্ডদে। করিনুংগী হংজরুবনো হায়বদো হেক য়ৌই।

"নপাঙ্গল চাউরে। ইমানা ব্বারীবসে করিনো, করি তৌরগা মতেং খজীক্তসু ওইগদগে হায়দি খন্দে। নোং ঙাল্লসু নুমিৎ তারসু ঐদা ঙাইদুনা লৈ। চারা অনীসে পুনবা হোৎনবদা ঐদি ইপৃম থীৎলবনে।"

মমাগী অশাওবা পৃম্বদু মীৎলুগী নাপোম অনীদগী অশাবা পিগী ঈচেল ওইনা চেম্থবক্লে। শুৎ-শুৎ কপ্লদুনা মখা তাবকই, "নখোয়গীনি হায়বদা মতেং পাংবীনবা কনা লৈগে? শিকি অমা ফাওবা পুথোকপীনবা থিবা ফংখিগদ্রা? নখোয়না জ্ঞান অসুক য়াম্না তাদ্রিবসিবু করিগীনো? নখোয় নপাদুনা লৈরিঙৈ নখোয়বু অসুম্না তৌবম্লাও?"

চন্দ্রজিৎ মমাগী ব্বাশিংদু তাবা ঙমদে।

নুমিৎতু মখোয় কনা অমত্তা চাক চাখিদ্রে। মচন্নুপীসু তৃমিন্না ফমুং চঙদুনা হীপখ্রে। মমাসু ঙাঙবা মখৈ ঙাঙলম্লগা তোকখ্রে। অদুবু মহাক তৃম্বা য়াখিদে। ফমুংদা অদুম ওন্দুনা লৈখি। ব্বাখল কয়া খনখি। হিংনবগী লম্বীসিনা অসুক য়াম্না পীক্লিবা কবিগীনো হায়না কয়াবক খনখি। পাউখুম ফংদনা।

মচন্নুপীগী কোলেজ ফোর্ম ফিল-অপ মতম হেনখিগদৌবে। পৈশা অমা ফাওবা লৈতে। মসিগীনি মমাগী শাংলবা ভাষণ অমা তৌখিবদু। মহাক্না মতেং খজীক্তং পাংলুবা ঙম্বা নত্তে। মবমদি মহাক পৈশা অমা ফাওবা থোক্তে। মসিগীদমক্তা মহাক মশানা মশাবু যাম্না ব্বাবৌজবকই। পৈশা থোকপা নাতে চাবা থবক অমত্তা ফংদে। রিক্সা থৌগদ্রা নৎত্রগা হাজিরা চৎপা তারিব্রা? মাষ্টর পাস তৌববা মহাক্না বিক্সা থৌবা...। চুম্মী মাগা ক্লাস অমত্তদা লাইবিক তম্মিন্নবকপা শান্তা, মহাক্তি কুইবে রিক্সা থৌখিবা।

মহাক্না হায়খি, "ভাই চন্দ্র, ঐখোয় সুমহায়না সুম লৈবসিনা ওইবা য়াবোই।"

"কৈদৌ' তারিগে?"

"কবিনো অফংবা থবক অমা তৌবা তাবনিনে।"

"থবক... থবক্তুবু কদায়দা ফংলিগে?"

"নূং থুগাইব্রা, যুম শাব্রা, লম্বী শেন্না নংত্রগা রিক্সা থৌব্রা অমা তৌবা য়াইনা? হাজিরা চংলবদি নোংমদা লুপা ১০০ ফাওবদি ফংগনি। অদুনা মতেং খরদি ওইনগনি।"

"ঐখোয়না মাষ্টর ফাওবা লাইরিক তম্লকপদা নূং থুগাইবা নংত্রগা যুম শাবদি তম্লক্তেদনা।"

"তম্লক্লবসু নৌহৌননা তম্বা তাবনি। অনৌবা পাড়া ওইনা। কয়া কুইনবু চঙগনি হায়গে। খরা তৌরগা অদুম খুৎলোইরক্কনি।"

"ইশাগী ইজ্জৎসু খরা য়েংবা ফৈ কৈনো? মীওইবনা হিংনরিবসে ইজ্জৎতনি।"

"ইজ্জৎ য়েংবদা চারা হেনগদৌরিবনি ঐখোয়।"

"ঐখোয়দগী হেন্না তোনবা মীওই কয়া অমসু হিংলিসিদি মখোয় কনা অমত্তা চারা হেন্দুনা শিবা তারমখিরোই। যুমদা চারা হেনবা কনানসু খঙপোৎ নত্তে।"

"অদু ওইরসু ঐখোয় করিনো খরদি তৌবা তাবনিনে। খরচ ফাওবা তানবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়বু করি তৌনগদৌরিনো? লাইরিক তম্বা য়াবা তম্লে। হৌজিক্তি হিংনবগী লম্বীসিদা চঙদুনা লাক্তুংনবা অমুক হৌবা তাবনি। নখোয় ইমাদগী নঙনা খরচ তানগনি খল্লুরদি ইকায়নিংঙাইনি।"

কুইদে নুমিৎ খরনিগী মতুংদদি শান্তা রিক্সা থৌবা হৌখ্রে। কনাদগীনো অমা ব্রায়রগা নুংত্তি নুমিৎ খুদিংগী মহাক রিক্সা থৌবা চংলি। মতমদুদা মহাক্না খনখি– করিগী অসুক চোপ্পা পৈশা তাল্লুগনি। ইশাগী ইজ্জৎ সন্মান করিমত্তা য়েংদবা ইশাগী চান্নবা মহৈগী চান্নবা থবক তৌফম থোকই। মাষ্টর পাস তৌরগা রিক্সা থৌবা মহাক শুকপাম পামদে। হোয় মদুনা পৈশা খরা খরা ফংবদি য়াই। মীনা মাবু উশিংপীগদ্রা? লাইরিক হৈরবা নুপা অমদা থম্বা ইকায় খুম্নবা মঙোন্দা থম্বীগদ্রা?

ঙসিদি মহাক অমুক হন্না খল্লকই। রিক্সা থৌদুনা নংত্রগা হাজিরা চত্তুনা পৈশা খরা তানবা তারিব্রা? ঙসি মহাক তশেঙ-তশেঙনা উখ্রে মচন্নুপীগী মমীৎতা লংলবা মণিগুম্বা পিরাং মরীক মরীকশিং শীঙ্গুরকপদু? মমান্নবীশিংগী মরক্তা শোখহৌবদা নংবা ইকায়বদো মহাক্কী মচন্নুপীনা কৈদৌঙৈদা খাঙবা ঙম্লোই। অদুগীসু মথক্তা হন্দক্কী মতাঙ অসিদি মহাক্কীদি কয়াগী মরূ ওইরিবা মতম্লো? চহীগী অরোয়বা পরীক্ষানি পীগদৌরিবা।

অদুবু মহাক্লদি মচন্নুপীগী করিগুম্বা মতেং অমত্তা পাংবা ঙমখিদ্রে।

নোংমসু ময়াম্বনা হায়, "চন্দ্র নঙসু করিনো খরা য়েংশিল্লুনে। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা চৎপদুনা ওইবা য়াদৌরিব্রা?"

"য়েংবা য়াবা য়েংলবনি নাতে অমা ইচা চাদে।"

"করিনো নাতে চাদবা হায়রবো? সরকারগী থবক্তনা থবক্লো? শেল থোকপা য়াবা থবক কয়া লৈরিবশিংসে অমা য়েংবা য়াইনা।"

চন্দ্রজিৎ করিমত্তা খুমখিদে। ময়াম্বনা হেন্না কোথ-কোথ অমুক্তা মখা তারকই, "দুকান ফম্না, ফি য়োনব্রা, খোঙউপ য়োনব্রা নৎত্রগা করিনো অমদা য়াওশিন্দুনা শেল তানবা য়াই। ঐনসু নখোয়গী নতেং পাংদুনা লৈবা ঙম্বা নত্তে। নখোয় হুয়েংবাই ফাওবা অদুম্না লৈবা য়ারক্লোইনে।"

ময়াম্বগদি চন্দ্রজিৎ ব্বা কয়া ঙাঙনদে। অদুনা মহাক থোইদোক্লা য়েংলুদে। থবক তৌবসু শেল চঙবা, শেল তান্নবগীসু শেল, শেলগী শেল ঙাক্তা। পুন্সিসিনা অসুক য়াম্না শেলগী মখা পোল্লকপসিদা অঙকপা পোকই চন্দ্রজিৎ। পৈশা পায়বনা তৌবা ঙমদবা করিমত্তা লৈরমদবসিনা পুন্সিগী অশেঙবা অর্থদু মাঙহনখ্রমাল্লে হায়না মতোমতা ব্বাহং কয়া হংজরকই। হেক পোকমিন্নবা ময়াম্বসু পৈশাগী ময়ায়না নুংশিরবা মবী অদু থদক্তুনা য়াম্না লাপ্না পুথোকখিবসিদা থোইনা নুংঙাইতবা পোক্লুদ্রে। পৈশা! পৈশা! হিংনবগী পৈশা! হিংনবগীদমক পৈশা! পৈশা নঙসে ওম্বোক্লা ময়ায় কনখ্রেদকো?

২.

নুংতিগুম চন্দ্রজিৎ হোটেলদা ফম্লি। নুমিদাংব্বাইরমগী মী চিনখৎলকপা, মীনিলতনা চরাঙনহল্লবা কৈথেলগী শক্তমদু যেংলি। হৌজিক্তি মখল খুদিংগী মীয়াম্নি পুল্লরিবা কৈথেলসিদা। দুকানশিংদসু মী চিনবা হেনগৎলকই। গাড়ি মচাদগীনা পুংকক চাউবা, অদুদগী অচৌবা মখল শুই। কদোমদগীনো মপূক চোল্লবা বস অমসু লাক্তুনা কৈথেলদগী খরদং হেন্দোক্লগা খাল্লে। মীওই খরা কুমথহৌই, খরা অমসু তোংলগা চৎখি। কনানা কদায়দা চৎলিবা খঙদে। মাগী মাগী পচ্চুং অমমমদি শোয়দনা লৈরমগনি। লম্বীগী নাকন্দা ওটোরিক্সো পরেং পরেং খাল্লি। ঙাইরি কনানো খৌরাংনা। রিক্সাশিংসু পরেং পরেং খাল্লি। মমায়দা খুদে অরাংবা মতেক অমনা য়েংশিনবা মকোক্তা টুপী

অমমম উপ্লিবা ড্রাইভরশিংদু উরুরগা নীংশিংলকই মহাক্কী মরূপ শান্তা। খল্লি মহাকসু অসুম্না তৌরিদ্রা? নুংশা শারবা মতমদসু মমায়দা খূদে অমা য়েংলমগনি। মকোক্তা টুপীসু উপ্লমগনি। উরগা মহাকপু মশক খঙখিগদ্রা? খঙলোই শুকখঙ খঙলোই। খঙদনবা মহাক্না মশক লোংলবনি। অদুবু করিগীনো লোম্না থূপ্না থবক তৌরিবা? মহাকপু যৌনা য়াম্না ফবদাইনে। কনাবুনো মানা ইকায়রিবা? কিরিবা?

ঐজ্ঞা শম্মগী হোটেলগী মায়োক্লবা সড়ক ব্বাংমগী বিল্ডিং পরেংদু অনৌবা মচু তৈখিবগী ইরং লংনা ময়ামদগী তোমথিন লেপ্লিবদু চন্দ্রজিৎ য়েংই। মখা থংবা কাশিং অদুদি মখল মথাগী পোংচৈ য়োনবা দুকানশিংনি। মথক থংবা কাশিংদুনা মী লৈরমগনি। মহাক নোংমতা মদুগী মরমদদি খল্লুদে। মহাক্না খঙবা হায়ববু হোটেলগা হেক মায়োক্লবা মথক্কী কাগী মীহুৎথোঙদু থিংদুনা লৈবা হেক হেক উই। ঙসিদি কাদুগী মীহুৎথোঙদু হাংদোক্লদুনা পর্দানা নুংশিৎকী শাহুমদা তপ্লি তপ্লি হাইনা হুম্না শান্নরি। থোঙদি অদুম্মক থিংদুনা লৈ। মসিমদি চুপ্লে। শোয়দনা কাশিংদু মী লৈরমগনি।

মমাঙদা লৈরিবা অমনবা খবরদুদা অমুক মীৎয়েং তারুরে। থোইনা পানিংলুবগী ব্বা নত্তে। ঙসিগী অনীরক অহুম্লক শুরন্ননি খবরদু পাখিবা। পানিংঙাই অনৌবা করিসু য়াওদে। লম্বীদা পাখঙ মচাশিং গাড়ি তোংদুনা চৎনরিবশিং অদুদা অমুক য়েংলকই। গাড়ি মচা অমা অনীসু হোটেল নাকন্দগী পানদুকান মনাক্তা খাপ্লে। পাখঙ মচা অহুম মরিদু দুকান মনাক্লদা ফপ্লে। মখোয়গী মীৎশিংদু সড়ক ব্বাংমরোমদা হেক হেক য়েংই। নোক নোক্লনা ব্বারীসু শানৈ। ক্কা অমমমসু মচীন্দা চপ চপ শায়। থোইনা পূক্লিং চঙলুদে মখোয়গী ব্বারীদা। মখোয়গী মীৎয়েংদুবুদি নাথেরুবা ঙমখিদ্রে। মায়োক্লবা য়ূমদুদা মীৎয়েং থম্লকই।

হাংদোক্লবা মীহুৎথোঙদুদা নোংদোলগী থাজনা ঙাম্বোইরম্বদুদদি মহাক পূমঙক ঙকপ্রে। তশেঙনা শুংথা থাজরুদে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা হাংদোক্লবা মীহুৎথোঙদুদা পর্দানা মনীং তম্না মালঙগী ইপোম্নক্তা হাইনা হুম্না শান্নজরম্বনি। হৌজিক্তা খোমগৎপদা লোইহৌদ্রবা শম্নাংনা নুংশিৎকী শাহুমদা মনীং তমজরি।

নোংমতসু উখিদ্রিবা মায়থোঙদুনা মীহুৎথোঙগী য়োৎচৈদুদা ঙাথরদুনা করিনো অমা থব্বায় তানা য়েংলি। কয়াম কুইনা মায়কৈ অদোমদা য়েংদুনা লৈরুরবনো খঙদ্রে চন্দ্রজিৎ। নুপা অমগী অকনবা খোঞ্জেলদুদা অ্যান তারকই।

"খবরসে অমুক্তা য়েংজগেবা?"

"আ... য়ানি... য়ানি...," ইকায় খাঙদগী হায়রুই। নুপাদু খবর লৌখিদুনা থংনবা ফালদা ফমথগ্রে। কুইরমদে ঐজ্ঞা থোরক্তুনা চাগা চানবগা নুপাদুগী মাঙদা থম্লে।

ঐজ্ঞানা হায়রকই, "করিনো চন্দ্র তৃমদনা মঙ মঙলুরব্রা?"

ঋাদুদা চন্দ্রজিৎ ইকায়বা ফাওরকই। নাখোঙদা অমদি মায়দা ফূং-ফূং শাবা ফাওরকই। ঐজ্ঞা অমদি নুপাদু খরা নোকখিব্রা? চন্দ্রজিৎতি নোকপদু য়াওরুদে। ঐজ্ঞা মাগী ফমফমদা ফমখি।

অমুক্কসু নোক্তুনা হায়রকই, "হেল্লোইকা থেংনরুরব্রনে চন্দ্র?"

"নত্তেদা ঐজ্ঞা! আ... আ...," মতৎ-মতৎ ঋাহৈ খরদু চন্দ্রজিৎকী মচীন্দগী থোরকই।

"উম! উম! মী য়াম্না ঙাওনরবনি। চেকশিল্লুহে।"

অমুক্কসু নোকখি। করম্বা লীচিংদগীনো খঙদে মাযোক্নবা য়ূমদুগী মীহুৎথোঙ অদুদা অমুক য়েংলুই। শকখঙদবীদু মীহুৎথোঙগী চৈদু পায়রদুনা কদায়দনো যেংদুনা লৈরম্লি। চন্দ্রজিৎ খল্লি— কনা ওইরিগবা? লৈশাবী মচা ওইবম্বা য়াই। ফজৈ। ফজবা পোৎপু য়েংনীংলোইদবা কনানো? লম্বীদা চৎলিবা নহাশিংনা যেংলি লোন্না লোন্না। করিগীসু য়েংনীংলোই নীংথিবী শক্তম।

মতম পূম্বদা ফাগী তৌগনবা ঐজ্ঞানি। মশা খঙজদনা থম্মোয়নুংদা লোন্না থূপ্না হৌরক্লিবা নোংহৌ মচাদু ঐজ্ঞাগী মীৎয়েংনা উথোকখ্রব্রা? মথস্তা চিংনরকই।

থৌনা পূম্বা খোমজিল্লগা চন্দ্রজিৎনা হায়রকই, "ঐজ্ঞা কদায়দগীনি হায়বা?"

"কনাবো?"

মায়োক্লবা মীহুৎথোঙদা মাসু য়েংখৎলরুই। নোক্লদুনা ঐজ্ঞানা মখা তারকই, "ঐসু চপ চাবদি খঙদে। অথাপ্পা মফম অমদগীনে। মতৈ মনাও ওইরম্লে। মখোয় অনীদা লৈবনি। অয়ূক নুংথিলদি নুপাদু লৈতে। নুপীসিদনি কাসিদা লৈরিসে। নুপীসে য়েংলুরদি লৈশাবীদুম মাল্লি। মান্দ্রনে?"

অমুক্কা ফাক-ফাক নোকথোক্লকই ঐজ্ঞা। চন্দ্রজিৎ অশেঙবা অমদি খঙলে। মাগা নুপা অমগা লৈমিন্নে। মহাক লৈশাবীরা নৎত্রগা... চমম্বা অমদি অদুম্মক লৈরি। নৌনা লাকপনিনা মখোয়গী মরমদা কনানসু অশেঙবা খঙলম্লোই। য়ূম্নদু নত্তনা। ওইরম্বসু য়াই

নুপাদু মাগী মরী-মতা নৎত্রগা মবুং নংত্রগা মখোয়গী কনানো অমা।

নুমিদাংবাইরম খূদিং নুপীদু মীহুৎথোঙ ময়াদা অদুম ফমদুনা লৈগনি। চন্দ্রজিৎসু হোটেলগী ফালদা ফমগনি। করিগুম্বদা মখোয় অনী মীৎচান্নরুবা য়াওই। নুপীদু মোমোন নোক্লকনি। অদুবু চন্দ্রজিৎতি য়াম্না চীং-লেম্না লৈগনি। বা অমত্তদি ঙাঙনদে। হান্নদগী হেন্না মকে শেল্লদুনা নুপীদু মীহুৎথোঙ ময়াদা ফম্মী। লম্বী অচৎ-অওকশিং য়েংদুনা পোত্থাই। মহাক্না নুপীদুবু খঙবগুম নুপীদুনসু মাবু খঙবগুম তৌই। মরমদি মীৎচান্নরুবা মীকুপ্তা নুপীদুনা হেক হেক নোক্লকই। খঙন-চান্নবা অমদা তৌবগুম্না।

নুমিৎ খরনি অসিদা মশক মশা নীংথিনা খঙবা ঙম্লে। মাগী শাংলবা শম অদু থাদোক্তুনা নুংশিংতা হাইনা হুম্না শান্নহল্লি। কাদগী নোংমতদি থোক্লক্তে। অপীকপা কা মচাদুনা মাগী পূম্নমক ওইরমাল্লে। হোটেলদা ফম্না ফম্না হেক্তা য়েংনীংলকই। করিগুম্বা খরগসু হায়নীংলকই। খনবদনি থবক ওইনা পাঙথোকপদি মঙোন্দা তশেঙনা ওইথোক্তবনি। মমিং মথা খঙদে। কদায়দগীনো হায়বা ফাওবা খঙদে।

৩.

নুমিৎ কয়ানি শুরবনো খঙদ্রে কৈথেল থোক্লদবা চন্দ্রজিৎ। নুমিৎ খরনি অসিদা অচৌবা লাঞ্জাও অমসু থোকখ্রে ময়ূমদা। ইকুই-কুইদনা ইথ্মোল মচেৎ অদুদা অমুক্কসু তত্থায় তানা খাইদোক্লে তৌফম থোক্লবা মথৌনি খন্দুনা মমানসু য়ারদুনা লানফমদু তপ্না তপ্না নেমথখ্রে।

নুমিৎ খরনি অসিদা বাখল মওল-মওল খল্লি। হৌজিক করি তৌবা তারিবগে? মমান্নবা কয়ানা হাজিরা শূবা চৎনখিবা, রিক্সা থৌবা চৎনখিবা মথঙ মথঙ অমুক নীংশিংলকই। চুম্মী শান্তদা নত্তে বিশ্বরজিৎ, মনিকান্ত, ইনাওতোম্বসু নুংতিগী রিক্সা থৌবা চৎলি। ইকায়বা হায়বদু মচেৎ অমত্তা লৈখিদ্রমাল্লে মখোয়। মখোয় মশানা মশাবু মশক খঙখিদ্রব্রা? মখোয় ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকখিবা ঙাক্তনি। লাইরিক লাইশু মতীক চানা হৈরবা ঙাক্তনি। অদুগা রিক্সা থৌবা?

মহাক্কী মমান্নবা কিশ্বরজিৎকী মরমদা অমুক্কসু খল্লকই। মহাক্তি কৈথেলদা দুকান তৌখ্রে। কুইরে। দুকান্দু ফনা চাউনা তৌখ্রে। মশা য়াওদনা পোৎ য়োন্নবা মীওই অনী অমসু থম্মী। খল্লকই করিগীদমক মহাকসু অসুম্না দুকাল্লা করিনো কারবার মচা অমা

হৌবা করি কায়বগে? তন্নুবা লৌশিং ময়ামদু শীজিন্নদুনা থবক মচা অমদি মায় পাক্লা হৌবা য়াদব্রা? অদুদা লুরিবদি... লুরিবদি পৈশা... পৈশা... মসিনা খ্বাইদগী মরূ ওইরে। পৈশা য়াওদনা করি তৌবা তারিবগে?

নুমিৎ লৈথরক্লবদুদা ঐজ্ঞাগী হোটেল য়ৌরক্নে চন্দ্রজিৎ। ঐজ্ঞানা হংলকই, "কুইনা উরক্রেদা চন্দ্র, করি তৌরুরে? হকচাঙ ওন্নুদ্রব্রা?"

"হোয়, ঐজ্ঞা হকচাঙ ওন্নুদ্রে।"

"চাদি অঙাঙবনিনে...।"

ঐজ্ঞানা মনূংদা চা অঙাঙবা অমা পুবক্লবা হাযখি।

হান্নগুম মায়োক্লবা য়ুমগী মীহুৎথোঙদা মীৎযেং থন্নকই। মোমোন নোক্লা য়েংলিবোই নীংই। মুশিন মুববা মাগী মমীৎ অনীদুগা মীৎচান্নবিবোই খল্লকই। নুংশিৎকী ইপোম্নক্তা য়ান্নবা শন্নাংশিংদু হাইনা হুম্না শান্নবিবোই খল্লকই। অদুবু কদায, মীহুৎথোঙ অদু ঙসিদি ইহাঙ হাঙই। শূপ্নগী হাংদোক্লবা মীহুৎথোঙদা পর্দাদুমত্তং মনীং তম্না হাই হুন্নি।

কনানো অঙাং অমা থোবক্তুনা টেবলদা চা মচু ফজববা অমা থল্লে। মবম ইবৈ লৈতনা ঙসাই অয়ূক্কী খববদু কোইফাক ফাক্তুনা শান্নকই। ঐজ্ঞানা হায়বকই, "নহানমখৈদি অহাঙবা ফালসি য়েংবদা ঙক্নি নাবা মী য়াওববনি।"

"করিবু...?"

ঐজ্ঞাগী ৱাহৈদুদা খংপ্রেক খংবগুম তৌখি চন্দ্রজিৎ। ঐজ্ঞানা নোক্লগা হায়রকই, "ঐখোয়দি কয়া নুংঙাইখিদ্রে। নুংতি নুমিৎ খূদিংগী ঐগী হোটেলসি য়েংদুনা লৈখ্রবনিনে।"

"চুম্না সুম য়েংজবা ওইরিনিদা ঐজ্ঞা।"

"কদায়দগীনোনে ঐখোয়সু পাখঙ ওইবক্লিনি। লৈশাবীগী মীৎয়েং কৈদৌনা খঙলোইদগে? মাগী মীৎয়েংদু মবোল লোল্লিনে। মাগী মায়থোঙদা তাখিবা মমিদু ঐসু খঙহৌইনে।"

"ঐজ্ঞা লৈশাবীনে হায়বা...," চন্দ্রজিৎনা ৱাহং অমা হংই।

"ওইরমগনি কৈনো? নহা ওইরি, মশক ফজে। কদায়দগী মাগা লৈমিন্নবা

নুপাদুদি চহী ফনা লৈশিল্লবনিনে। লম্বা চান্নদেব্রানি। মাগী অহল লমনশিং ওইরমগনি।"

"ঐঙ্গা মীগী পৃক্লিংগী ৱাবু কনানা খঙলুদগে? নহা কয়া অমা অহলশিংদা ময়ূম পাল্লি। নহাশিংসু চহী লৈশিল্লবশিং অদুম লৌনৈ।"

"খঙব্রেদা চন্দ্র নঙ ঐঙ্গাগী লাইবকসিবু করমদৌরিনো? লৈরঙ মনাক্তা সুম লেল্লু তমথ্রবোইদা।"

মশাগী ফাগীদা থৱায় তানা নোকই ঐঙ্গা।

মহাও খঙদনা চা গ্লাসতুমা লোইশিনখ্রে। মাগী মীৎয়েংদু ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। মীহুৎথোঙগী পর্দাদুদি মনীং তল্লি। খল্লকই-- মাবু করম তৌখ্রবনো? মশা ঙমদ্রবজাৎলা? পাউ অমা তানীংলকই। হুংফমদি লৈতে। মশক্তনি খঙবা মমিং খঙদে। নোংমতসু কৌনা ঙাঙনরুদে। কনাদা হংলুনি? করম্লসু হংলুগনি? মাগা করি মরী লৈনবগে? হংফম থোক্লিব্রা? মীনা করি খনখিনি। পৃক্লিংদদি লাঙতক্লবা হেনগৎলকই।

নুমিদাংৱাইরমগী মী কৃংলবা লম্বীদু লাম্থোক্তুনা অঙাং অমা তফিং তফিং লাক্লিবদু চন্দ্রজিৎ মশক খঙবদা থোইনা লুনা থোক্লমদে। মহাক্কী মনাক্তা তোয়না উবা প্রদিপকী মচানুপী অপীকপদুনি। তফিং তফিং অঙাংদু ঐঙ্গাগী হোটেল তম্না লাক্লি। শোয়ররোই করিনো পাউখোন অমগী লাকপা ওইরমগনি। মানা চানবা লৌবা নৎত্রগা অতোপ্পা মরম অমগী। অঙাংদু চঙলক্লুনা ফৃরিংখাওদগী চে অমা লৌথোক্লকই।

"সে সি লৌশিল্লু।"

ইঙক ঙকই। করিগীনো খঙদে। মরম ইখঙ খঙদনা চে মচেৎ অমা হেক্তা পীশিল্লকপদুদা মঙলাক্লবগুমখ্রে।

"করিনো, করিগীনো?"

ৱা ঙাঙদে অঙাংদু। ইঙ্গিৎ তৌরকই মায়োক্লবা য়ুমগী মীহুৎথোঙদা। ইহাঙ হাঙলবা মীহুৎথোঙদা লৈরম্মী শক্তমদু নোকমি নোকমি।

অঙাংদুনা হায়রকই, "মতাই থংবদা ফম্বা নুপাদুদা পীরুচো হায়রকই।"

চে মচেৎতু পীরম্লগা অমুক হন্না চেনখ্রে অঙাংদুদি। চেজেৎতুনা মাগী খৃত্তা। ঐঙ্গানা নোকফেৎ তৌরকই। ৱাদি অমত্তা ঙালকখিদ্রে। ঙাইহাক্তং মশক উৎলম্লগা অমুক চূপ লূপখ্রে শক্তমদো। ইহাঙ হাঙহৌরে মীহুৎথোঙদো।

চে মচেৎতুদা ইরিবদু ৱাহৈপরেং খরখক্তনি। য়াম্না তেন্না। মমিং লৈফম করিমত্তা

ইরক্তে। মরোলদি।

"হকচাঙ ঙন্নুদ্রমাল্লে কুইনা উরুদ্রে। ঙসি উবসিদা হেক্তা ইরবনি। হয়েং পূং অনীদা হোটেল পেরাডাইসতা অমুক্তা লাকপীয়ু। অরুবা ৱাফম অমা হায়জগদবনি।"

চিঠিগী মরোলদুনা অমুক্কা হেন্না ঙকহল্লে। শকখঙদবী নুপী অমনা অসুম্না তৌরক্কনি হায়বসি থাজবগী ৱাংমদনি। লল্লানবা নুপা অমগী মফমদা করম্বা অরুবা ৱাফম অমা হায়দৌরিবা? হৌনরিব্রা মসিবু? চৎলুফম থোক্লিব্রা? চৎলুদ্রগনা কবি খনখিগনি। নোকফেৎ তৌনা মীহুৎথোঙ ময়াদা লেপখিবা মাগী মায়থোঙদু মীৎমাঙদা উরকই। অদুগা অমুকসু ৱাহৈদ্রু– হোটেল পেৱাডাইস... হোটেল পেৱাডাইস...।

৪.

হোটেল পেরাডাইসনি। মোমোন নোক্লদুনা মহাক্না ঙাইদুনা লৈবম্মী।

"ঐদি লাক্লরোইদবোই খল্লুরবনি।"

"খরা থেঙশ্রব্রা?"

"থেঙদেদা, লেঙশিনসি।"

অচীকপা কা অমদা মখোয় অনী ফম্মী। নুপামচা অমা চঙলক্লুনা মখোয়গী চান-থক্লবা হংলে। নুপীদুনা করি করিনো খবা হায়খি।

"ঐ কনানো খঙবীখিবল্লোই," নুপীদুনা হায়বকই।

চন্দ্রজিৎনা খল্লি– নহাক কনানো হায়বদি লায়বদনা মিং ফাওবা খঙদ্রি। অদুবু চীনবানথোক্লদি ঙাঙদে। খঙনীংলিবদি করিগীনো মহাকপু মফমসিদা কৌরিবসে হাযবসিনি।

"ঐগী মিং পদ্মা কৌই। ঐ লক্ষীপুরদগীনি।"

অসুক লাপ্না মফমসিদা করিগী? নঙগী অহল-লমন অমত্তা লৈত্রব্রা? নঙগা লৈমিন্নবা নুপাদুনা কনানো?

"ঐগী বাবাদুদি ঐনা খঙলকপদা লৈখিদ্রে। ইমানা ঐবু য়োক্লকপনি। ঐখোয় অদুক য়াম্না লায়রবা ইমুং নত্তে। চাবা থকপা ৱাত্তে। ঐখোয়গী নক্লবা মবী মতা অমত্তা লৈতে।"

হোটেলগী নুপামচাদু চঙলক্লুনা চান-থক্লবা পুশিল্লকই। ঙাইহাক মাগী ৱারী

লেপ্পী। কোফীদু কপ অমা চন্দ্রজিৎতা পীরকই। চন্দ্রজিৎ নোংমতসু কোফী থক্তে। ঙসিদি মহাক কোফী থকই। অচীকপদু থুগাইরদুনা হায়রকই, "অহানবা অদোম্মু উবদা য়াম্না ফরমগদবা মাল্লি, চুমদ্রবরনে?"

থাগৎলগা হরাওদবা কনা লৈবগে? পুক্লিংদা নোক্লবসু মায়থোঙদদি মপোপ ইকায় কায়দে। ৱারীদু কোইথোকখিদৌরে হায়বসি খঙলদুনা হংজিল্লকই, "অদোম্না হায়নীংবদু করিনো? হেক্তা হায়য়ু।"

"ঙসি ঐনা হায়জগদৌরিবসি অদোম্মু থাজবদগীনি। মপাম্মোংগী শক্তমদদি ঐসে লাইবক ফবী হায়দুনি। তশেঙবদি মপোকঙৈগী থীরক্লবা ঐগী লাইবক্লি। ঙসিসু অথীবা লাইবকসিগা লোয়ননা মোমোন নোকপা মায়থোঙগী মরুমদা লোত্তুনা হিংলি। তশেঙবদি পুন্সিসে অসুম্না হিংবা ঐ সুকপাম পামদে। হিংবগী অর্থ করিমত্তা থোক্তে।"

মরী মখোঙ ইশম শম্মদ্রবা নুপীদুগী ৱারীদুদা ঙক্লা য়েংলকই। লম্লানবা অমদা অসুক য়াম্না থাজবা থমদুনা লীরিবা মাগী ৱারীসিগীদমক্তসু ঙক্তবা ঙমদে।

"ঐগী ইমাদু মরাইথুং ফত্তবনা সংসারসিদা কুইনা হিংগু তম্লমদ্রমাল্লে। চহী অমগী মমাঙদনি ইমানা লৈখিদবদু। অদুগী মমাঙদা মানা ঐগীদমক্তা কয়াগী মতীক ৱাবীগ্রবা? ঐগীদমক খনবদা ইমাদো পুন্সি তেনখিবনি। ইনখৎলক্লিবী মচানুপীবু ঙাকপী-শেনবীনবা কনামত্তা য়াওদনা মদোম হুন্দোক্লমগদৌরে খনবদা মানা কয়াগী মতীক ৱাখিবা। মতমদুদনি কদায়দগীনো অরাপ্পা মরী থোক্লবা ঐগী মাম্মগা থেংনখিবদু।"

"হায়রিবসিবু মরী মতা নত্তব্রা?"

"ঐনা হান্না হায়জগ্রবদুনি, ঐখোয় নক্লবা মরী মতা কনা অমত্তা লৈতে। ঐগী মাম্মদুনা ইমাগী পুক্লিং নুংঙাইহন্নবা কন্না হোৎনখি। ঐগীদমক মহাক লৈরি খন্দুনা ইমাদু মোমোন নোকচখি। অদুবু ইমাদি খঙখিদ্রে মাগী নুংশিরবী মচানুপীবু মহাক্লা মোংফমগী থোঙজীন্দা থিনজিনবীরম্বনি হায়বসি। ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদদি লীচৎ হোংলকখি। লন-থুম পুম্নমক য়োম্মোক্তুনা ঐখোয় মণিপুরদা চৎনবা শেম শারম্মী।"

"করিগী আদা সুম লৈবা য়াদব্রা?"

"আদা কদায়দগী লৈবা য়ারদগে? লৈকায়গী মীশিংনা তাল্লে। মাম্মগী নুপী, মচা লৈ। ঐখোয় অমুক লৈথবা য়াদ্রে।"

"করি তৌরবা?"

"মাদি ঐগী মাম্মা নত্তে। মাদি ঐগী নুপানি।"

ৱাদু তাবদা চন্দ্রজিৎ খংপ্রেক খংই।

"নুংঙাইত্রা য়েংউ। শম্বলনা ওনশিন্দুনা হৱাই মতোন চাবা কৈদৌঙৈদা থেংনখ্রব্রা? নোংমা লাইবক থীবা নুমিত্তু থুংলখি। অচেঙবা তাঞ্জাতবু ঙাইরম্বোই। মিনুংশি ঈরীক খীকপীরম্বা মহাক্তু শা ওল্লকখি। শাহীং চাবা কৈগী মখূৎতগী শজীনা করম্না নাম্থোক্তুনা চেল্লুগনি। ঐগী হায়বা অমা অমুক খাক্তবমখে পুম্নমক মাঙহনবীখি। ঐ মাগী মরমদা করিমত্তা খঙখিদে। য়াম্না থাজনা ইমানা ঐবু মাগী মখূত্তা শিন্নবীরম্মী। মীকপ থোরকপা মীকূপ্তদি মহাক্তি ময়ুম-মকৈ পাল্লম্লে, মচা লৈরম্লে। ঐনা করম্না মখোয়গী য়ুমদা চৎলগা লৈরুগনি। পাউসি নিনফুং-নিনফুং খঙনরক্তুনা লৈকায়না তাল্লে। অদুবু ঐ মাবু লম্মখাঙদা থাদোক্তুনা থম্লম্বদি পামখিদে। মাগী মথক্তা লমন শিংবা পামখি। অদুনা ঐগী লৈজবা লন-থুম পূম্বা খোমজিন্দুনা ইম্ফালদা লাক্লিবনি।"

অরোন-অথূপ অমত্তা চীখদনা লীথোকপা ওল্লিবা মাগী করম্বা পাউখোংনো। হঞ্জিন-হঞ্জিন খল্লকই চন্দ্রজিৎ।

"ঐ ইশা নহানি। ঐগী মতম য়াম্না লৈরি। শোয়খ্রবা খোঙথাংদু চুমথোকচনবা মতম য়াম্না লৈরি।"

"হৌজিক্তি নঙগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌরো। হৌখ্রবশিং কাউথোক্লো।"

"করম্না কাউথোকপা ঙমগনি...। ঐখোয়না সিদা লৈরিবসিসু মীরোৎ ওইননি। নোংমা খঙলকপা নুমিত্তুদদি ঐগী পুন্সি করি ওইগদগে খঙবীরব্রা? মাগী নুপীনা মহাক্কী নুপাবু শোয়দনা ফংনবা থিরক্কনি। মতমদুদা ঐদি তৌঙম্বী অফাওবী শোয়দনা তাগনি। মাগী মচাশিংনা ঐবু লেম্না থাগনি নীংদে। হনুবা মখোয়গী মপাবু ঐনা ফাজিন্দুনা থম্মী হায়দুনা ঐগী ইথক্তা লমন খুমগে শোয়দনা হায়রক্কনি।"

"হৌজিক নহাক্না পাল্লিবসি করিনো?"

"অদুনি ঐনা হায়গদৌরিবসে?" মোমোন নোক্লদুনা মখা তারকই।

"ঐ মহাক্কা লম্বা চান্নদে। হনুবা মাগীদমক্তা পুন্সিসে অসুম্না মমল য়াওদনা লোইশিনখিবদু ঐ সুকপাম পামদে। ঐগী শক ফজে। ঐবু পামজবা কয়া কয়া লৈ। হায়য়ুনে নঙসু ঐবু উবদা ঙাওখিবা নংত্রা?"

চন্দ্রজিৎ ইণ্ডক ঙক্লা মঙোন্দা য়েংখৎলকই। মসিগী নুপীসি খরদি ঙম্নজাৎনি খল্লি। অদুবু থৌশাদনা হায়রকই, "অদুবু ফনা হায়দুনসু ঐগী পুল্লিসে পূকচেল খঙদবা লল্লানবা কনাদসু শিন্নথোক্রোই।"

"ঐদি নফমদা লল্লানবা নত্তব্রা?"

"নত্তে। নঙবু উবদা ঐনা অদুম খঙলবনি নঙগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈ হায়বা। কৈদৌনুংদা নঙনা কনাদসু নমথাক তৌরুবা ঙল্লোই।" হায়নীংবা অমত্তা পন্দনা মোমোন নোক্লদুনা মখা তারকই, "নঙবু উখিবদগী নঙগী মরমদা ঐনা খঙনবা কন্না হোৎনখি। খঙবসু ফনা য়াম্না খঙলে। নঙ চা নত্তনা করিমত্তা থক্তে। ক্কা ফাওবা চাদে। মসিমসু খঙই নহাক থবক তৌদে, শেল থোক্তে। চুমদব্রনে?"

"নহাক্লা পাম্বদু করিনো হায়য়ু? ঐনা নঙগী করি তৌবা ঙমগনি?"

"নঙ ঐবু কদায়দনো অমা পুবীবা ঙমগদ্রা?"

"করি হায়বা?" তশেঙনা ঙকই।

মাদি ইতপ তপ্পা হায়রকই, "ঐ ইশুং-ইমান্নবগা লোয়ননা য়ূম পানবা পাম্মী। নরকসিদগী ঐ নাম্থোকচবা পাম্মী। নহাক্লা ঐবু নরকসিদগী চিংখৎপীবা ঙল্লোইদ্রা?"

ব্রাফমদু য়ৌরকপদদি চন্দ্রজিৎ ব্রা অমত্তা ঙাঙবা থোকখিদ্রে। থাজবা পূম্বা থমদুনা ব্রারী পূম্বা মাগী মফমদা তল্লে। অরোয়বদা মাগী শরুকখক্তা ঙায়রবসিদা মহাক নীংহন্নবগুম্লে। তপ্পা থৌনা পূম্বা খোমজীল্লগা হায়রকই, "নঙনা ঐগী মরমদা অদুক য়াম্না খঙলে। ঐগী করি লৈবগে? নঙবু করম্না মতেং পাংবা ঙমগনি?"

"নঙগী করিসু লৈতসনু। নঙগী থম্মোয়, নঙগী পূকচেল শেংবা নতৌদুনা ঐবু মতেং শোয়দনা পাংবীবা ঙমগনি। নঙোন্দা ঐনা থাজবা পূম্বা থমদুনা অথূপ্পা ব্রারী পূম্বা লীবা ঙল্লিবসিদা নঙনা অদুক শোম্থরিবা করিগীনো? নুপাদি থৌনা লৈগদবনি, অশোনবদা খুদোংচাবা লৌবা পূকচেলদি তূক্কচৈ।"

চন্দ্রজিৎ করিমত্তা হায়বা ঙমখিদ্রে। অদুক লুবা ব্রাফম অমা ওইরক্কনি হায়বা মহাক সুকথা থাজখিদে। মাগী মতৌদুদা পদ্মা ব্রারৌরক্কুনা তৌফম খঙলক্তে। শাউনা হাইরং হাইরং খোঙ থাঙলদুনা চৎখিবদু চন্দ্রজিৎ হোটেলদগী য়েংদুনা লৈহৌই।

৫.

হৌখিবা নুমিৎ খরনিদু ব্রাফমদুনা মাবু তূম্বা চাবা মফম খঙহন্দ্রে। ব্রাফমদু হঞ্জিন

হঞ্জিন খন্দুনা লৈরে। ইকায় ইকি পূম্বা থাদোক্তুনা থম্মোয় শেংনা মাগী মফমদা মতেং পাংবীয়ু হায়দুনা হায়জরবদু মহাক্না করিসু হায়বা ঙমখিদে। থৌজালগী খূৎ অদু তিংথোকপা ঙমখিদে। করিগীনো মাগী মফমদা মিনুংশিগী ব্রা অমা ফাওবা হায়বা ঙমখিদ্রিবা? য়াম্না আশা চাউনা মাগী মফমদা লাকখি। মহাক্নদি করি পীখি, 'নীংবা কায়বা।' হামচংনরবা পুক্নিদুগী আশা মচা অমত্তুংময়োল চোংজরকপদু মহাক্না উবীখিদে। মসিবু চুপ্লিবা খোঙথাংলা? মাগী মতেং পাংবদা করি কায়বগে? লৈখা তারক্লিবা মাগী পুক্নিবু ঙাকপী শেনবীবা য়াদব্রা? ফল তাদ্রবা ব্রাফমদুনা মাবু হঞ্জিন হঞ্জিন ওত্তুনা লৈরে।

অয়ূক্তু ঐজ্জাগী হোটেল য়ৌখিবদদি সড়ক্তু মী য়াম্না পূন্দুনা লৈরম্মী। পুলিস গাড়ি অনী অমসু খাম্লি। মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা লৈরিবদু কবি তৌরিবনো খঙদে। ঙাইহাক চরাঙনরম্লগা পুলিস গাড়িদু থৌরদুনা চৎখ্রে। তিল্লম্বা মীয়ামসু অমমম অনীনী কায়নখ্রে। ঐজ্জাগী মনাক চঙলগা হংই, "ঐজ্জা কৈদৌবা য়াওবগে?"

"পদ্মাগী নুপাদু ঙরাং নুমিদাং থৌরী য়াল্লম্লে হায়যে। নুপীমচাদু কপ্পনা-কপ্পনা য়েংহৈখিদ্রবা মতৌনি।"

পদ্মাগী নুপানা থৌরী য়ানবা, পদ্মানা কপ্পা। জ্ঞান তাদে চন্দ্রজিৎ।

অমুক্তসু হংই, "ঐজ্জা মখোয়বু খৎন-চৈনবগাদি...?"

"তাদেনে ঙরাং নুমিদাংব্রাইরমদি মাগী নুপাদু খরা ঙন্না হল্লকই। অদুম হরাও হরাও উই। ঙসি নোংঙাল্লকপসিদনি ময়াম্না খঙনরক্লিবা।"

"পদ্মাদি কদায় চৎখ্রে?"

"পুলিসকী গাড়িদা পুখ্রেদনা। নুপীমচাদু মরায়বক থীখ্রে।"

ঐজ্জানা থব্রায় নুংঙাইতনা শোনখি। চন্দ্রজিৎ অমুক্কা হেন্না জ্ঞান তারক্তে। মহাক কৈদৌগদগে খঙদে। পুলিসতা চৎলুগদ্রা? করি হায়গনি? মহাক্কা করি মরী লৈনবগে? করি খুমগনি?

পদ্মাগী নুপা... পদ্মানা কপ্পা... তশেঙনা পদ্মাবু কপ্পমগদ্রা থম্মোয় শোক্না নৎত্রগা মহাকপু নোক্লম্লোইদ্রা? হান্নগুম মীহুৎথোঙদা য়েংখৎলকই। ঙসিদি মীহুৎথোঙদু থিংজিল্লম্লে।

## অরোয়বা উনবা

অয়ূক অঙনবনি। য়াক্লবা মঙালগা লোয়ননা নুমিৎনা মালেমদা মূনা-মূনা য়েংলকই।

ঙরাং অহীংদি নোং ফূদিৎ ফূবা মখৈ চুখি। অহীং অদু অমম্বা অমগী চাউরবা মপৈগুম লেপ্লি। নোংথাঙনা মরক মরক্তা শাউদুনা ঙংলকপদদি মালেমসে থক থক নীক্লা খাঙখি। নুমিদাংগী পূং কয়া তারিদনো খঙদে। য়ূম পরেং অদু অশিবগুম য়াতারি। কা অমখক্তি ট্যুব লাইটকী মঙালনা অমম্বা মরক্তুদা নাইতোম তানা লেপ্লি। মঙালদু খরা খরা পর্দা ফাওদোরক্তুনা ভেরেন্দাদসু তারি।

শাফূ কল্লবা নোংলীকশিংনা টিনদা য়ৈবগী মখোল নত্তনা করিমত্তা তাবা ফংদে। মপান্দদি অঙকপা মখলগী প্রলয় অমা লাক্কদবসি মঙায়। ঙাইহাক্তসু লেপ্লা লৈতে নোং অমসুং নোংথাঙগী লান। অমুক্কসু মতেং পাংলরি অকনবা নুংশিংনা। ব্বানা খাঙলি উ-ব্বাশিং ফ্রে-ফ্রে হাইদুনা।

অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল মবক্তুদা কনানো অমা নাশোন পীক্লা লাকপগী খোঙথাং মখোল অদু প্রভাগী নাকোংদা ফাওদোক্তুনদি চৎখিদ্রে। শ্বাং ফাওবা ফৈজূপ শূপ্লগা কাংথোলদা ঙাথদুনা কবিনো লাইবিক অমা য়েংলম্বনি। খোঙথাং মখোলদুনা মীৎ-না খংশিং শিংহল্লকই। খল্লকই– খোঞ্জেলদুবু থোঙলোমদা লাকখিবা নত্তব্রা?

থংনবা মীকুপ্তা লৈপ্লে থোঙদা। ভেবেন্দা পূম্বা মৈ থানগত্তুনা পূম্লং লংহল্লি। থোঙনাওগী পর্দা হাইদোক্তুনা য়েংবদা ভেবেন্দাদা কনানো অমা তুদুনা লৈবদু প্রভা উই। নুপাদু মশা পূম্বা পূমচোৎ চোৎলি। লৈমাযদা মশাদু উপশিন্দুনা লৈ। কবিমত্তা লেঙদে। নোংদি লেপ্তুনা চুবি।

নক্লা মনাক্তা লেপ্লী। হেক পাযগদবদি হঙ্গোইবা পোকই। অকিবদি পোক্তে। নাতোন মপাদা খূৎ থমদুনা য়েংই। নুংশাম্বব নীংথিনা হোল্লি। লাইবক্তগী ঈ চেম্থবক্লি। লোযননা যুগী মনমসু ফাওবকই।

অশোকপদু নীংথিনা য়েংই। যাম্না শাথীনা শোকপা নত্তে। কদাযদনো থেংলুবগী খবদং তৎপনি। প্রভা হীদাক লৌকদুনা দ্রেসিং তৌবা হৌই। নুপাদু জ্ঞান খবা খবা লাক্তুনা মশা লেংলকই। ঙকশং ঙাঙবা মীৎ অনীদু লাওনা পাঙথোক্তুনা প্রভাদা যেংলকই। ব্রাদি ঙাঙদে। হৌগৎকে হোৎনৈ অদুবু ঙমদে। লৈমাযদা তুশিল্লি।

"লেঙদনা লৈয়ুসে। অশোকপসি অমুক্তা পুনখিগে।"

অমুক্তা নুপাদুগী মীৎযেংদু প্রভাদা যেংলকই।

"মীওইবসি... ঐ শেংনা কি।"

মাগী মমীৎ অনীদু মৈবূলগুম ঙকশঙ ঙাঙনা চাক্লি।

প্রভানা তপ্না হংলকই, "কৈদৌবগে...? কোকসিনা কদায়দা যৈশিল্লুবিনো?"

"কাযসনু, কায়বসনু, কৈদৌদগে? খল্লুনু হায়বা সুকয়া যাদে। কোকসে অফবা অমত্তসু খনবা ঙমদে।"

মাগী ব্রাদু থোইনা তানিংলুদে প্রভা।

"সে লাকও, নঙগী কা ফাওবা শমগে।"

মশা মতোমতা লেপচবা ঙমদ্রবদু প্রভানা চৈঙাক ওইদুনা লেপহল্লি। অদুবু ফীভম চানা লেপ্পা ঙমদে। ফক্লাংদা ঙাশিন্দুনা ফম্মী।

"তিংথোবক্তন নঙগী থৌজালগী খৎ। ঐ কি নঙগী মোমোন মীনোক। কবিগী

লোত্তুনা থল্লিবনো থোৎলবা লৈনারক্তা ময়াক কল্লবা হূ। পীয়ু ঐঙোন্দা ময়াক কল্লবা হূদু। চিংনদে ঐ, মদুনা ঐবু মাঙহনবা ঙমগনি খনব্রা? মদু অরানবা নঙগী ব্রাখলনি। কয়াদা হৈনা লোৎলিবনো তনৌবা খূৎথেক্লক্তা তমথীবা শক্তমদু?"

"করিগী অদুক য়াম্না থকচীল্লুরিনো? হৌগৎপা ঙমগদ্রা?"

চঙশিন্দুনা অমুক হৌগৎহনবদা মতেং পাংই।

"তৌশিন্নবা ঐ তশেঙনা পামদবনি। মসি নঙনা খঙফম থোকপনি। নঙনা ঐবু অদুম্না য়েংবা মীৎয়েংদু ঐ য়াদে।"

ব্রাহৈদু লোইফাৎত্রি। ওক ওক হায়দুনা অনীরক্তনি তাখিবা। অদুবু ফনা য়াম্না হন্দোকই। প্রভা জ্ঞান তাদনা অদুম য়েংদুনা লৈ।

অহীংদু নোংদি লেপ্পা লৈতনা অদুম চুই।

অয়ূক্কী পূং ৭ তাবগী কাংশি খীংলকই। ঙসি অয়ূক্তি নোং চুদে। অহাঙবা অতিয়াদা নোংগী মমি অমত্তা লৈতে। লশিং মফোলগুম অঙৌবা লৈচীল খরা নুংশিৎকী মায়ওন তুংইন্না তপ্পা তপ্পা পাইরি।

"গুড মোর্নিং।"

থোঙদা প্রভা চঙলকই। করিমত্তা খঙহল্লক্তনা প্রভানা অদুম্না চঙলকপদা উমেশ ঙকই।

"হৌজিক ফাওবা হৌগৎপিদ্রি? ঙরাংদি য়াম্না থেঙনা তূমখ্রে অদুনা ওইরিনি।"

মহাক্না পুরকপা শঙ্গোমদু ফমুং নাকন্দা থাবা টেবল মথক্তা থম্মী।

"শঙ্গোমসি থকউ।"

ইকোই কোইদনা চঙশিন্দুনা চৌক্রিদা ফম্মী। উমেশ হায়ফম খঙদে। ঙরাং নুমিদাংগী থৌদোকশিংদু নীংশিংলুবদা ইকায়বনসু মায়দু ইঙাঙ ঙাঙশিল্লকই। মহাক্কী য়াম্না ফজখিদ্রবা লমচৎ-শাজৎ অদুদা প্রভানা করি খল্লমগনি। নোংমতসু অসিগুম্বা লমচৎ-শাজৎ অমত্তা প্রভাগী মমাঙদা উৎখিদ্রি। ঙরাং নুমিদাংদি য়ু থকচিল্লগা করিনো খঙদনা পঙাঙদা ঙাঙখ্রে। নিশাগী ময়ায়না নুমিদাংদুদি করিসু খঙখিদে। ঙসিদি পূম্নমক্তুনা মায় ফাওবা থাঙ্গৎপা ঙমদ্রে।

প্রভানা হংলকই, "কোক ঙাওবকাদি তৌদেদনা?"

উমেশ ইখঙ খঙনা খুন্নকই, "উম করিসু তৌদে।"
"হান্না য়ু থকপীব্রা?"
খুম্ফম খঙদে। তপ্না হায়, "উম, য়াম্না তোয়নদি নত্তে।"
"য়ু থকপা..."
"অফবা নত্তে ঐ খঙই।"
"করিগীনো ফত্তে খঙনা খঙনা।"
"নহাক স্কুল চৎকদবা ওইরিনি।"
প্রভানা নোক্লগা খুন্নকই, "ঐদি নহাক্ল অসুম্না তৌরমগনি সুকথা থাজদে।"
"মপাম্বোংগী ঐগী শক্তম, ঐগী অশেঙবা শক্তম নত্তে। ঐ কয়া ফবা মী নত্তে।"
"ঐ মদুসু থাজদে।"
"করিগী...,"
প্রভানা ইতপ তপ্না খুম্মী, "নহাক্লা য়ু থক্লিবা করিগীনো? ঐ খঙনীংই।"
উমেশ খুমদে। কনা অমত্তা ৱা মখা তান্নদে।

কাসিদা লৈরবা নুমিৎ খরনিগী মতুংদনি মখোয় অনী ৱারী খরা খরা শানবা হৌরকখিবা। অয়ুক নুংথিলগী মতমদি থবক চৎপনিনা থোইনা ৱারী শানদে। নুমিদাং চাক তোক্লকপা মতুং পোখাবা ওইনা ভেরেন্দাদা থাবা চৌক্রিদা ফমদুনা ৱারী হেক হেক শানৈ।

নুমিদাং করিগুম্বদা উমেশনা মাগী পুন্সিদা থেংনরকখিবা অকি-তুজুংবনা থল্লবা ৱারী লীদুনা প্রভাদা তাহল্লি। করিগুম্বদসু মাগী নুংশিবা মরূপশিংগী মরমদসু ৱারী তৌই। তোয়না হেক হেক পল্লিবদি মতম কুইনা উনখিদ্রবা মরূপ্তুগী ৱানি।

"... মহাক্তি লাইরিক ফৈ। ঐদি কয়া ফরকপা নত্তে। কোলেজগী মতমদদি ঐখোয় অনী পূনখিদ্রে। ঐনা বেঙ্গলোরদা, মানা ইম্ফালদা। পুন্সিসে অসুম্না তৌনবা মাল্লে। নক্লরম্বা কয়া তপ্না তপ্না লাপথোক্লখিবা। শকখঙদবা কয়া অমুক পুন্সিসিদা তিনশিল্লবা...।

"... মতম খরা ঐ মাষ্টর লোইরগা মপান্দা অদুম লৈখি। মতমদুদদি মাগা পাউ ফাওনবা অৱাবা ওইখি। মাগী মরমদা থোইনা খঙবা ঙমখিদ্রে। থোক্লকপগা মাগী

মনাক্তা চৎপনি অদুবু ঐনা মাবু তানবদি অদুম ফংখিদ্রে।”

“চিঠিকা অমত্তা ইরকখিদব্রা?”

“মানা ঐবু ৱারৌখিব্রা? নৎত্রগা ঐগী করম্বা অশোক্নবনো ঐ খঙবা ঙমদে। মানা ঐঙোন্দা ৱা অমা ফাওবা হায়রকখিদে। ...নহাক্তি খঙলোই। মাগী তোপ-তোপ্পা অমা লৈ। নীংখিবা থবক হোৎদবনি। হোৎনবা য়াম্না কনবনি। ...মাগী অনীংবা অমা লৈবা মাল্লি। ঐঙোন্দগী নাথৈদুনা চৎলিবসি মাগী নীংবা থুংনবা ওইরম্বসু য়াই।”

ৱারী লীবসিনা মাগী অপেনবা হায়বদু ওইদুনতা লাকখি। অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক মচা কয়াসু নীংশিংদুনা লীখি।

“ফাইরেন লমতাগী অঙাওবা নুংশিং মরক্তা, লোকপা লোইশ্লবা অহাঙবা লৌবূক্তা চেন-চোংদুনা শান্নখি। অহাঙবা অতিয়াদা তেলক্কা পাইবী শান্নখি। কংশিল্লকুবা খোংবাল কয়াদা ইশীক্তুনা ঙা ফাবী শান্নখি। ঙসিদি মদু পূম্নমক্কু নীংশিং ৱারীমক্তা ওইহৌরেদনা...”

“ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীবিদ্রেনা?” অচীকপদু থুগায়দুনা প্রভানা হংলকই।

“ৱাফমসি তোকসি। মসিনা থোইনা অদোমগী পূক্লিং পেন্নিংঙাই ওইগনি নীংদে।”

“ঐদি অশেঙবা ৱারীদু তানিংই। পূক্লিং পেন্নবা শেমজীনবা ৱারী তাবা পামদে,” নোক্লদুনা হায়রকই, “করিনো নুমিদাংদুদি ৱা য়াম্না ঙাঙবীখ্রে। ৱারীদো মচেৎ অমত্তসু তাবা য়াররোইদ্রা?”

উমেশ মমাঙগী ৱারীশিংদু লোইনমক মথঙ মথঙ নীংশিংলকই। থম্মোয়দা অকনবা চৈনা অমা পীরবা থৌদোক্কু নীংশিংলকপদা মশাদা অশাওবনা লাকশিল্লকই।

“মীওইবসে মিনুংশি য়াম্না লৈতে।”

“মীওইবদি থৌজাল হৈবনি।”

“নমথাক্লি, ওইদবনি, তৌশিন্নবনি। খ্বাইদগী তমথীবদি মীওইবনি। ঐ তৃক্কচৈ। ...মীওইবগী মমলসে কয়ানো খঙবীব্রা? ...শূপ্নগী লূপা লিশিং য়াম্খে খক্তা। ইতেক তেক্লিবা মচাগী মহুত্তা লুপা খরদুনা অহলদুগী থম্মোয়বু পেলহনবদি ঙমখিদে। কাচিন অমদা কপ্পুনা লৈবদু মীয়াম মরক্কুদগী ঐ উখি। শূপ্নগী ঐ মপাদু লাম্ছোক্কে খন্দুনা খোঙ

থাংখিবনি। অদুবু চৎপা ঙমখিদে।

"তশেঙবদি ঐ থৌদোক্তুগী পাউ লৌবা চৎপনি। নুংথিলগী পূং ৩মুক তাবন্নগনি খুলদুদা থুংলুবদু। ব্রায়েনবগী থবক্তি হান্ননা লোইবন্নে। লুপা লিশিং য়াম্থেগা ওক অহুমগা পীবা হায়দুনা ব্রবেপ লৌবন্নে। নহাদুগী মবাল কবিনো খঙদে। কন্নিগীদমক্তনো মাবু অদুগুম্না খূৎশিদুনা মাগী পোলোই ওইবিবা ঐ খঙলক্তে। অহলদুগী ব্রাহে খবদুনা থম্মোয়দা অকনবা চৈনা অমদি পীবখি।"

প্রভা ব্রা ঙাঙদে। অদুম য়েংদুনা লৈ।

নুমিদাংব্রাইবম উমেশ ভেবেন্দাদা ফম্বদু পোত্থাফম খঙদে। ব্রাখল মফাং মফাং কোইপাই পাইদুনা শান্নে। কনা কনানো খঙদনা থেংনখিবা মীওই কয়াগী থব্রায়শিংনা লক্লবিবোই খল্লকই। কোইচিং চিংদুনা পুবি মাবু।

প্রভানা স্কুলদগী হল্লকপদু নুমিৎ তাদৌবে।

"কবিগীনো থেঙলকইনা?"

"ঙসিদি অতনবা থৌদোক অমা থেংনকবে।"

"কবি তৌববা?"

"স্কুলদগী হল্লকপদা লম্বীদা সিফাইশিংনা থিংদুনা চৎহন্দ্রিনি।"

"কবিগী, কবি তৌববা?"

"মী শিবা যাওমাল্লে। লম্বী চৎপা পূম্নমক চেক তৌবিনি।"

"কদায... কদায়ব্রাইদা...?" ইফিং ফিংনা উশেম হৌগৎলকই। "কৈথেল মচা যৌদ্রিঙৈদা..." প্রভাগী ব্রাদু তাব্রা তাখিদব্রা উমেশ কোম্থোং লাম্থোকখ্রে। প্রভা কবিসু হাযবা ঙমহৌদনা লেপ্তুনা লৈহৌই।

নুমিদাং ফনা থেঙলে। মতমদু ফাওবা উমেশ হল্লক্ত্রি। প্রভা মাগী কাদা লৈ। হেক থংনবা কাদু উমেশকীনি। কাদু ইমম মম্মী। ঙবাংগুম ঙসি অহীংদি অদুক য়াম্না লাউ খোংবা তৌখিদ্রে। অতিয়া পূম্বদি অমম্বা নোংগী মপৈনা পূংকূপ কূপশিনখিবনা ইমম মম্মী। ঙবাংগী থৌদোক নীংশিংলুবগা প্রভানা খল্লকই– ঙসিসু ঙবাংগুম য়ু থক্লগা হল্লকপা য়াই।

মহাক্কী থম্মোয়গী খাঙঙমদবা অব্রাবদু খাঙনবগীদমক্তা মহাক্লা য়ু থক্লমগনি।

নুপানা থম্মোয় অসুক য়াম্না শোনবা হায়বসিদি থাজবগী ৱাংমদনি। হৌখিবদা থোকখিবা থৌদোকশিং মহাক খঙলুবা লৈত্রি। প্রভানা খঙবদি শূপ্নগী নুমিৎ খরনিদং লোয়নবসিদা অফবা মরূপ অমগুম লোয়নবা ঙম্বসিনি। অদু ওইবা তারবসু অসুক থেঙল ফাওবা মহাক্না তূমদনা লৈবগী মরমসি করিনো? মসিবু চুম্লিব্রা?

অশোনবা থোঙথাং মখোল অমা তারকই। প্রভা খঙই মহাক হল্লক্রে। অদুবু থোং হাংদোক্লুনা মপান্দা হেক থোকপদি ঙমদে। খল্লি— হৌজিকপু মাগী মনাক্তা চৎলুবা চুম্লিব্রা?

মপান্দা থোক্লকপদদি উরে। অমম্বা ভেরেন্দাদা মরূ লূকথদুনা উমেশ ফম্লি তূমিন্না। কা মনুংদগী থোঙনাওদা ফাওদোক্লকপা ট্যুব লাইটকী মঙালনা ভেরেন্দাদা মচেৎ মচেৎ তাররি। প্রভা তপ্না চঙশিন্দুনা মহাক্কী মনাক্তা লেপ্লী।

"হৌজিক ফাওবা তূমদ্রিব্রা?" উমেশনা হংলকই।

পাউখুম পীদে প্রভা। ৱাহং হংই, "কদায় য়ৌরুরগে অসুক থেঙলক্লিসিবু?"

অশাংবা নুংশাম্বর অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "পুলিস ষ্টেশন।"

"পাউবু কমদৌরগে?"

"চুপ্লে।"

ঙাইহাক পূমচীক চীকই। অশাংবা নুংশাম্বর অমা হোন্দোক্লগা উমেশনা হায়রকই, "নঙ নীংশিংলিব্রা, ঐনা ৱারী হেক হেক তৌবা ঐগী মরূপতু...।"

"উম! নীংশিংলি।"

"ঐ নঙোন্দা মাগী পুন্সিগী অরোয়বা শরূক ফাওবদি তমখিদ্রি।"

"মাগী পুন্সিগী পোলোই... ঐ তানিংই।"

"...মাগা ঐগদি য়াম্না খেন্নবনি। ঙাওশিন্নবা লমহেন-তুহেনবসি ঐগী হৈনবী ওইরকই। মহাক্তি চীং-লেম্মী, নোম্লুকই।"

নুংহীক্লবা খোঞ্জেলদু নুমিদাংগী অচীকপদা তপ্না শন্দোরক্লুনা প্রভাগী নাকোংদা চঙলকই। হান্নগা মান্নদবা মাগী মতৌদা ইঙক ঙক্লা তারি প্রভা।

"...মাগী পূক্নিংগী ৱা কনানসু খঙবীখিদে। ঐসু মাবু খঙলূদ্রে। সনা অহীংবগুম শেংলবা মাগী পুন্সিদু ঙসিদি লৈমায়থক্তা চিংথদুনা খোঙনেৎনবদু ঐ ইমীৎসিনা উবা ফংলক্লবনি। ...পাঙদবা অয়েম্বা মী হায়বদু মাদি ওইখিদবনি। মাগী মশা পূম্বদি লৈবাক

নুংশিবগী ঈতনা শাবকপ্পবনি। অদুবু মাগী পুন্সিগী পোলোইদা অসুক য়াম্না ইকায়বা পীবিবা কবিগীনো?"

খোঞ্জেলদু অহাঙবদা অদুম তিনখি। প্রভা অমুক্তা হেন্না ঙকখি।

অয়ূক অঙনবদু প্রভা থংনবা কাগী থোঙদু লানথোক্তুনা চৎপমক্তদা মশা মথন্তা খোঙ থাংবা থোকখিদ্রে। খজীক্তং হাংদোক্লিবা থোঙদা মনূংদা কবি তৌবিবগে হায়বা উবা ফংই। তপ্না চঙশিল্লক্তুনা উমেশকী মনাক্তা লেপ্পী।

"চৎলদ্রা?"

"উম।"

হংনিংবনি কবিগীনো অসুক থুনা। ঙবাং ফাওবদি চৎপগী ৱা লৈখিদবনি। অদুবু হংদে।

উমেশনা হায়বকই, "ঐ মীওইবগী লমচৎসে তূক্কচবে। অসুক তমথীবা অসুক মিনুংশি লৈতবা, হৌনা খঙদবা। ঐ তশেঙনা তূক্কচবে।"

খবব অমা পীবগা হায়বকই, "ফোটোসিদা চীং-লেম্বা মায়থোঙগী মমি খজীক্তা যাওদে নৎত্রা?"

ফোটোদু উবমক্তদা প্রভা নীংশিংবা ঙম্মী। মতম খবগী মমাঙদা নুপা অসিমক মহাক উপ্রে। য়াম্না চীং-লেম্বা, পূকচেল চাউবা নুপানি। মহাক মশক নীংথিনা খঙই। নীংতম ঈহৌগী অচৌবা লুচিংপুবেল অমনি। অদুবু ফোটো অসিদি তশেঙনা অকিবগী শক্তম্নি। চীং-লেম্বা শকফমদু নত্তে।

"মসিবু ওইথোক য়াব্রনে?"

উমেশ খজীক্তং নোকই।

"অদুননি ঐনা মীওইবা সমাজবু নিন্দা তৌবিবা। আশা তৌদবনি ঐনা মহাক্কী মফমদগী অসিগুম্বা ফীভমসে...।"

প্রভা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙখিদ্রে। উমেশ চৎনবা থোবক্লে। খবদং চৎলগা অমুক লৈশিল্লক্তুনা হায়বকই, "অমুক থেংনখিদ্রা খঙদে। অদোম্না য়াবীববদি ফোটো অমত্তা লৌজগে?"

প্রভা খজীক্তং নোকই।

"করিগী য়াদ্দগে?"

"ঐনা থাজবা কনামত্তা লৈত্রে অদুবু মসিমদি ঐ তশেংনা য়াজে অদোমদি ঐগী অশেংবা মরূপনি।"

উমেশ কেমেরা পুখোক্লুনা ফোটো লৌই।

"ঙল্লবদি ফোটো কোপি অমা য়ৌহল্লক্নে।"

উমেশ তপ্না তপ্না খোঙ থাংলদুনা চৎখি।

প্রভা মথন্তা ইহাঙ হাঙহৌই।



